# মণিপুর

## ( ইরোন্নুংগী মণি )

অহানবা শরুক

কংলৈ কংলা খুনসেম্বা রারি

শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

সত্ত্ব পুম্বা অইবগী মমল লুপা ৪০.

ফোংজবা :

অইবা মশা,

শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

থ্বাই নাগ মপাল, শিংজুবুং লৈরক,

ইম্ফাল।




ফংফম :— অইবা মশা

অহানবা থুৎনম :— ফেব্রুয়ারী ১৯৯০

কোপী মশীং :— ৫০০

---

মনকম .— সঙ্গীতা প্রিন্টিং ৱাক্স, থাংমৈবন্দ পোয়লেম লৈকাই

# ৱাহৌদোক

ইংশোক ১৯৪১ দা ঐহাক্না তাখেলদা চহী ১ রোম লৈজরুই। মতম অদুদা লৈখিদ্রবী ইনেবেম্মা রানী লিলাপ্রভা দেবীনা ফাংখোং কোইবগী ৱারী অসি অশম্বা মওংদা লিদুনা তাহলবীখি। ঐহাক্না লাইরিক ছাপা নম্বা ওইনা লৈবরা হংজবদা লৈতে হায়না তাকপিরকখি অদুবু খুৎই লাইরিক ওইনা লৈ হায়বীখি। মতুংদা ৱারি অদু মপুং ফানা লিহল্লগা ইশিলজবনি। ইজবদসু খুদোং চাদবা, খংবদা ৱাবা ৱাহৈ কয়াসু থেংনজখি। অরিবা খুৎইগী লাইরিক অদুদি উজবা ফংখিদ্রে। ঐনা ইম্ফাল থোরক্লগা খুৎই লাইরিক অদু ফংজগে হংজবদদি ইনেবেম্মনা থুপখিবনা হালপ্রে, লাইরিক্কি মফম খংখিদ্রে। মতুংদা অথং অহৈ কয়াদা হংজদুনা তাকপিকরপশিং অদু হাপচিন্দুনা খরা শেমদোকসে। ইংশোক ১৯৬১ দা অমুক হন্না লাইরিককি মওংদা ইথোকচবনি। মসিদা ওন্ন-তৈনবা, আরাল অদুই অমসুং হায়রোইদবা কয়া য়াওরম্লবসু অচুম্বা তাবা য়াবদা লৌখৎপীগনি। অথং অহৈ, মাইবা মাইবী, লৈপাক্কী তৌবা ভম্বা অমসুং পণ্ডিৎশিংবুসু খুরুমজৈ। কনাগুম্বা চানবীবশিংনা অরিবা ময়েক্কা পুয়া লৈবা ওইদুনা তাকপীফম থোকপা, চুমথোকফম থোকপা মতাং য়াওরবসু খংহনবীরক্লবদি মথংগী ফোংজবদা শেমদোকচগনি।

মন্ত্রগী, পুজাগী শরুক খরা য়াওরিবা অসি ঐনা য়ামনা কিজনা মাংখিবা পাম্মুজবদগী হাপচবনি। খুৎই লাইরিক অদুদা য়াওরমগদ্রা খংজদে।

ঙমদাই লৈতাই লাংদাই পুয়া মৈহৌপদা য়াওবা খরম্মু লাই-রিক অসিগী মতেং ওইজখি। কংলৈ কংলা সেমদুনা ফাংখোং কোইবা লাইরিক অসিমক অরিবা ময়েক্তা ইজবা পুয়া খিজবনি। অদুবু ঐহাক নিংবা কায়জখি।

ইজাতিগী মীওইনা লাইরিক অসি পাবীরগা ৱারিদগী ইতিহাসগী মওং তা-নবা হোৎনবদা মতেং কয়াম্মু পীবীরক্কবা মতেং নিজরি।

ঙমদাই লৈতাই লাংদাই পুয়াদা ইবা এক্ক নামগা খেননবম্মু ফংই। আৱাবদি খেন্নবা খংনবা পুয়া ফংজদ্রে। কনাগুম্বা ঙঝানা তাকপিবদি অসিনি অরিবা লাইরিক (পুয়) দি অসামদা মমাংঙৈগী লান্দা পুদুনা লৈখিবনি"। ঐনা ফনা কন্না খিবদা ফংবা ঙমজদ্রে। ঐনা থৌনা ফবা ঙমজদবা মরম অমনা অরিবা ময়েক্তা ইবা অদুগা য়াম্না খেন্নরমগদ্রা আসনি। উদুনা ইবগা তাদুনা ইবগা শোইদনা খরদি খেন্নফম থোকপনি।

লাইরিক অসিগী মথংদা ইতিহাসকি মওং ওইনা মখা তাজরক্কে। লাইরিক অসিদা লাইগী মমিংনচিংবা ইবদা, মফম থাবদা বেদা, পুরান, তন্ত্রগা মান্ননা থেংনবীবম্মু ফংবীগনি। মাসি পুম্নমক মুংলোল পুয়া, কয়া সদিং, সাকোক সদিং, চীওলোল লাইহুই অমম্মুং ইরেংপুৱারিগুম্বা পুয়া কয়াবু পারগা বিজ্ঞালগী মতেংনা তৌদুনা য়েংবা, থানদুনা য়েংলগা খরদং মতেং পাংগনি খঞ্জে।

মতমগী লুংশিংনা মক্ষম খুদিংমক য়ৌরক্কবা নত্তে। মানা পুরকপা মনম খরদংদা ওইরবস্মু লৈহৌদবা নত্তে। ইথোক্তনা, পুথোক্তনা লৈরবদি খন্নফম লৈতবনা ইথোকচবনি। য়াম্না খংলে হৈরে হায়বগী মওংদা উচ্চবা লৈজদে। অপংবা মথরাইনদি য়াম্না পামজবা মীওইনি খনবীত্তুনা ইরাল কয়াবু ঙাকপীগনি।

অরিবা অনৌবা ইচেঙ্গ অনিমক পুনশিনখ্রবা মণিপুর, ঐগী পংলবা রাখল্লা থাইদোকপগী পাঙ্গল লৈজদে। অতুমকপু হৌজিক্কী চাওখৎলবা বিজ্ঞালগী যুগনিনা রারি ওইনা লৌবনা রারি ওইনা, লৌবীবা নত্রবদি য়েৎননিঙঙাইগী মচাক কয়া য়াওদবা নত্তে। খুদম ওইনা লৈমারোনপুয়াদা মন্ত্রগা রসায়নগা রারিগা পুনরশুত্থনি।

পূন্নমক অসি ইতিহাসকি পন্দুপ লাকপদা খরদং ওইরবস্মু শেংদোক্লবা হোৎনজগে।

স্না কৈথেল পোৎফমগী মতাংদা হাপচ্চরিবা ফোটো অসে খ্বাইরাবন কৈথেন্দা কৈথেল লাইরেম্বী—আশাবা অখন্নবা মওং অতু উচচবনি। ফোটো অসি য়ামত্রবদা চহী ৭৫ গী মমাংগীনি (চৈথারোল কুম্বাবা লাইাই ৫৩৭)। ময়াইগী মশক অসিদি হৌজিক উবা ফংনদ্রে।

ঙমদাই লৈতাই পুয়া মৈহৌবদা ইবা মতাং অমগী মতেক অমা লৌখৎচরি। মসি খৃষ্টাব্দ ১৭৯৫, শকাব্দ ১৭১৭ চৈথাবা লাইরেনজাম্বা কাঙগ্রাগী কুমশোক্কী মন্নুংদা শ্রীপঞ্চযুক্তা কার্ত্তা মহারাজদা লাইনিংথৌ স্নামহিনা মংলান্দা তাকপিখিবনি। মসিনা স্নামহি ইবুঙেঙাগী শকলোল কয়াবু ফোংদোকলি।

"কার্ত্তা নংনা ঐগী মরমগীদমক চাদ-থক্তনা ঐবু নিংঙ্গনা ঐগী মরম হংবসে, নং মুন্না তাও, ঐবুস্থ মুন্না য়েংউ, নংদ ঐবু কাউরমাল্লে তাইবং মপোক্তা চওঙ্গনা পোকপা অসিদা। নংবু ঐনা তাইবং মপোক্তা পোকহলবদি মতমগী ধর্ম্মগী খোঙচৎ ইন্দুনা লৈপাক অসিদা ঐগী মশকপু মথন মিংলেন শন্দোকনা থমনবা হায়বগীদমক নংবু তাইবং মীগী মপোক্তা পোকহনবনি। ঐ অসি কনানো মুন্না য়েংউ। হয়িচক কৌবা মতমদা অসিবা, কোনজিন তুথোকপা হায়না লৈবাক অসিদা পাল্লি। কৈলাস কৌবা চীংথক্তা শিবা (দুর্গা) হায়না কৌদনা পল্লম্লগা, লৈবাক লৈবাক্তা লৈরিবা অচৎ চত্তা পূম্নমকপু অসিবা অচংবা হায়না হৌদোক্তুনা, লাইথুং ১০৮ মতিন মকাং ১০৮ পুথোক্তুনা জীব পূম্নমক্তা য়েন্দুনা খওহল্লমই। লৈবাক অসিদা অতিংঙা য়াইবিরেন শিদবনা চিঙঙ্ লাইগী খুবম শেমলম্লগে, তাইং মশক ৭ থমহনগে খন্দুনা, মহাক্কী য়েৎথংবা লেংবান্দা ঙক্লাংলৈনা মিৎয়েং তাবদা, ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেন শিদবগী স্বরনা য়ৈবদগী ঐ অসিবু থোকলকই হায়দুনা স্বরনা মহি থোল্লে। ঐসে তৌঙম থৌঙম, লাংওল ফালম য়েংদুনা তাইবং মপোকনা স্নামহি হায়না মিং থোনবি। ঐগী ইমিং মিংহুন্না ক্লীং শরনা মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি কৌই।

হয়াচক (ত্রেতা) কৌবা যুগতা লৈপাক অসিদনা কুপত্রেং হায়না মিংহুল্লে। অযোধ্যা কৌবা লৈবাক্তা কৌশিল্যাগী গর্ভদা চওদুনা রাম হায়না কৌদুনা পোকই। মিংহুলবু ক্লীং শরনা

মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি কৌই। খুনুংচক ( দ্বাপুর ) কৌবা যুগতা লাইশিদবা হায়না থোরক্লুনা লৈবাক অসিদা লৈরমই। বৃন্দাবন্দা যশোদাগী গর্ভদা চণ্ডহুনা ইমিংবু কৃষ্ণ হায়না মখল মখা অয়াম্বা রাসনচিংবা শান্নৈ মতুংদা মহাভারতকী রস চুপ্পুনা শান্নৈ। মশক অমনা গোপেশ্বর কৌহুনা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লৈ। মিংহুনবু ক্লীং শরনা মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি, হরে হরে রাম রাম, রাধা কৃষ্ণ রাঁম মঞ্জুরী রি রি রিং ক্লীং স্বহা কৌই।

লাংবচক (কলি) কৌবা যুগ অসিদা লাইশিদবা পোইনাউতা কৌনা লাক্কুনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ পান্নবা, মীতিং প্রজা লৈডম্নবা শেম্নম্নগা তাইহং মশক্লা পোৎতগী অথোইবা মশক্তি মশক অসিনা মরোইরে খণ্ডজবা পামজবা মশক ওইবদি সনা হাম্নবা অসিংনি হায়দনা সনামহি হায়না মিংহুন্দুনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা অসিনি"।

শ্রীশ্রীনিত্যাইনন্দগা মরি অতুম্মু তাকপিরম্মী।

"বাধ হৃদিগী শ্রী নিত্যানন্দ মনসিদ্ধি পোকই। নাম্বু— ওঁ মীয়াল্লেন মীয়ানভিং আকং অফা ওঁ কৃষ্ণনেং রামেভিং হরি হর বিশ্বম্ভর ক্লাং শ্বরনা মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি কৌই।"

বানান্দা মান্নদবা কয়াম্মু য়াওরি। পূন্নমক অসি চুমথোকপা তারবদি হকচাংগী ক্ষিবমনা ফোংদোকপা ওম্নরোই খনজহুনা থুনা ফেংদোকচবনি। পাবিরিবশিংনা তাকপিগনি।

—অইবা—

# "কচ্চবা"

তাকপিরকপা, লিবিরকপা অমসুং মতেং পিবিরকপা

ওঝাশিংদা—মতিক চান্দ্রবসু খূদল অসি

খূরমজরি

অথং অহৈ, পণ্ডিৎ, মাইচৌশিং অমসুং থিজিল্লিবা

পূন্নমক্কী মফমদা—অরাল অহুই কয়াবু নুংশিনা

তাকপিরকনবা

# হীরম লামাই

অহানবা শরুক

# মণিপুর

( ইরোনন্থুংগী মণি )

ঁ হু ঁ হুয়ি হয়াহে উঁলৌ য়াইবীরেল সিদবা, য়ারা কোংখা খাগি নমুপোংথোক মথংলেংনা থেংতম্নবু নোদমবিবা নখোং থম্বাল লৈঙাংলৈকানা তমজববু পুরুম লৈপাইজনবু, হু ঁ খোংনাং থাবা সিদ্ধান্তা, হু ঁ গুরু গনোক থেঙ্গা জ্যোতিষার, পণ্ডিত অনিগী মখোং থুম্নারেলবু সোরা পুরুম লৈপাইজনবু, কংলৈ কংলা খুনসেম্বা মাউ লাইফম চামা নিপানবু মথং লেংনা ইজরকে। হে গুরু তেংপানবা সেম্বা মপু য়াইবীরেল সিদবা! হুয়িহে নারায়ন, রাম কৃষ্ণ নারায়ন, হরি হরি, রাম রাম, রাম কৃষ্ণ রাম রাম।

হুয়ি হয়াহে খোইথুম লাইয়িংথৌ সিদবা উঁ গুরুগী লাইনিংফম হৈক্রু মখোং লোৌরেম পুংদা গুরু অনিনা লাইনিং ফম্বাল লাওলিঙৈদা ; পণ্ডিত লাঙ্গোল লুখোই, রাঙ্গোই খেমা, নঙ্গোল থোংছি হিমাইবা, মাকলং য়ুম্নাবা, শামুরৌ চিগোং, কমেং ফদিবা অমসুং রাওও বাজি পণ্ডিত ৭না লাক্লুনা গুরু অনিবু পুরুম লৈপাইজহনা হংজখি।

"হন্দক শাস্ত্রদাসনা পুয়া লৈবা খিবিক খোমগত্তুনা মৈ কৌবা লাইদা কংখিবা মতম অসিদা যজ্ঞগী মৈবু হৌরক্লবাদা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্লুনা মকম থংহৌদনা পুয়া লৈবা কুন্দা মন্নুংদা নোংলৈ অহুনা লৈশিল্লক্লুলা পুকোক্ক পুয়া শংলেন পুবা লৈথক লৈখারোল, ওমদাই কাইবিরেল লাংতাই পুয়া (ভবিসৎ পুয়া) অহু মৈনুংদগী নোংথৌ তান্না পুখৎখিহুনা গুরুগী লাইনিংপুং তান্না পুখি। পুয়া অহুনা তাকওম্বীবা পাওতাক পাওজেনবু গুরু অনি লৈরি হায়বদগী মরম অমত্তসু য়েংসন-থিজন হৌদ্রে। মরম অহুদগী পাওতাক থৌরম অমত্তসু থংজহৌদ্রি। করম তৌহুনা পুয়াগী পাওতাকপু থংওমজগদগে থম্নবদা পণ্ডিত লুখোইনা তাকওম্বী "হন্দক পুয়ানা পাংখিবা মাইকৈ অসিনদি গুরুগী খুত্তা লৈওম্ননি, নখোই ঐখোই চত্তুনা গুরুগী মফমদা পুরুম লৈপাইজরুসি হায়ওম্বীদনা গুরু অনিগী নফমলাংদা লাকওমজহুনা চওওমজরক্লি। নোংদমগী নয়াথংবু ফিগাওসানা য়াজম্নি।"

মাহুদা গুরু খোংনাংথাবা রাজাংদে, তাংজলুকনা রাখল্লি।

গুরু থেঙ্গ্রা — গুরু! তাংজলুকনবু খনখিরি অহুবু নচাসিং অসিবু তাইবংলক্তা মমিৎ ইরাচেল মিৎসনা পাংওমদনা করম্নবু থনম্নবিগদগে; লদ্বী থৌরম থুদিংদা মমিৎ লকা ফম্না পাংজহুনা উজ থংজবা ওইবা মরমবু নোংদুম্বীবনা চুমগদ্রা?

গুরু খোংনাংথাবা—মাহুদা গুরু আঙাংসিং অসি থৌঙমদে৹ পাওতাক লেম্না মাংগবরা! মখোই খ্বাইনা শংলেল পুববু ঈপোং ঈরন মন্নক খংঙমদনা, পুম্নাবু মৈ থানি হায়রবদা ফনবা ঙমদবা, খোঞ্জেল য়ান্না থোকঙমদনা লৈঙম্নম্বা অসিনা ইরৈবাক্কী ঈপোং ঈরন অসি অমুক হন্না খংনবা থনম্ববু ইপুক অসি পাম্মূ-মুংসি ওইঙমলে। অহুবু গুরুনা নচাশিংগী মথুং থুংলাই পিঙম্বীবা ওইঙল্লমালে। ইচা কনাদা পিঙমগদগে থনবদা গুরু! পিঙমগদবা নচা মসক খংঙমদরে। ইচানদি তরেৎ সুবনিনা। মরম অহুনা পুম্না অসিদি নখোইদা পিঙম্নরোই। মতিক চাবা পণ্ডিত ওইবনা মতম চানা ফংহুনা খংজবা ওইহুনা লৈতাই ঙমদাইজবা ওইঙসম্নু। খংদনা অখংসাবা হৈতনা অহৈসাবা মরক্তা অখংবা মাতনা থৌঞমজবা ওইননবা মচিন ময়াথংনা লেঙদবা পাম্বী ওইনা হৌহনা কংলা লোংবী মারাল য়াইগী সিদবা উপাল মাখোংদা চহি কুমজা মুংসাংনা প্যানজহুনা লৈবাক্কী অন্না অনা থৌকাই থৌকোকনবা থামং পামেল মখাদা মাঙদনবা থনমগে। পুম্না অসিগী পাওতাক পাওজেল পুম্নমক নখোই খ্বাই খংনবা গুরু থেঙ্গ্নাবু পাহনসি, পুম্না অসিদি নখোয় খ্বাইনা ফংলম্নু।

গুরুগী ম্না অসি তাকঙম্নক্লবদা পণ্ডিত ৭ না পুকনীং হন্নাও মুংঙাইনা পুম্নাবু থেঙ্গ্নানা পাহনা পুকনীংচংনা তাজরে॥

## অনিশুবা শরুক

# কংলৈ খুনসেম্বা

### কংলৈ—কংলা সেম্বা মরম অহানবা থৌদোক।

উঁ য়াইবিরেল সিদবা মহাক্কী মহাক ওইবা পুম্নক্কী মসক ওইবা, লৈসেম্বগী মমাংদগী কৈওম্নবা মপুনা, পুয়া মরিনা ফেদোং মরি সেম্নগা পিসাতাও (বিশ্বকর্ম্মা) কৌবা শক্তি অমা মহাক্তগী পুথোক্কুনা পুয়া মরিবু খুৎসিন্ননা সিন্নহ্নুনা লৈসেম্বগী মরম্ম নোংদম্মে। মপুগী নোংদম পুয়া মরিগী মরম্মু থিহ্নুনা তাইবং সেম্বা লাইনা (ব্রহ্মানা) পুযা মরিগী ফৈদোম মরিদা মথংলেংনা পানওম্নবা হায়হ্নুনা লৈসেম মুংসেম লৈতাই মুংদাইদনা লাই, হিংচাবা, গ্রহ, থৌরাম্মিচাক, তাইবংমী, শা উচেক, লেংলি পাল্লিবা অচৎ চক্তা পূম্নবু সেম সাদনা মথংলেংনা সনথনা পানওমহৌনবা নোংদমদনা লৈসেম্বা (সৃস্তি) হায়না সেমগত্তুনা পানওমলক্লে।

হয়িচক্তা হৌরকলবদা নোংদমগী মতুংইন্না সেমগ্রবা জীব অয়াম্বনা লৈসেম্বা (সৃস্তি ব্রহ্মা) গী মফমদা লাক্কুনা হংজি "হে লৈসেম্বা! ঐথোই পুম্না অসি নহাক্কা সেম সাহ্নুনা পানবা ওম্নবা নোংদম্বীদনা সেম্বীরি হায়বা অসিবু অচুম্বা মল্লা?"

"মানি মখোই পূন্নমকপু সেমগত্তুনা ফৈদোম মরিমক্তা পানগুম্নবা হায়বগীদমক নোংদমত্নুনা নখোইবু সেম্মী হায়বগী ঐবু লৈসেম্বা (সৃষ্টি ব্রহ্মা) হায়না খংলিবা অসিনি।"

র্বা অসি তাবদা জীব পূন্নমক্লা হায়—

"ঐখোই খ্বাইবু সেম্বীবা, নোংদম্বীবা, চংজ হায়জফম হায়বা মফম অসি লৈসেম্বা নহাক্লা ওইবী হায়বা নয়াথং তাজবদা জীব ঐখোইগী মুংঙাইবা শরুক অমদি ওইজরে। মসিদা হংজনিংবা র্বাফম খংজনিংবা অমত্তগা হংজগে। লম্বী অসিমতদি সেম্বীবগী সেম্বীবা তাকওম্বীয়ু নয়াথং — ঐখোই খ্বাইবু নোংদম্বীবা লৈসেম্বা (সৃষ্টি ব্রহ্মা) কৌবা নহাক অসিনা কনানা নোংদমত্নুনা মফম কদাইদগী লাকওমলিবা মরম অসিতবু জীবা ঐখোইগী নোংদম মপু ওইবা নহাক্লা তাকওম্বীদনা খংহনবীয়ু।" লৈসেম্বা লাইনা—"জীবসা লম্বী অত্তুদি হংগদবা, খংগদবা নখোই খ্বাইগী মতম থরা র্বাংলি। মতমচানা ঐনা খংহল্লকনি। হৌজিক্তি নখোই পূন্নমক হল্লো।"

অম্নুম হায়না তাকওমত্নুনা জীবা পূন্নমক মাগী মাগী মফম লাংদা হনহনখি।

জীবসিংনা হনখ্রবদা লৈসেম্বা লাইনা মথং মথং খল্লকই—

"মখোইনা হংলিবা র্বাফম অসি অচুম্বা মরমনি। মখোই খ্বাইবুদি ঐনা সেম্মী। অদুগা ঐ অসিনা কনানা নোংদম্বীত্নুনা মফম কদাইদগী লাকলিবা।"

( কংলৈ পুংমাইয়োল লৈসেম্নবা য়াইবীরেল সিদবনা খনখিবা) মফম থংবা লৈত্তনা মতম মুংশাংনা খল্লক্লবদা লৈসেম্নগী লাইনিং পরৈনা চেৎমনখিবনা তাক্কবা থংহন্দবা য়াত্রত্নুনা উঁলো য়াইবিরেল সিদবা মপুনা অমুক হন্না থম্মখি—

"লৈসেম্বা ( ব্রহ্মা ) না তাল্লিবা লম্বী অসি মহাক মক্তুদা থংহনখ্রবদি সংসারা অসিদা মাগা পান্দম্নবা লৈররোই। সৃষ্টিগী শক্তিবু মহাক্তা হাপথরে। মরম অসিগা হাপঙমখ্রবদি সংসার অসিদা মাগা কনাগা পান্দম্নগনি। অত্নুনদি লম্বী অসি লৈসেম্বা সৃষ্টি ব্রহ্মাগী মফমদা করি তৌবা তাই!"

রাখল অসি উঁলো য়াইবিরেল সিদবানা হেক থলবগা তাইবংপানবু শুক্ষ্মৎনবগী মসক ওইবী লাইরেম্বী অমগা মহাক্লা তৌঙমদবা লৈত্রবা লাইপাথং অমগা মসক অনিবু মহাক্তগী হেক্তা চোংথোকলক্লে। মসক অনিবু য়েংলগা নোংদম্মী—

"নখোই অনিনা চত্তুনা লৈসেম্বা ( সৃষ্টি ব্রহ্মানা ) সেমখিবা লাই হিংচাবা তাইবংনা লৈতবা লমদমদা থোকঙমত্নুনা মফম অত্নুবু পানঙমনবা লৈসেমত্নুনা মখল মথা অয়াম্বা লাংঙলবু সেমত্নুনা ব্রহ্মানা নিংজরিবা লম্বী অসি তাকঙম্নীত্নুনা মাবু থংনবা থৌরাঙঙু।"

অমুম্না নোংদমত্নুনা মসক অনিবু থারকলে।

### অষ্টমশুবা শরুক

# পুংমাইয়োল লৈসেমবা লাকপা

হৈসিং থৌয়াম্বী অসিগা লোইমনা লাই পাখংগী মশক ওইবা মচাক্কী মচাক ওইবা মসক অনিনা উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথংবু মকোক লুয়াইলেন্দা থোংনা হাপ্তুনা লৈবাক লৈবাক কোইনা চত্তুনা জীব পানবনা লৈতাখোংদাব্রিবা লম্বু কোইনা থিত্নুনা কোইজাইনদনা সনা ফম্বাল্লাংবু থিওম্নকপদা লম অমগী মন্নুংদা অকংবা, অতোংবা লম মচেৎ খরা ফংলে।

## কংলৈ খুন্থোকপা

মফম অত্নুদা লাই অনিনা কোইনা চত্তুনা য়েংলকই। মফম অত্নবু (১) "অকোইপুং" হায়না থমথি। মফম অসি কোইনা য়েংলগা লাইরেম্বী লাইরেম্বা অনিনা খন্নথি—

"নোংদমগী মপুনা ঐখোইবু লৈওম্মু হায়না নোংদমত্নুনা থাবিরকপা অসি মফম অসি ওইরবোইরে, অত্নুনদি অকংবা লমদম অসিদা লৈত্নুনা লাংওন লিয়োল সান্নবা তৌওমসি।"

অসুম্না খন্নত্নুনা অকংবা লমদম অত্নুগী মন্নুংদা খুদোং থোংরাই চাগদবা য়েংত্নুনা মসক অনিমক্তা খুন্থোক খুল্লারসি হায়না লেপ্নুত্নুনা মফম অত্নুদা লৈবা হৌরে। মফম অথুবু ২ "খুন্থোক" হায়না মিংথন্নে।

## সঙ্গাই য়ুম্ফম লিংবা

ককই ইরাং তাবা লম খয়গী মঙ্গুংদা অকংবা লমদম খরা অহানবদা কংবা লমনি হায়ত্নুনা "কংলৈ পুংমাইয়োল" হায়না মিংথুল্লে। মফম অসিদা মসক অনি অসিনা মতম কয়ামুকপু খুম্থোক খুনসেম্বনি হায়না য়ুম অমা সাত্নুনা য়ুমলিংবনি হায়না মবানিদা সান্নত্নুনা লৈগল্লকই। অনিমক্তা লৈনখা হায়দনা সেম সাত্নুনা লৈবা মফম অত্থু (৬) "সঙ্গাই য়ুম্ফম" হায়না মিংথন্দুনা লৈগল্লকই। মতম খরা লৈরগা সিল্লম থৌয়াংবী অসিনা হায়জরকই "ঐখোইনা তৌগমলিবা থৌরম অসিবু গুইগমগনমাল্লে। তাগল্লকপনা থৌরম অমা, তৌগম্বনা লম্বী অমা, মরম তাইগল্লবনা থৌগল থৌয়াংবা পাংথোক্কবা থোকগমগনমাল্লে। লৈসেন খুনসেমগনি হায়ত্নুনা লৈগল্লকপা অসি মতম ফনবু মুংসাংলক্লে। মসিদা ঐখোইনা সেমগমসাগল্লিবা অসি কনাগুম্বু খংগম তাগমদে। মসিনবু থৌগল্লনি হায়বা ঐবু নিংগমজদ্রে।"

রা অসি তাবদা লাই পাখংনা হায়রকই—

"মাত্থু অচুম্বা মক্লি। নংগা ঐগতা লৈগম্বা অসিনদি মরম অত্থু গুইগল্লরোই। হৌজিক ইবানি করি তৌগল্লসিগে?"

## লাই পাখং ৮, লাইরেম্বী ৮ পুথোকপা

লাইরেম্বীবা হায়জরকই "মপুগী নোংদম্বু ঋাগমলক্লবা নংনা খন্দুনা তৌগম্বা লম্বী থৌয়াং মতুংইল্লা ঐম্বু তৌগমজগদবনি। থৌরম পূম্বা পাংথোক্‌বা তৌগম্বীরো।"

ব্রা অসি তাবদা তৌঙমন্রবা লৈত্রবা লাইপাখং, নহাক্কী মহাক ওইবনা করি খোঁরম তৌবা তাই হায়না হেক খনবদা মফম ইখং খংহৌদনা মুংসিংলম পাংবা মাইকৈদগী লাইপাখং ৮ থক থোকওম্লক্লুনা মফম অদু তান্না লাক্লুনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা চংলক্লুনা নহাক্কী মহাক ওইবা লাই পাখংগা খুম্হোক য়াইপুংদা উনরে।

মখোই লাই পাখং ৮ না ওক্লদুনা হংঙি—

"কনা লৈঙমন্রবা মফম অসিদা লৈঙম্লীবা মপু নংবু কনানো? মফম অসিদনা করি তৌঙম্মীরিবা?"

মাহুদা মহাক ওইবনা হায়রকই—

"ঐ অসে মফম অসিদা খুম্হোক্লুনা নখোইগী সান্নফম সেম্মীদুনা মুংঙাই য়াইফ নোংদম্মীগে হায়বগী লৈঙম্লীবনি। নখোইদি মফম অসিদা করিগী লাকওম্লীবা?"

"ঐখোই ৮ অসে লৈফম লৈতদুনা কোইজাইনরক্লবনি, নয়াথং তাকওম্মীবা অদু তাজবদা পক্লীংগী অরাবা পূখ্রা লোইনা কোকখ্রে। ঐখোইবু সেম্মীবা মপু ওইওম্মীদুনা নকালাংদা থম্মীবদো তাকপিবা নয়াথং মতুংইন্না নোংদম্মীয়ু।" হায়না লাই পাখং ৮ মক তাংজ মরায়লুক্লা পক্লম লৈপাইনদুনা হায়জরকই।

মখোই নিপালগী মরা তাবদা লাইপাখং নহাক্কী মহাক ওইবনা লাই ৮ মকপু কৌসিন্দুনা রারি রাতাই সানদুনা কোলোই মমিং মিংছল তমদুনা লৈমিন্নবা ওইওম্রে।

মমিংবু—

১। উকোংলেন।

২। কোংতিংলেন।

৩। খোংডাইবা।
৪। আঙাইবা।
৫। য়ুহা।
৬। য়ুচেং।
৭। থরাই।
৮। চেংঙা।

হায়না মিংহুল তমজনা লোইনবা নপিজা ওইনা লৈবে।

## ※ লাইব্রেরী ৮ পুথোকপা ※

মতৌ অসি উবদা থৌডম থৌয়াংবী লাইব্রেরী অদুনা মাগীম্ লোইনবী মপিজা থরদং পাম্মীদা অদুবু কবম্না ওইডমসিবা রাখল অসি হেক থনবদা মফম ইথং থংহৌননা শক্লোং পাংবা মাইকৈ-হোমদগী লাইব্রেরী ৮ থক মথংমনাও কায়দনা লাকুনা কংলা পুংমাইরোন্দা চংলক্কুনা থৌডম থৌয়াংবী লাইব্রেরীগী মনাক্তা চংলক্কুনা লৈখি। মখোই ৮ বু উবদা ইবেম্মনা হংঙি।

“নখোই ৮ অসিবু মফম কদাইদগী কদাইদা চংডমগে লাকলিবা, নমিংনা করি করি কৌবা, নখোই থাইবু উবদা এগী পুক্রিংসি ওনথোকনা মুংডাইবা মসক অমা ওইডল্লে।”
লাইব্রেরী ৮ মখুনা হায়জরক্কই—

“ঐখোই অসি মফম অসিদগী লাকপনি হায়বা মরম অদু ঐখোইনা পাংথোক্তবা উমজদ্রে। ঐখোইগী লৈফম তুংফম লৈডমদনা কোয়না চত্তুনা সাম্নফম তুংফম থিডম্লকপনি। অদুগা কনাগুম্বা জীবা অমত্তা লৈখিদ্রবা মফম অসিদা ইবেম্মা নহাক্না নথম্ত লৈডম্লিবা ভাসিনা করম্বা মরমগীদমক লৈডমলিবা?”

"নখোই খ্বাইনা কোয়না সান্নফম থিবা কোইজাইনরকপদা নখোইগী সান্নফম নোংদমহৃনা মুংঙাই য়াইফনবা সেম্বীগে হায়তুনা ঐ মফম অসিদা লৈঙন্নীবনি। নখোই ৮ মক ঐগা মফম অসিদা লৈউম্নসি। নখোইগী মুংঙাইনবা লম্বী পুন্না ঐনা সেম সাবিনি।" লাইরেম্বী নিপালগী মমিংদি—

১। পুকশিখোম্বী।

২। আঙাইবী।

৩। থোংঙাইবী।

৪। থিংবা রোইখোম্বী

৫। থারৈমা।

৬। কোংতিংরৈমা।

৭। চেংরৈমা।

৮। য়চেংলৈমা।

হায়রিবা লাইরেম্মা ৮ মক্না লোইনতুনা ঝারি ঝাতাই শাতুনা লৈমিন্নতুনা মুংঙাই য়াইবী মরা তপ্না লৈরকলে। লাইনুরা লাই-পাখং মখোই ১৮ মকনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা লৈতুনা অমুক নোনা খুম্থোক খুনসেম্বনি হায়তুনা লাংওন য়ুম্বাললোলবু হৌদোক-তুনা মতম মুংশাংনা শান্নরকলে।

## ❋ লাইপাখং ৮, লাইরেম্বী ৮ রা তান্নবা ❋

লাইপাখং ৮ গা লাইরেম্বী ৮ গা মখোই ১৬না কোরৌ নোংমা লেন্না ফমতুনা ঝারম খরা থম্মে।

"মফম অসিদা লৈঙম্বা ঐখোইগী লুচিংবা ওইবীবা মসক অসিবু কোলোই মিংহুনম্মু থংদে। মফম কদাইদগী লাকঙমহুনা মফম অসিদা লৈঙমলম্বা মরমম্মু থংদে। মহাক্কগী হেন্না মফম অসিদা কনা অমা লৈঙম্বম্মু লৈতে অহুনদি ঐখোই খ্বাইগী ফনবা মরম খিবিক্তা অরা পোত্থা থংদনা সেম্বীসাবীবনা মথৌ মঙম ওইহুনতা হোৎনহুনা লৈঙম্লি। মহাক অসি কোল্লোই মিংহুল তমহুনা লৈবাক অসিগী ঐখোইগী নিংনফম, চংজ হায়জফম, হংনফম ওইনা, পী, পা হায়বা মসক অহু ওইনা থম্লসি। মহাক অসিনা মফম অসিদা লৈরম্বা অসি অঙকপা ওমথৈ থংদনা নোংথৌ অতিংঙাগী মসক কুমখ্রে। সিংথাক্ফমম্মু থংদে, মতিক মঙালম্মু পন্থেং পম্মুংফম থংদে, মতিক অহুনদি অঙকপা মসক্লি থংনবা "অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা" মিংহুল তমহুনা মফম অসিদা থম্মসি।"

লাইরেম্বী ৮না হায়—

"মাহু অচুম্বনি। অহুগা লোয়নবী লাইরেম্মা অসিম্মু হৌরকফম মফম ঐখোইনা ঙসি ফাওবা থংবা ঙমত্রে লৈবাক অসিদা লৈঙম্লবা জীব পুম্বগীদমক লৈবাক অসিগা লোয়ননা য়াইফ মুংঙাই নোংদম সেম্বীগে লৈঙম্লি হায়নতা মহাই অহুগা মসাদা করি থোইনা লৈতে মশক অমত্তম্মু য়াওদে,ময়ুম মরান য়াইদম্মু মশক করি থোইনা লৈবম্মু উদে। হংঙুবা নিরুবা মশক মখৈদি অরাৎপা লৈতনা পুথোক পুথোক্কুনা হেক হেক্তা মপি। চাবম্মু রাংহন্দে শেৎপা ইনবম্মু রাংহন্দে। হংঙুবা মরম মখৈম্মু থংদবা

উদবা লৈতে। লৈবাক অসিবু সেমগদবগী লৈওন্নবী লাইরেম্বী মহাক অসি লৈশিরেল লৈপ্নবী, ইমোইন্নু অহোং অচাওবী আকোংতত্তা কারাই কংদবী হায়না মিংহুন্দুনা লৈপাক্কী ঐখোইগী হায়জ চংজফম পাগী পি ওইবী নহাক্কী মহাক ওইবী মশক অহু ওইনা কংলৈ প্ংমায়োল অসিদা থম্লসি।”

লাইপাখংশিং—“মাহুম্ন অচুম্বনি থম্বা তাই”

অম্নম হায়না লেপ্হুনা মফম অহুদা থবক মরম অসিগী রা লেপ্খি কোরৌ নোংমা চংনা। কোরৌ নোংমা চংলে হায়হুনা মফম অহুবু “নোংলেনপুং” হায়না মিংহুনখি।

লাই মুপা মুপী ১৬ না তান্নহুনা কোলোই মিংহুন তমখ্রে।

উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল শিদবা।

য়াইবিরেস মেরুবনা—সনা লৈহিং শংশ লৈপ্নবা।

য়াকৈ মিংহুন্না—পপ্ পপ্, হুঁ হুঁপ্, হং ও।

লৈফা লৈতাই তাইওম্বা বীজনা—সনাহিং মীকোনবা, হিং হিং তম্ফা য়াই অহন্নবা, তম্ফা য়াই শিদবা উঁ ক্লীঁ স-মনিক লৌতারে।

মিংহুন য়াইবিরেল মেরুবা তমহুনা ইবেম্মনা—

হুঁ লৈসিরেন লৈপ্নবী ইমোইন্নু অহোং অচাওবী অকোংতত্তা আরাই কংদবী, সনা লনগৈ লুপা লনগৈ থোংনেৎ খোংথাংনরিবী রায়েল রাওম থৌয়াংবী, হুয়েল লাংজেং শাফাবী উঁ (ওঁ) পোকপী উঁ (ওঁ) পোকপী তু তাকুপ তাকুপ হাওকুপ হাওকুপ” হায়না ফম্বাল মিংহুন থোন্দুনা তাই ওমজবা বীজনা “তারৈ

হং শং ক্লীঁ তান্ত্র হং শং য়াঁ” হায়না তাইঙমত্তুনা মৈ পুবা স্বর, স্লুংশিং থোকপা, ঈশিং পুবা স্লুংশিং থোক্লপা স্লুংশ্লিংপুং হায়রা মক্কম ৩ সেমত্তুনা লৈপাক্কী মমিংবু কংলৈ পুংময়োল মেনস্বরপুবা পপ্ পপ্ হুঁ হুঁপ্ হংও হায়না থেম নৌন্না কৌথোক্লা লাই হুপী নিপা ১৬ না পুখ্রম নোংথোল অম্মাই অসম ওইত্তুনা চোংসেকপিন খান্দুনা লৈপাক্কী নিংথৌ মহারানী হাপ্পুন্না ফম্বাল মেন সেমত্তুনা খুল্লিং রায়েলবা হৌরে।

ফম্বাল মেনস্বর মরমদি মৈ ঈশ্লিং স্লুংশিং মসক ৩ না পুই।

---

পুংময়োল, পুংমায়োল, পুংমাইয়োল—বনাল খেন্নরবন্ত্র মান্নবা ওইনা লৌবিগনি।

# মরিশুবা শরুক

উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা কংলৈ পুংমায়োল নিংথৌনা কংলৈ পুংমায়োল লৈপ্রাকপু সেম্নগে হায়বগী রাখল হেক তৌদুনা মহাক্কী য়েংথংবা লেংজুম্বু তম্না ঙক্লাং লৈনা স্বরনা হেক কাম্বদা মহাক্কুগী মহাক্ ওইবা মসক অমা চোংথোক্কুনা তাংজল্লুক্লা ময়াথংবু ঙাইদুনা হেক লৈঙম্মি।

শক্তি অসিগী বীজ মেরুবনা "গ্লীঁ শ্লীঁ গ্রীঁ শ্লীঁ ক্লীঁ গ্রীঁ গ্রীঁ শ্লীঁ" হায়না তৌঙমদবা লৈত্রবা অমাং অতা লৈত্রবা মঙাম্না লোইতাম থাজ লখানা ঙানবগুম্নবা মসকপু ওইনা লৈঙম্মী।

উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা অমুক মহাক্কী খোইদৌ পাংনা য়েংদুনা রাখল অমুক তৌই। মাতুদা মালেম থক্তা কোয়াং চৈশুনা তাবগুম উঁ অতিংঙা সিদবা লাইগী মখোং থম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজববু তম্না পুরুম লৈপাইবগী মওংনা তমজনা মসা পুস্বা তিংথোক্লা সনা চিংদুম তাবগুম মঙাম্না হ্লমিৎ লখা থোকপগুম্না মালেম থক্তা শক্তি অমা তাইবং মশকুম চোংথোক্কুনা লৈরে। শক্তি অসিগী য়াইবিরেল মেরুবা থুপতি "হ র স" হায়না মিংলেনবু সনা কোনজন তুথোকপা মিংছল্লে।

উঁ য়াইবিরেল সিদবনা মসক অনিবু পুথোক্কুনা লৈখিবা মফম্বু শিদবা মউ লিংনফম শিদবা উপাল হৌনফম কৌরে।

য়েৎথংবা লেংবান্দা স্বরনা কাম্বদা থোরকপা মশক অহূনা লেপ্তুনা লৈবা মফম্না থাপুং হায়না কৌরে। অতিংঙ্গা সিদবা নিংথৌগী মাংদা পুরুম লৈপাইনা লৈঙম্বা শক্তিনা লৈবা মফম্ন হুমিৎপুং হায়না কৌরে।

য়েক্তা লৈবা শক্তিবু য়েংহূনা য়াইবিরেল সিদবনা হায়কই "পারি চরৈ অহনবা অসিবা নংনা ননাও কোন্দে তনৌবা সনা কোনজন তুথোকপবু ইচাগী লোইইন তুংইন শিন্দাবা শিন্দম্বীদনা নচিন ননাও অনিনা লৈবাক অসিদা লাইগী থুবম শেমদানা তাইবং মউ লিংহূনা থুন্দা লৈতাবা য়াঙম্নবা শেমঙমউ।"

য়া অসি তাবদা গ্রীঁ শ্লীঁ ক্লীঁ থ্রীঁ প্রীঁ শ্লীঁ অসিবা কৌবা শক্তিনা মশানৌ কোন্দে তনৌবা থপ্তি হ র স সনা কোনজন তুথোকপবু খুজেং পালোইনহূনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দগী মমাই নোংপোক পাংনা চৎঙমখিহূনা মচিন মনাওনা নোং-কোরৌ অমা চুপনা থন্নহূনা নোং-কোরৌ অহূদা কংলৈ লৈপাক্কী লাইগী থুবম অয়াম্বা সেম্বগী নচাক মউ লৌনকমগী মশক ওইনা থুবম অমা শেম্লে।

### মঙাঙুবা শরুক

# অসিবা লাইনা খুবম শেমবা

খুরুম অত্তুবু নোংলেনচিং, নোংপোক নোংছৌ, নোংমাইজিং নোংপোক চিংখৈরোন, মুবা লোকচিংকোন, সেল্লোই নোং-মাইজিং, শেল্লোই নিকা মীনিকতা চিং, লংমাই হাগ্নী হাদাচিং লেনজিং চিংসুংপোক, সেলোই হাল্লাইচিং হায়বা খুবম অমা শেম্লে। য়াইখিরেল মেরুবনা নোংলেনচিং ঙাহুরুংবা মিংহুন্নগা মচিন মনাও অরাং খাংনা চংখংলক্তুনা থুবম কয়া শেম্লক্লে। মাতুদা সনা কোনজন তুথোকপা মনাও অসিনা ময়াম্বা অসিরনা লাইগী খুবম কয়া মথল মখা লাইনা শেম্বা হোংনহুনা খুবন কয়া লিংঙিরা অত্তুবু মাঙী মনিং থুংদ্রগা হোগাই থুগাইহুনা মাংহন্নবা খৌরাংঙি। অস্তুম তৌনা তৌনা অসিবা লাই অসিনা খুবম থরা শেম্বা লোইহুনা মনাওগী মতৌ মওং য়েংহুনা অরা পোথাহুনা লৈ। খুদক অত্তুদা সনা কোনজন তুথোকপনা খুবম অমরা নমতাই ওই, খুবম অমনা শায়ফম ওইনা যস্বাল লাংহুনা মথোং নামনা কংলৈ পুমাইরোলবা নেং নামনা নোংলেনচিংদা নেং মমাই নোংপোক মৈরম তম্বা ওন্নুনা থেঙা লোতুনা শামহুনা লৈতম্মী। মনাওগী মতৌ উবদা সুংঙাইরহুনা লোইরী চীংজোলদা লেপ্তুনা অতিংঙা য়াইখিবিরেল সিদবনা লৈঙঙা মাইকেদা ওন্দুলো অসিবনা অতিংঙা য়াইখিরেল সিদবু কৌরক্কই।

মচানা কৌবা তাবদা, মচিন মনাও কদোরবনো হায়দুনা মচা অসিবগী মনাক্তা লাকুনা "পারি চরৈ অহনবা ইপাবু কৌওম্ববু করি হায়ওম্নীংবা ?" হায়না হংলকই। অসিবানা—"অতিংঙা সিদবা নপারি কোন্দে তনৌবগী মতৌ লাংওন অসিবু সনা মিৎয়েং তাহনজনিংদুনা কৌওমজবনি।"

অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা—মরম অসিগী ইপাবু নংনা কৌওম্নবনিনা ইচানা নিংজবা লম্বী অসি নোংদম্লগে। চক ৪ চুপনা লৈওম্নবা ইচানা লেপ্তুনা ইপাবু কৌবা মফম অসি, মফম অসিদা মচানা মপাবু কৌদুনা উনখি খংনবা কৌক্রু অচিবা মিংলেন য়াইবিরেল মেরুবনা উং চিং রিং অরাং থেংগ্রুংচীং হায়না লৈওমদুনা মউ চারি লিংনবা মফম, মতম অমদা ওইসন্নু।
( মপারি কোন্দে তনৌববু য়েংদুনা )

সনা কোনজন তুথোকপা, ইচাদি থবক শিল্লমদি থৌওমদ্রগা অতোংবনা ইচাগী ওইওমজনিংবা মশকপু ফোংদোক্লুস্মিদা। নয়াম্বনা হোৎনরগা নপুক চাদ্রে, থুগাইদুনা মাংহন্নবা থৌরাংবা নপুক, রাখল অসি ওম্থোকনা পুক্লীং পিওম্মীদা ? নয়াম্বনা তৌবা মরমদা করিগী অদুক খোংলৌ খুৎলৌনবা তৌওমলিবা, নং অসিগী নপুকচেল অসি চক ৪ মক্তা খংহৌরসন্নু নমিং কোলোই অসিনা, ওসিদগী নংবু ইপানা কোংলৌতোন লৌথিবা থোনগে। নংনা ফম্বাল লাংওিবা খুবম অসিনা নংগা ঐগা উনদুনা তিল্লুক ওইদুনা কোল্লোই থোনখিবা মফমনি খংনবা লাংওন কুরুমচিং মেরুবা য়াইবিরেলনা উঁ রিং কৌনা মফম অসি নংগী য়াথোক য়াকা

লময়েংক্ষম ওইনা তন্থীরগে। নয়াম্বনা শেমজবা খুবম্ হনগাই থিনগাইদুনা মাংনবা থৌরাংখিবা নশক নরমচং অত্থু খংনবা চক অমদা লাংওন তুবী য়াথোকপা হায়না থোকঙমদুনা লৈবাক লৈবাক অপ্‌ম্বদা শিম্না লৈঙম্বা মশক ওইরু অদুগা নংগী নমিৎনা য়েংবদা তাম্না লোমনা উবা মফম অদুদা নংগী নশক লাংওন অমা থমদুনা কংলৈ লৈবাক অসিগী অরোইবা লমগী ঙমখৈ ওইনা নয়াম্বগী মফমদা লৌয়েংলি, মফম খুদিংদা খংনবা লৈবাক লৈবাক্তা লৈঙম্বা পামেল খুদিংদা হৌবা উদা য়েৎপা উরি উয়েৎকা লৈবাক অসিদা য়েৎপা উয়েৎকা মান্নদবা ওইসনু। কংলৈ পুংমায়োন্দা য়েৎপা খুৎয়েৎনা য়েৎনা লৈবা, মীরম পুংদা য়েৎপনা ওইনা লৈবা মশকওইনা য়েৎনদুনা অমাইবা অমাইবীনা য়েৎনা লৈবা পরৈবু ওইনা হল্লবনি হায়বা রাহৈনা ঙমদাই লৈতাই তে-নসনু।"

## অসিবা লাইনা মতুংগী খুবম সেম্বা

অম্মুম্না নোংদম্লগা মপারী অসিবা লাইগী মফমদা কংলৈ খুবম অয়াম্বা শেম্নবা সিন্নদুনা মপারি কোন্দে তনৌবা য়াওরবদি খুবম সেম্বা থিনঙম্লনি হায়দুনা কোংলৌতোন লৌথিববু মফম অসিদগী কংলৈ পুংমাইয়োন্দা পুরক্লুনা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগা লৈমিম্নখি। অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথংবু অসিবা লাইনা মকোক লুরাইলেন্দা হাপ্না কোইনা চত্তুনা কংলৈ পুংমাইয়োনগী খুবম শেমলকলে। শম্থোং পাংনা কুমদুনা থোংহি ঙাঙোইচিং হায়না খুবম অমা শেমলে; য়াইবিরেল মেরুবনা ওঁ হিং স সংহিং হায়না মিংহন্দুনা থমলে, মুংশিৎ পুংগা সম্লনা।

মশা হায়রদা ভুগয় ফম্বালথোং ; য়াইবিরেল ওমদাই মেরুববু ওঁ কেং কাও কংলৈ পুংমাই ( য়োল ) হায়না শেমলে। মেন ফম্বাল ওরুং থোংগা শমনৈ। নোংচুপ হারম পাংনা চথরদুনা ওাপ্রাম চিংজেন শেম্মী। মিংলেন মেরুবনা ওঁ নোং হেঁাং কা মহিচিং ওঁ হামুলা থম্বনিংপা হও, ওঁ সনাকোন মীচরংপা তিং হায়না কংলৈ পূবণী ওমদাই চুকফা য়াইবী হাপ্তুনা শেমলে। ইসিং পুংগা মরম ওইনা শেমখি। মেন্দে খুবম চাংসাং ফম্বাল্লাং শেম্মী। নোংপোক নিংথৌ ( মহাদেব ) পুং কংলা মঙুং মৈরম চিরা থংবগা সম্বনা থম্মী। হিথাংচীং হায়বদি হিয়াংথাং চাংগোন ঈপুং ফম্বালগা ফাওনা কম্বাল থোং শেমলে।

কারোক ফম্বানচীংসেম্মী থাবা পুংগা সম্বনা থমলে। হৈপোক লাংথ ফম্বানথোং চীংগোল হায়বদি লংথবানচীংগা হয়েংপুংগা তুনা থমতুনা শেমখি। কংলৈ পুংমাইয়োল সনা কোম্বুংগা মরম তুনা লোইবী ফম্বালথোং চাংসাং ১০৮ চামনিপালবু সেমসাবা লোইতুনা অমুক হন্না অসিবা লাইনা কোইনা মফম থুদিং চত্তুনা সনা মীৎয়েং তারগা মফম কয়ামুক্তা তুংদ খংজ ফংজনবা খিজন্নবা স্না পেরে, লুপা পেরে, কোবি পেরে, শেল, য়োং, পিথ্রাই, মুংনচিংবা কান্নগদবা তুংগী লম্বী থনবীতুনা শেমলকলে। ইসিংগী ইচেল মরু, মতিক মঙাল নাইবা তিনকোক লাইকোকচনবা, রায়েল নোংদম য়েংনবা তীর্থগী মরু ১০৮ ইরেন লথা অমগা মফম মফম খুদিংদা থমতুনা কংলৈ পুংমাইয়োল্দা লৈবা ইসিং পুংগা মরম থমতুনা লৈবাক অসিগী মুংঙাইনবা মরম পুম্বা

থিজন্দুনা সেমলম্লগা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা হল্লকুনা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী মক্কমদা চংহনা "কংলৈ খুবম য়াথোক খোংদাফম সনা ফম্বালথোং সেম্বা লোইজরে মফম খুদিং অমুক্তা খোংদাবীদনা সনা মিংয়েং তাঙম্বীবা নচা নাম্বা রাখল থেনবনা নিজরি।"

মচাগী রা তাবদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা চিংঙ ময়াম পুহনা কংলৈ খুদিং, তুমরু ইরেল মফম খুদিং চত্তুনা য়েংঙমলে। মচানা সেম্লবা খুবমশিং অহু উহনা হায়রকই— "পারি চরৈ অহলবা! ইচাদি রাখল চাও-ইদা মাংগী তুংগী থোকতরিঙৈদা লম্বী পুম্বা সেম সাদনা থম্বীরেদনা। ইচানা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক অসিগী মম্লুংদা সেমলিবা খুবম পুম্বসি মতম মতমগী রাহৌদোক মরম য়েংহনা কোলোই মিংহুল তম্বা ওইহনা চক ৪ মক্তা অমাং আতা লৈতনা লৈঙম্বা মসক ওইসনু। লৈসেম্বনা (এন্মানা) লৈপাক পূম্বগী মফম অসিনা মরু লেমফু লৈতাইঙমদাইফম ওইনা মফম অসিদা পুরুম লৈপাইজদনা থেমজসনু। লৈসেম্বনা মফম পূম্বদা মসক মথন মওং নাইনা থমবা খুবমদগী হেন্না কংলৈ পুংমাইয়োল অসিদা মফম খুদিং চিংসিন্দুনা সেম সাহনা থম্বীবসি ইপানা মুংঙাইবা ওমথৈ লোমখ্রে। হৌজিক নচিল ননাও অনিদা ইপা পাওতাক অমা হায়গে—লাইয়িংথৌ নোংথোং অহালবা পুনসিবানা (ব্রহ্মানা) মসক অয়াম্বা সেমহনা সংসার অসিদা লৈঙমহনা পালঙমলি। মহুদা লাইয়িংথৌ নোংথোং অহালবা, লৈসেম্বনচিংবা লাই, হিংচাবা,

থৌরাললমিচাক, অপকমা অচৎ চত্ত লেংঙি পাল্লিবা পুন্নমক অসিব্ন মফম কদাইদগী কমদৌনা লাকখ্রম হৌড়্রকইরা মরম অসি খংদরা জীবসিংবু খংহন্দুনা মরম অদু ইপাদা পাওদমলো। পাওদম পাওতাক অসি ইপাবু খংহলবা হায়বা ইচা অতুগী মফমদা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক অসি সিন্নংমগে। মরম অসি খংনবা নচিল ননাও থৌরাংউ।”

### তরুকশুবা শরুক

## অসিবা লাইনা ফাংখোং কোইবা

য়া অসি তাবদা অসিবা লাইনা মনাওবু য়েংহুনা হায়খি "ইশানৌ সনা কোনজন তুথোকপা ! কোংলৌতোন লৌথিবা তাকওন্বীবা ময়াথংবু পুহুনা থংদববু থংহন্নবা তৌওমলুসিদনা।"

কোংলৌতোন লৌথিবনা খুমজখি—"মরম পুম্বা ফনবা অহুন য়াম্বুংনা তৌওম্বীয়ু। ননাও পাঙ্গল সোনবদি কোইনা হৈনা লোগনজুনা পাওজেল পাওতাক লৌজবা ইতিক থৌওম চাজত্রি।"

অসিবনা—"অহুদি ইশানৌ লৈঙ্ককহোক্লো, ময়াথংবু পুহুনা য়াম্বা অতুক চংওম্লুগে।"

য়া অসি হায়রল্লগা কংলে পুংমাইয়োলদগী লোংচুপ হারম পাংনা থোকলক্তুনা পুং অমগী মনাক্তা লেপ্তুনা "ঐখা তাইবং মালং পুম্বা অসি কোইনা থুংনা চংকদবা অসি মফম কদাইদগী ওমদাই পন্দোম লোমসিবনো" য়াখল ওাইহাক তৌরগা "ফরে মফম অসি মক্তদগী হৌনফম লোইনফম ওইহুনা কোইনা চংলা হৌরগে।" হায়হুনা মফম অহুবু থংনবনি হায়রুনা পুং অহুদগী লৈপাক থরা ফক্তুনা পুরগা তাইবং মালং কোইবা হৌরকলে। সংসার অসি সিনবা থুংনা কোইরুরগা হল্লক্তুনা কোইনা পুরুবা লৈপাক মতুম অহু মফম হান্নগী পুং অহুদা হজিন্দুনা থনম্লগা

অমুক লৈতুম অমা ফক্তুনা পুজমতুনা কোইনা চৎপা কোইবা অসি থুংদবা মফম য়াওওমহৌরিবরা হায়তুনা অমুকস্মু কোইরুরগা মফম অতুদা অমুক হঞ্জিন্দুনা লৈতুম অতু থমলগা অনৌবা অমা পুতুনা সংসার অসিবু সিনবা থুংনা কোইতুনা লাকপা অতু তরুকলক হৌখ্রবদা লৈতুম কুক্রুবি ৭ মুবা অসি পাইতুনা কোইরকপা অসিনা নোংখোংথকলোল ( ব্রহ্মলোক ) দা চংলক্লে। লাইয়িংথৌ নোংখোং অহালবা পুন্সিবনা লাইনিং পরৈ চেৎলম্বদগী মমিৎ পাংথোক্তুনা অসিবা লাইগী মফমদা চংলকই।

অসিবনা—থকলোন অসিদা লাকলিবা নহাক অসিবু কনানো ?
মফম অসিদা তরুকলক হন্না চংঙম্বদদি নোংমত্তা উনদে। হন্দক্তি সংসার অসি কোইবা লোইতুনা হৌনফমদা হঞ্জিল্লগে থৌরাংবা মতমদা নহাকপু ঐনা উবা ফংডি। মফম অসিদনা করি তৌবীরমলিবা ?

পুন্সিবনা—মহাশক্তি ! সংসার অসিদা অচৎ চত্তা লেংডি পাল্লিবা, লাই হিংচাবানচিংবা মরম পুম্বা অসিবু সম সাতুনা পুথোকপা নোংখোং অহালবা পুনসিবা ( সৃস্তি ব্রহ্মা ) হায়বা নোং-খোং থকলোন ( ব্রহ্মলোক ) অসিদা লৈঙমজবা ঐহাক্নী।

অসিবা—নোংখোং অহালবা পুনসিবা হায়বা লাই অতু নং ওইরে। নহাকপু উনজবা অসি য়াম্না মুংঙাইজরে। নংঙোন্দা রাহং অমত্তা হংজগে। লেংডি পাল্লিবা অচৎচত্তা পুম্বসি নহাক্না সেম্বা সাবনি, মখোই পুম্বসি নংনা নোংদম্মী হায়রে অতুগা নংগী নখুত্তা লাইরিক পুয়া ফৈদোম ৪ অতুনা কদাইদগী ফংঙম্বা ঐঙোন্দা হায়ঙম তাকঙম্মু।

নোংখোং অহালবনা মহাক্তি মরম অতু ফংজগদ্রা হায়বগী মতম কুমসিং খংদনা পুরুম লৈপাই লাইনিং পরৈ তমজরমলিবনি। "মাহুবু ঐনা খংজবা ঙমজদ্রি। মফম অসিদা মহাশক্তিনা খোংদাপীরকপা অসিদা ঐগী মসক খংহনবায়ু।" হায়না নোল্লুকপা ব্রাহ্মৈনা পুরুম লৈপাইজরকই। অসিবনা হায়খি—"হে লাই-য়িংথৌ নোংখোং অহালবা মরম অতু অঙকপা মসক অমনি। মফম খুদিংমক্তা সিনথুংনা লৈঙঞ্ঝা মসক পুম্মনকপু মহাক্তনা ওইবিবা য়াইবিরেল সিদবা নোংদম পুম্বগী মপু ওইবা, মসক্লা অরেপ্পা নাইঙমদ্রবা নহাক্কী মহাক ওইবা মহাক্কী নহাক ওইবা লেংদবা মসক্লা শুমহৎনবগী মসক ওইবা অঙানবা খিবাক্কী মরক্তা সনা চুমথাং খন্দুনা অমম্বা অমুবা কুয়োমনা য়োল্লগা অঙৌবা সাংথাংনবা মডান্না মসাগী মচু মঙাল ফুদোংহুনা খিরেল মুংদা থিয়াং তম্না লৈঙম্বা উবদা মসক খংদ্রবা মা নত্তনা লৈত্রবা, পোকপা সিবা নাইদবা য়াইবিরেল সিদবা মপুনা সংসার ফৈদোম ৪ থোকনা খাইহুনা মপুগী ব্রাথলদগী পুয়া ৪ বু সেমহুনা মহাক্তগী নহাক ওইবা মসক অসি পুথোক্কুনা পুয়া ফৈদোম ৪ গী মরম য়েংহুনা লাইয়িংথৌ নোংখোং অহালবা নংনা সেম্বগী থবক তৌরি। মহাক নহাক্তগী সংসার পুম্বা অসি থোকঙমলিবনি। মহাক হায়বা মসক অতুদি নং ঐনা নিংজবা মসক মওং অতু ওইহুনা মহাকনা মহাকক্তা মসক মচু মঙাল তাকঙম উহলবী। ঐনা তাইবং মালং অসি ৭ লক হন্না কোইঙমলবদা মরম অসিবু হঙঙম্বা ঙাংনবা নোং কোরৌ অমত্তা তাঙমলক্তে। মরম অসি হৌদোক্লকপা

অসিদা ঐ অসিবু কনানা কদৌহ্নিবনো, কদৌবা লাকলিবা ঐ মফম থংদ্রে। মফম অসিদা নং ঐ মতম খরা লৈমিন্নহুনা মরম অসি সন্দোক্না থংজনবা পুরুম লৈপাই তম্নসি" অম্মুমনা মরম অয়াম্বা ঙাংনহুনা লৈরকলে। মহাশক্তি অসিবনা সংসার পুম্বা কোইবা অসি ৭ লক স্নবা মতম অসিদা কোনজিন তুথোকপা কোংলৌত্তান লৌথিবা অসি ব্রাখল অম্মুম তৌবদা ময়াম্বনা কংলৈ খুবম ফংখিগদবা অহুবু মপুক্তা তাথিবা নুংঙাইতবা ওইহুনা মথৱাই মুংঙাইতবদগী চানি থক্কনি থংদনা নুংস্নুক মুংজা-নহুনা মিংস্না তরং চেন্দূনা কংলৈ পুংমায়োল মনুংদা ওনথোইনা থাংহুনা লৈরকই।

মতৌ অসি উরহুনা লৈসিয়েন লৈপুনবী ওঁ পোকপীনা হায়রকই—"পারি কোন্দে তানৌবা করি মতৌ লাংওন্নো তৌঙমলিবা অদো করি ননিং থুংদবা—হায়য়ু ইমাদা।"

মমাগী ৱাহং তাবদা—"নচানা থংঙমদবা লম্বী অমা থংজবা ঙমদবা মরমদগী নচাগী পুক্নীং অৱা লৈথম তানবনি।"

"করি মরমদা থংদ্রবগে, ইমা তাক্কে হায়য়ু।"

"কদাই! ইমা, মরম অসি ইমানা থংঙম্বা লম্বী থোকঙমলোই।"

"করিগী! ইমানা থংদবা উরোইদবা সংসার অসিদা লৈতবনি।"

মমাগী ৱা অসি তাবদা সংসার অসিগী হৌরকফম লম্বী অহু পাওহংলক্লবদা মমানা তাকপিরকই—

"পারি কোন্দে তনৌবা মরম অতুদগীদমক মফম অসিদা ইমানা লাক্তুনা লাংওন সান্নররিবনি। মাতুগী পাওদমদি অতিংঙা য়াইবী সিদবনা কংলৈ রায়েন সংদা সনাফম্বাল লাংবা মতমদা লাইহৈ অসি পাওদমজৌ, পূম্নমক অসি নহাক মহাক হায়বা অসিদগী থোকওম্বা ঙাক্তনি হায়না পাওদমজৌ।" অসুম্না তাকপীরম্লগা অতিংঙা সিদবগী থৌগল লাংববু লৈসিরেন লৈপুনবী চংখ্রে। মনা মচা উনত্নুনা অচৎচত্তা লেংঙি পাল্লিবগী হৌরকফম মউ তাকনখিবা মফম্ব কংলৈ পুংমাইয়োল অওই ওইদা চাংদমনফম হায়না খুবম থমখি।

কংলৈ ফম্বাল রায়েন সংলেন্দা ওঁ অতিংঙা সিদবনা লৈসিরেন লৈপুনবীগা সনা ফম্বাল লাং, লাই পাখং অনম্নুং লাইরেম্বী পূম্বনা থৌগল লাংদনা লৈবা মতমদা চংলক্তুনা কোলজিন তুথোকপনা সনা ফম্বাল লাংবু ৭ লক কোইরগা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদববু পক্রম লৈপাইজে।

তরেৎশুবা শরুক

# সনা ফমবাল ফংবা---পাথংবা মিংহুলবা

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা—"পারি কোন্দে তনৌবা ইপাগী ইফমলাংদা লাকওম্বু হায়নিংবা করি রাবু লৈবগে হায়য়ু?"

কোঞ্জিন তুথোকপা কোংলৌভোন লৌথিবা—"ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা তাকওম্বা নয়াথংবু ইকোক লুব্রাইলেন্দা হাপনা থীজ হংজবদা খংওমজবা পাওথুম্ব নকালেন্দা নাওয়ৈজগে চংজরকলি।"

য়াইবিরেল সিদবনা—"কদাই জীবগী মপী মপা মউ মসক অহু রায়েল সংদা ফম্বাল লাঙ্ডিঙবা লাই পূন্নমকন্নু তা-নবা নপাও নিংথিজবা কোলোইন্নু তমলোলাও। লম্বী অদু তানিংবনা মুংথিল পোপ্পা হুনবদা লাইজ ইখৌ লাংবনা তমজনফম ওইওম্না ইপানা ডাইদুনা লৈওমলক্লবনি।"

কোংলৌতোন লৌথিবা—হয়ি হয়া হে, খোইনোম লাইনিংখৌ উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবা য়ারা খোংসাদগী নমু পোংথোক মথংলেন্না থেনদম্বীবা, য়োইরেল তোমপোকপা, লাংবন তৌসনা তৌরিক লাইবু ইমু মচেৎ খোমনা থবি সেংগোইরেন

অশানবদা য়াইহিপ্পা নখোং থম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজববু পুরুম লৈপাইজদনা নিংসিংজরক্কে। হয়ি হয়াহে য়াইবি সিদবা লম্বী ব্রায়েল ফম্বাল্লীবা লাইয়াম পূম্নমকম্মু তাঙম শংঙমবীহৌরো। মরম অসি অমুক হন্না থিঙম তাঙবা খংঙমজবা অতাংবা পাণ্ডতাক পাণ্ডরৌ ওইঙমগ্রবনি। লেংঙি পাল্লিবা লাই হিংচাবা, গ্রহ নক্ষত্র অচৎ চন্দ্র সংসার পূম্নমক অসিগী মসক পূম্নমক মহাকনা ওইবা, মহাক্না মসক পূম্নমকপু ওইরিবা মহাক্কী ঐহাক ওইবা, ঐহাক্কী মহাক ওইবা তাকওম্বা মসক অবেপ্পা হায়ঙমদবা নং ঐনা পানজবা নিংজবা মসক মওং অত্তু মহাক্না ওইরিবা মিংহুন্না ( শেনবা ) ঐহাক, য়াহাক, মহাক অহুম-নক্কা অমত্তা ওইবা য়াইবিরেল মেরুবনা সনা অহিংবা মচুনা অঙৌবা ওইবা ( গৌরমঞ্জুরী ), মন্নুংদা অহিংবা সনা লৈহাও মচুনা তমজবা সুমহৎনবগী মসক্না জীবগী তুংনফম ওইবা মহাক্না ঐহাক্কী ব্রাখল ওইরিবী, ব্রাখল অতুগী মসক্না সনা অহিংবা লৈহাও মচুনা মসেক মঙান ওইদনা মন্নুং মপাল তুনা ঙালবা, মফম মসক পুম্নমক্তা থা-নবা লৈতনা সিন্থুংনা লৈরিবা য়াহাক হায়বা উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবা মপুনা ঐহাক হায়বা ওঁ অতিংঙা সিদবা মহাক হায়বা মন্নুং মপাল তুনা লৈঙম্বী ওঁ পোকশী লৈসিরেন লৈপুনবীগা অনিমকপু পুথোক্তনা লেংঙি পাল্লিবা পূম্নকসিবু থোকঙম সেমঙম পোকঙমখি, পুয়ানা য়াইবিরেল সিদবগী মসক য়াহাক

হায়বা থিয়াংথোক লমহৌবা সিদবা মপুগী ময়াথংদগী ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা নহাক্না অচৎ চত্তা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক অসিগী মউ উরাংনা নহাক্কী। উরাং মাগী মরু লেমফু মউনা ও য়াইবিরেল সিদবা য়াহাক হায়বা মসক্না ওইরি। ঐহাক, য়াহাক, মহাক মসক অহুম্না অমত্তা ওইরগা ঙানথোইবা অঙোবা মচুনা তমজবা মুরৈ সংথাংনবা মঙাম্না সনা অহিংবা মচুনা তমজবা অনৌবা নোংগী মরক্তা চুমথাং খানবা মওংনা লৈবাক লৈবাক তুনা ঙাল্লবা সনা অহিংবা কৌবা ( গৌরমঞ্জুরী ) মিংলেন মসক্তগী থোকঙম পোকঙমখিবা মসক ঙাক্তনি। পুম্নমক্কী মপা মমা হৌরকফম, মউ উরাং লেনফু, ঐহাক, য়াহাক, মহাক—ওঁ অতিংঙা সিদবা ওঁ য়াইবিরেল সিদবা, ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবী অহুমমক্না অমত্তা ওইবা মসক্তগী পোকঙম থোক-ঙমথি। মসক ও মক্তগী থোকখিবা সেমখিবা পোকখিবা ঙাক্তনি।”

## পাখংবা মিহুনবা নিংথৌ খুবম সিন্নবা

মচাগী মরা তাবদা—“পারি নংদি জীবা পানবা অচৎ চত্তা, লেঙিঙ পাল্লিবা জীব পুম্নমক্কী মপাল, মউ উরাং লেনফু খংবা হানবা অহু ইচানা ওইঙমলে মরম অসিনা চক মরি চুপ্না খংনহৌনবা ইচাগী কোল্লোই মিংহুনবু ঙসিদগী হৌনা পাখংবা লৈনুং লোনজা অরিবা উঁ ওঁ টুওঁ য়াইবিরেল মেরুবনা ভ্রীঁ হ্রীঁ তোংলৈরা মীঁ হীঁ তোংনানিক টে টে হায়না থোল্লগে। কংলৈ

পুংমাইয়োল লৈবাক অসিগী নিংথৌ খুবম নংনা ফংহুনা লৈবাক লৈবাক খুদিংগী নিংথৌ তাংবন ফম, চোংসেকপিন খান, অসাই অসম থৌগন লাংনা জীব পূম্বগী ব্রায়েল থৌদা নোংদম্বা সেম্বী সাবিনবা ওইহুনা চক ৪ মক্তা পানঙমজবা ওইরো, ইপাদি নসাই কোন্দা নরুম থ্ুপনা লৈরগে। ইচানা ইপাবু নিংসিংলকপা মতম মতমদা উনবা ওইঙমসি।" হায়হুনা তাকলগা অসাই অসম নিংথৌ পোৎলোই সিন্নহুনা মচাবু লৈমাই থক্তগী কৈরাথক্তা পয়লগা তংবল থক্তা ফমহল্লগা মচাগী মতৌ মওং য়েংগদবগী কংলৈ পুংদা থুপ্তুনা লৈঙমখি।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা থুপ্নকম ওইনবা মফম্ভু শুরু সিদপুং কৌরে। ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবীম্ভু থুপঙল্লগে ব্রাখল্লহুনা মহাস্তগী মহাকুম্বী থৌরম থৌরাং থৌঙম্বী ব্রায়েন কারা ব্রাফাওবী, হুয়েন লাংজেং সাফবী জীবা পূম্বগী সুস্মাৎনবগী তুংনফম ওইবী মসক অমা কোপোই মিংহুন্না সনা খোংনাংলৈমা মিংহুন্দুনা পুথোকলকলে। মফম অহুদগী ইবেম্মা অসিবু নোংপোক হারম পালফবা অঙাইবা লাইগী মফমদা মতুংগী লম্বী ওইরগদবা তাক্তুনা সিন্নহুনা পুহনখি। লৈসিরেন্না সক্তি মশক অমা পুথোকলম্লগা থুপখিবা মফম অহুবু লাংলেন লাংওন ৭ কী থ্ুপনা থোরুফম প্ুং হায়না থমখি।

কংলৈ প্ুংমাইয়োন্দা পাখংবা লৈন্তুংলোনজা অরিবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লক্লবদা লৈবাক অসিবু সেমসাবা খুনথোকপদগী য়াওরক্লবা লাই উকোংলেন, অঙাইবা, থোংঙাইবা, কোংতিংলেন,

থরাই চেংঙা, য়ূহা অমসুং য়ুচেং লাই ৮বু মাইকৈগী লাই অঙম্বা লুচিংবা ওইদুনা মাইকৈ ৮ ঙাকপা লমপ ু নিংথৌ হাপ্পুনা পুরুম নোংথোল অসাই অসম ওইহন্দুনা লৈপাকপু নুংঙাইনবা পাখংবা নিংথৌনা মাইকৈ ৮ দা থম্লক্লে ।

পাখংবা লৈমুংলোনজা অরিবা নিংথৌনা চিংয়া তময়া কোইনা চত্তুনা মখল মখা লাংওল সান্নদুনা লম অফ ফত্তা কোইনা য়েংলকই । নোংপোক খোংদারকপদা অঙাইবা নোংপোক নিংথৌনা ইবেম্মা সনা খোংনাং লৈমবু পাখংবা নিংথৌগী মফমদা থুৎসিন্ননা সিন্নদুনা লৈকৎলি । পাখংবা নিংথৌনা মফম অসিদগী কংলৈ পুং-মাইয়োন্দা লাক্কুনা সনা খোংনাং লৈমবু মহারানী হাপ্পুনা নিংথৌ পানবা ওম্নবা থৌরাংখি । ইবেম্মা সনা খোংনাংলৈমবু থুৎসিন্নবা মফম্সু মহা লাইকোন হায়না মিংহল্লম্মী । মফম থুদিং কোইওম্লকপা অদুদা মখল মখা অয়াম্বা তুখোং সেমদুনা কংলৈস্বর খোংলম মরি তম্না সেমগৎলি । চক ৪ চুপনা লেংদনবা মফম থুদিংদা মহাক্কী মহাক লাংওল মসকপু পুথোক্কুনা লাইকোল থুদিং থুবম তম তমদুনা সেমগত্তুনা চক ৪ বু পন্দোম লোম্না পানওম্নবা থৌরম্বু সিন্দুনা থম্মুই হায়বগী মমিংবু চাখা লোনজা পাখংবা ওঁ ওঁ হ্রীঁ ক্লীঁ স্লীঁ খাবা লৌচাচি হাইবা হায়না কৌনখি ।

অশানবদা য়াইথিল্লা নখোং থম্বাল লৈঙাং লৈকাদা তমজববু পুক্রম লৈপাইজদনা নিংসিংজরক্কে। হয়ি হয়াহে য়াইবি সিদবা মশ্বী রায়েল ফম্বাল্লীব। লাইয়াম পূম্নমকপু তাঙম থংঙমবীহৌরো। মরম অসি অমুক হন্না থিঙম তাঙম্বা থংঙমজবা অতাংবা পাওতাক পাওরৌ ওইঙমগ্রবনি। লেংঙি পাল্লিবা লাই শিংচাবা, গ্রহ নক্ষত্র অচৎ চক্র সংসার পূম্নমক অসিগী মসক পূম্নমক মহাকনা ওইবা, মহাক্না মসক পূম্নমকপু ওইরিবা মহাকী ঐহাক ওইবা, ঐহাক্কী মহাক ওইবা তাকঙম্বা মসক অরেপ্পা হায়ঙদবা নং ঐনা পানজবা নিংজবা মসক মওং অতু মহাক্না ওইরিবা মিংহন্না (শেনবা) ঐহাক, য়াহাক, মহাক অহুম-মক্না অমত্তা ওইবা য়াইবিরেল মেরুবনা সনা অহিংবা মচুনা অঙৌবা ওইবা (গৌরমঞ্জুরী), মন্থুংদা অহিংবা সনা লৈহাও মচুনা তমজবা শুমহৎনবগী মসক্না জীবগী তুংনফম ওইবা মহাক্না ঐহাক্কী রাথল ওইরিবা, রাথল অতুগী মসক্না সনা অহিংবা লৈহাও মচুনা মসেক মঙান ওইদনা মন্থুং মপাল তুনা ঙালবা, মফম মসক পূম্নমক্না থা-নবা লৈতনা সিন্থুংনা লৈরিবা য়াহাক হায়বা উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবা মপুনা ঐহাক হায়বা ওঁ অতিংঙা সিদবা মহাক হায়বা মন্থুং মপাল তুনা লৈঙম্বী ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবীগা অনিমকপু পুখোক্তনা লেংঙি পাল্লিবা পূম্নমক্কসিবু থোকঙম সেমঙম পোকঙমথি; পুয়ানা য়াইবিরেল সিদবগী মসক য়াহাক

হায়বা থিয়াংথোক লমহৌবা সিদবা মপুগীময়াথংদগী ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা নহাক্না অচৎ চত্তা লেংলি পাল্লিবা পূম্নমক অসিগী মউ উরাংনা নহাক্নী। উরাং মাগী মরু লেমফু মউনা ওঁ য়াইবিরেল সিদবা য়াহাক হায়বা মসক্না ওইরি। ঐহাক, য়াহাক, মহাক মসক অহুম্না অমত্তা ওইরগা ঙানথোইবা অঙোবা মচুনা তমজবা মুরৈ সংথাংনবা মঙাম্না সনা অহিংবা মচুনা তমজবা অনৌবা নোংগী মরক্তা চুমথাং খানবা মওংনা লৈবাক লৈবাক তুনা ঙাল্লিবা সনা অহিংবা কৌবা (গৌরমঞ্জুরী) মিংলেন মসক্তগী থোকঙম পোকঙমখিবা মসক ঙাক্তনি। পূম্নমকী মপা মমা হৌরকফম, মউ উরাং লেনফু, ঐহাক, য়াহাক, মহাক—ওঁ অতিংঙা সিদবা ওঁ য়াইবিরেল সিদবা, ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপ্নবী অহুমমক্না অমত্তা ওইবা মসক্তগী পোকঙম থোকঙমথি। মসক ৩ মক্তগী থোকখিবা সেমখিবা পোকখিবা ঙাক্তনি।"

## পাখংবা মিহুনবা নিংথৌ খুবম সিন্নবা

মচাগী মন্না তাবদা—"পারি নংদি জীবা পানবা অচৎ চত্তা, লেঙিঙ পাল্লিবা জীব পুম্নমকী মপাল, মউ উরাং লেনফু খংবা হানবা অহু ইচানা ওইঙমলে মরম অসিনা চক মরি চুপ্না খংনহৌনবা ইচাগী কোল্লোই মিংহুনবু ঙসিদগী হৌনা পাখংবা লৈনুং লোনজা অরিবা উঁ ওঁ টুঙঁ য়াইবিরেল মেরুবনা ভ্রীঁ হ্রীঁ তোংলৈরা মীঁ হীঁ তোংনানিক টে টে হায়না থোল্লগে। কংলৈ

পুংমাইয়োল লৈবাক অসিগী নিংথৌ খুবম নংনা ফংহুনা লৈবাক লৈবাক খুদিংগী নিংথৌ তাংবন ফম, চোংসেকপিন থান, অসাই অসম থৌগন লাংনা জীব পুম্বগী ব্রায়েল থৌদা নোংদম্বা সেম্বী সাবিনবা ওইহুনা চক ৪ মক্তা পানঙমজবা ওইরো, ইপাদি নসাই কোন্দা নরুম থুপনা লৈরগে। ইচানা ইপাবু নিংসিংলকপা মতম মতমদা উনবা ওইঙমসি।" হায়হুনা তাকলগা অসাই অসম নিংথৌ পোৎলোই সিন্নহুনা মচাবু লৈমাই থক্তগী ফৈরাথক্তা পম্নগা ভংবল থক্তা ফমহল্লগা মচাগী মতৌ মওং য়েংগদবগী কংলৈ পুংদা থুপ্তুনা লৈঙমখি।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা থুপ্নফম ওইনবা মফম্বু গুরু সিদপুং কৌরে। ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবীস্থ থুপঙম্নগে রাথল্লহুনা মহাক্তগী মহাকুম্বী থৌরম থৌরাং থৌঙম্বী ব্রায়েন কারা ব্রাফাওবী, হুয়েন লাংজেং সাফবী জীবা পুম্বগী সুক্ষ্ৎনবগী তুংনফম ওইবী মসক অমা কোলোই মিংহুন্না সনা থোংনাংলৈমা মিংহুন্দুনা পুথোকলকলে। মফম অহুদগী ইবেম্মা অসিবু নোংপোক হারম পালফবা অঙাইবা লাইগী মফমদা মতুংগী লম্বী ওইরগদবা তাক্তুনা সিন্নহুনা পুহনখি। লৈসিরেন্না সক্তি মশক অমা পুথোকলম্নগা থুপখিবা মফম অহুবু লাংলেন লাংওন ৭ কী থুপনা থোক্লফম পুং হায়না থমখি।

কংলৈ পুংমাইয়োন্দা পাথংবা লৈন্নুংলোনজা অরিবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লক্লবদা লৈবাক অসিবু সেমসাবা খুনথোকপদগী য়াওরক্লবা লাই উকোংলেন, অঙাইবা, থোংঙাইবা, কোংতিংলেন,

থরাই চেংঙা, য়ুহা অমসুং য়ুচেং লাই ৮বু মাইকৈগী লাই অঙম্বা লুচিংবা ওইতুনা মাইকৈ ৮ ঙাকপা লনপ্‌ নিংথৌ হাপ্তুনা পখ্রম নোংখোল অসাই অসম ওইহন্দুনা লৈপাকপ্‌ হুংঙাইনবা পাখংবা নিংথৌনা মাইকৈ ৮ দা থম্লক্লে।

পাখংবা লৈহুংলোনজা অরিবা নিংথৌনা চিংয়া তময়া কোইনা চত্তুনা মখল মখা লাংওল সান্নতুনা লম অফ ফত্তা কোইনা য়েংলকই। নোংপোক খোংদারকপদা অঙাইবা নোংপোক নিংথৌনা ইবেম্মা সনা খোংনাং লৈমবু পাখংবা নিংথৌগী মফমদা খুৎসিন্নবা সিন্নতুনা লৈকৎলি। পাখংবা নিংথৌনা মফম অসিদগী কংলৈ পুং-মাইয়োন্দা লাক্তুনা সনা খোংনাং লৈমবু মহারানী হাপ্তুনা নিংথৌ পানবা ওন্নবা থৌরাংলি। ইবেম্মা সনা খোংনাংলৈমবু খুৎসিন্নবা মফম্ মহা লাইকোন হায়না নিংছুম্মী। মফম খুদিং কোইওন্নকপা অদুদা মখল মখা অয়াম্বা তুখোং সেমদুনা কংলৈম্বব খোংলম মরি তম্না সেমগৎলি। চক ৪ তুপনা লেংদনবা মফম খুদিংদা মহাক্কী মহাক লাংওল মসকপ্‌ পুথোক্তুনা লাইকোম খুদিং খুবম তম তমদুনা সেমগত্তুনা চক ৪ বু পন্দোম লোম্না। পানওম্নবা থৌরম্বু সিন্দুনা ধম্মুই হায়বগী মনিংবু চাখা লোনজা পাখংবা ওঁ ঙঁ হ্রীঁ ক্লীঁ স্লীঁ থাবা লৌচাটি হাইবা হায়না কৌনখি।

নিপালশুবা শরুক

# অসিবা লাইনা নোংখোং থকলোনদগী (ব্রহ্মলোক্তগী) কংলৈদা হল্লক্কুনা খুবম লাংওল সেম্বা

ওঁ লাইসিদবা অসিবা লাইনা নোংখোং থকলোনদা লৈহুনা মউ মপাল লেনফু উরাং মখল মথা নাইনা পুনসিবদা লিদনা পুয়া ফৈদোম মরিবু অহুম্নক হন্না য়েংহন্দুনা খংহল্লম্লগা কংলে পুংমাইয়োন্দা হনজিল্লগে হায়হুনা হৌনফম পুংদা থুংলরে। মফম অহুদা ঙাইহাক লেপ্তুনা "ইমা নংগী মফম অসিদা ঐনা সংসার অসিবু কোইনা চৎপা মতমদা মফম অসিদগী হৌহুনা চৎলি লোইরবসু ইমা নংগী মফম অসিদা লোইজরবসি ঙসিগা ৭ লক স্থুরে। অহৌবগা অরোইবগা অনিগী ঙমদাইফসু নচানা নফম লাংদা ওইঙমজরি। নচানা সংসার কোইজরুবা গুরুগী ময়াথং পুহুনা মরম অসে গুরুনা নিংবা লম্বীহু থুংবা ওইবা পীঙম্বীয়ু। অতিংঙা য়াইবী সিদবগী নিংবা লম্বী থুংনবা সংসার কোইবা হৌবা পন্দোল লোইবা ওইবা ইমা নংগী নফম অসিদা কংলে লৈবাকসি অরাবা ঙমথৈ তারকলবা, লৈবাক সৈবাক পুম্বনা অরা পোপতা হুন্নরবা মতমদা ইমা নংগী নফমদা লৈতাই ঙমদাইজহুনা অরা লৈথম তানবা পুম্বা কোকঙমজবা ওইনবা ইমা নংনা পিনবিবা

ওইঙম্বীবু। নচাস্থ অতিংঙা গুরু সিদবগী মকা য়োনা চংজরগে।" হায়না কংলৈ পুংমাইয়োল পাংনা চংলক্লে। মফম অদুবু ঙমদাই লৈতাইপুং তাইনা থেম্নপুং কৌই। মেরুবনা 'তরৈ হং সং তরৈ সং রা কৌই।

কংলৈ পুংমাইয়োন্দা চংলক্লগা লেপ্তুনা—"ঙসি ঐনা কংলৈদা চংজরকপা অসিবু ও অতিঙঙা সিদবা গুরুগী য়ারা খোনবু তাঙমদে, গুরুবু লৈঙমদবরা?" হায়না কোইনা য়েঙঙকপদা মাসানৌ কোন্দে ভনৌবানা সনা খোংনাং লৈমগা লোইননা "গুরুগী তাংবন্দা মঙম চাদনা কম্মী ঐগী ইমাংদা" হায়না তাথিবা ওইদুনা মিৎতরেং পাংসোইনাইবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈঙম্লক্লে। ময়াম্বগী মিৎয়েং উবদা পাখংবা নিংথৌনা ময়াম্ববু কিদুনা তাংবন থকুগী কুমদুনা চেনগে হায়না তৌঙম্মী।

## কৈ য়েন সাম্নবগী মরম।

পাখংবগী মতৌ উবদা লাইরেম্বী ৮ না খুৎসম্নদুনা "নিংথৌনা তাংবন থাদোক্কুনা চৎপা হৌনদে। ঐখোই খাইনা নতু তুবুম তৎহল্লোই, পাম্বা খোংগুন তাহল্লোই" হায়দুনা মখুৎ পরেং খুৎসম্নদুনা নিংথৌ পাখংববু কোইসিন্দুনা থম্নগা ইসৈ লিরোল সক্কুনা ময়াইদা থম্লক্লে।

কেক্রেক কেক মো মো,
য়াঙোই সম্বা স্যাও স্যাও,
তোকপগা কনবগা
কৈগা য়েনগা চাইনবা,
য়েনখোং ফম্ভে চাসল্লো,
লাইগী য়েম্নি চাফদে,
রাইনৌসে রাইনৌসে,
চরা লাংমৈ রাইনৌসে,
কেক্রেক কেক মো মো
য়াঙোই সম্বা স্যাও স্যাও।

ইসৈ লিরোল অসি তাবদা অসিবা লাইনা "ঙসি ঐনা থৌরাংবা অসি মাখোই ৮ মক্না উহুনা কোপ্পিন তুথোকপপু কনখ্রে। মফম অসিদদি মকল্লো! নখোই ৮ না লৈবা মফমদদি ঐনা চংবা য়াদবনিনা! অহু ওইহুনস্থু ঙসি ঐনা থৌরাংগ্রবা অসিদি তোকঙম্বদি তৌররোই। কংলৈ লৈপাক অসি মথক মথা ওম্থোকলগা অমুক নৌনা খুবম অপ ম্বা সেমহুনা থুন্দা লৈতাহলগে" হায়না সাওহুনা লৈপাক্কী সেক্লিং পাংনা চোংথোক্লক্রে। অসিবা লাইনা লেপ্তুনা য়েংবদা মনাওগী মতৌ তৌঙমদবা থৌওইদবগুম উরুবদগী সাওখিবা মফম্থু ঙসিপুং হায়না কৌনখি। মফম অসিগা ঙমদাইপুংগা মরমনি। অনি অসি তুনা লাংএন ঙমদাইনফম ওইনগনি।

## অসিবা লাইনা লাংওন মসক ওইবা ।

ঙ অসিবা লাইনা সাওখিবদগী সেকনিং থাংহি ঙাংঙোই চিংদা মখোং ওইনা নেৎ, কংলৈ তাংখমপুংদা য়েৎনা নেক্তুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাকপু মথক মখা ওম্থোক্তুনা থম্লগে হায়তুনা মহাক্কগী তৌঙমত্রবা লৈত্রবা লাংওন মখল মখা পুথোক্তুনা মথক মখা ওলগদবগী তৌঙম্লকলে। মরম অসি মসানৌ লৈম্নুং-লোঞ্জানা উরতুনা ময়াম্বগী মফমদা হায়জগে থন্দুনা কংলৈ পুংগী সেক্লিং নুংকেদা থোক্তুনা মাখোং নামা থাঙ্গত্তুনা মমিৎ পাংমা উইতুনা ময়াম্বগী মফম লাংবু য়েংতুনা " হে বিসাকর্ম্মা লাইনা তমজফম ওইবা লৈপাক অসিবু নংনা সেমঙম্বীবা নত্তরা ; অমুক করম্না মাংননবা তৌঙম্বীবনো ? অসাওংথোইমন য়াংবা পূম্বা তে-নবীতুনা সেম্বীবগী সেম্বীবা সেমঙম্বীদনা লৈপাকপু মাংহনবা তৌঙমবীগন্নু। ননাওনা লংজ অরান পূম্বা ঙাকপিতুনা, ননাওবু ইতিকচাবা ইঙম থৌদা নোংদম্বা ওইবিতুনা নয়াংথং কোল্লোই নিংথিবদো লুরাইলেন্দা হাপচতুনা মতম পূম্বা চৎঙমজবা ওইজগে। নখোং লৈঙাং থম্বাল লৈকানা তমজববু খুয়ারেন্দা ব্লাকমা সৈদম সৈকোক থংজদবা ননাওনা চংজফমনি চংজরি, হায়জফমনি হায়জরি। মিৎতরেং মঙম পাংসোই নাইদবা মিৎয়েংনা অমুক্তদি য়েংবিখো, নখোং খুয়ারেনগী থৌদা নোংদমবু ফিগাওসানা নিজরি নাম্না সৈদম পান্দ্রিবা ননাওনা।"

রা অসি তাবদা অসিবা লাইনা মনাওবু মুংসিরদুনা কনবীরগে থন্দুনা মালেম তম্না য়েংলকই। মাদুদা মনাও পাখংবনা ময়াম্বনা তৌঙমদ্রবা লৈত্রবা মসক ময়াম পুথোক্লুনা লৈঙম্বা অদুদা মমিং পাংসোই নাইদনা ময়াম্ববু য়েংঙমজবা ঙমদনা মাখোং নামা থাংগৎনা খুনিং লৈগা কাদুনা লৈঙম্বা মতৌ উবদা অমুক হেন্না সাওঙনখ্রে।

"নাদি রাক্রেম হাক্রেম লানক্রেম্নরিবোরে। মরাহৈদি লিপুন লিকানৈ, মপুক রাখল থৌরমদি করেম হায়গ্রেমনবা রাওই থৌওইদবা খুদমনা মসক ওইঙম্মী"।

ফাগী ফারাং সাওংনা ময়াম্বদবু পুরুম লৈপাই তেংথা নাওই হায়দুনা খুরাইকাংবা সেংবু চিরাই তাংবা মিংহুন তমখি। মফম্বু কোনয়াইফম হায়না মিংহুল্লে।

খুদক অদুদা থুনমক অসিবনা মাংহন-নবা অকনবা শক্তি থৌরাংদুনা মখাপাংনা কংলৈ লৈপাক চেপলক্লে। পাখংবগী হায়জ চংজফম লৈরক্রবদা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদববু নিংসিংজদুনা কৌজরক্লে "অতিংঙা য়াইবিরেল হে গুরুসিদবা, কংলৈ লৈপাক অসি অমুক্কদি কনবিরো, মথক মখা ওনখিবা তাখ্রে"।

রা অসি তাবদা অতিংঙা গুরুসিদবনা য়েংঙকপদা তৌঙমদ্রবা মসক অয়াম্বনা চোংথোক্লুনা লৈপাক মথক মখা ওনগদবগী তৌরম্বা মতৌ উবদা, "হিঃ করি মতৌনো। মাংখিবা তারেনা থুনমক খুদক অসিদা" থন্দুনা মচা পাখংবগী মমাংথানা থোকঙম

চোংথোক্লুনা গুরুগী মখুৎস্থ থাংনা হাইদুনা শক্তি পুম্নবু খোমজিন্দুনা থাংকক ৭ থোক্লা কক্লুনা মতুপ ৭ না মালেমথক্তা তাদুনা লৈখ্রে। শক্তি তৌঙমদ্রবা মসকনা মাংখ্রবা অদুদা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা রাখল তৌই— "তৌঙমলিবা মরম অসি করিনো, কনানা থৌরাংলিবা ইচা অসিবনা সেমজবা লৈপাকপু মাংনবা" রাখল তৌনা য়েংবদা মপারি চরৈহন্না মনাওবু সাওদুনা তৌঙন্নম্বা মরমনি হায়বা অদু উরক্লে।

অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা "ওম্থোকপনিদা রাখল অমত্তা তৌদনা কংলৈ কনামত্তা তাকঙমদনা ইচাবু মাংনবা তৌঙম্মীদা ঐ অসি অচান মিরাইনাইবা য়োংলৈ মেলৈ নাইবা লম্বী থৌরাংবগুম থোকঙম চৎঙমখিদা। অদুনদি থোকখিবানা থোকখ্রে। হৌজিক ইচাবু থেম নৌনা কৌথোক্লুনা ইচাগী অথোইবা কম্বাল লম্বী কংলৈ পুংমাইয়োল অমা নোংদমদুনা লৈপাক অসিদা অমুক হন্না থনমদ্রবদি চক ৪ মক্কী ফালম লাংওন সিন্নবা মসক অমুক থোকঙমলরোই। অদুনদি কংলৈ অসিদা লৈদুনদি থেম নৌবনস্থু থোকঙম্মু হায়বা য়ানি নিংদ্রে। অচিকপা মফম অমদা চৎলগা থেম নৌনা হায়দুনা ইচাবু মালেম লৈদা থোকঙম্নবা থম্বা তাই" খন্দুনা কনা তাহন্দনা খা পাংনা চৎঙমখি। কংলৈ লৈপাক কন্নবগী অমুক হন্না থোকঙমখি। মফম অদুদা থোকঙম্বদগী মতুংগী থৌরমপুম্বা অমুক হন্না সিন্নদুনা থোকঙমখি হায়দুনা থোকপুং কৌরে। পাখংবব্ কনগদবগী মফম খুদিংদা সংদুনা লৈ হায়বগী মিংলেনবু শঁ হায়না থমখি।

# লাইকোন্নুং নোংদমবা।

## লাংবা চক্তা ওইগদবা ফালম তাকপা।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা গুরুনা মচা অসিববু কৌথ কৌঙমগদবগী থোকঙম চংঙমখিবা অসি লৈন্নুং লোনজা অরিবা পাথংবা নিংথৌনা তাংজ মরাইলুক্তা গুরুবু কদোমদা চংঙমখিবনো হায়না রাখল তৌদুনা য়েংলকপদা ময়াম্বা অসিবা লাইগা তিল্লুক মাইয়োক্লফম অচিকপা লম থিদুনা চংথখিবা অদু উরক্লে। লৈন্নুং লোনজা অরিবনা গুরুগী হৈনা তুংইন থৌগন ওইদুনা ময়াম্ববু পুরুম লৈপাইজহৌগে খন্দুনা য়ারৌ সজি সঙাইনা মপী মপা কাইনবা থাম্বীনদি লমলৈনা কোইনা চাকলক্তুনা য়াংলৌ লম্বী মফম খংদনা কোইনা কোইনা, মাইকৈ সিন্না চেন্দুনা য়াংলৌ লম্বী থিবঙম খোংকাপ নারৈ কন্না চংথরক্তুনা য়াংলৌ লমখাংদা সম্ মাংওইননা থক্তুনা ওঁম অতিংঙা গুরু সিদবগী মখোং খুয়ারেলবু সোকনা পায়জনা লৈসি লৈথোনবা, চিরোল লোনহাইনবা তৌরকলে। রাঙাং মতৌ মওং উবদা গুরুনা "কোনদে তনৌবা পাখংবা নংগীদমক ইপানা নয়াম্ববু থেম নৌনা কৌথোক কৌঙমলম্লুগে চংলিবনি। পাইমা মরিংজেন খাঙম্বা নয়াম্বনি; পারি নংবু য়াওরবদি নয়াম্ববু থোকঙনলকউ য়াঙল্লরোই। ঐগা অতুক হান্না উনদুনা থেম নৌনা নয়াম্বগী অসাওববু ফাঙল্লগা য়াঙম্বীবীরবা মতমদা নংনা পুরুম লৈপাইজদুনা হায়জ হংজ ওইঙম জৌ; ঐগা নংগা লোইনদুনা চংলবদি থোকঙমমুস্থ য়াররোই; ইপাবু মচা ঙাক্তুগী মফমদা অচান হুংসি মীরাই সঙ্গন নাইবা লম্বীবু তুংদা

থোকভমহৌরনি। নংগী নচৎ নওংসে ইপানা অস্থুম য়েংবদা নংগী কান-নগদবা মরমদদি হায়জ নোনজ-নপচ তাংজহৈঙম্না মরমপুস্বদা ইপানা উই। মফম অসিদা নংগা ঐগা মতৌ মওং অসুম্না উনদুনা রাঙাংনৈ হায়বা মরম অসি চক ৪ মক্তা থংনবা মফম অসিদা চিরোং চিংাইবা হায়না ইপাবু ঙাইদনা লৈরম্মু। লমদম অসিনা সামুরৌ হায়না থংনবা ওইঙম হৌরসু” হায়না থনম্নগা গুরুদি মখাপাংনা কুমথরক্লে।

ককই ইরাংতাবা অয়িংবা মফম কুত্তক তৌবা অমদা ফমদুনা তাংজলুকনা পুক্লিং অরাবগা লোইননা রাখল তৌরক্লে—“অসিবা হায়বা ঐগী ইচা ঐহাক মহাকী মসক ওইবা চক ৪ মক্তী ফালম লিম্নবা উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবনা অতাঙবা লাংঙল শক্তি, তত্তগী মরু খোংলম পূম্বা হাপ্তুনা থোকভম্লরুবা মহাকনি। কমদোনা মাবু য়া-নবা রাহৈ করি হায়ঙমদুনা থোকভম্নবা কৌসিবা?” মফম অতুবু তাংঙম্বা মহারা ওইবা মচাগী কৌথোক্‌নবা মরম্বু রাখল তৌদুনা লৈ হায়দুনা তাংপাৎ হায়না নাওরোইনরে।

মাপললগুবা শরুক

## লাইকোল্লুং সেম্বগী মরম লৈসিরেন্না থোকগুমহুনা অতিংঙা সিদবগী তেংবাংনবা থৌরাংবা

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মচা অসিবু কৌথোক্লবগী য়াহৈ নাতৈ করম হায়না তৌগুমসিগে হায়বা য়াখল্লা অয়াবা গুইহুনা তাংপাগ্গা লৈবা মরম অসি উবহুনা লৈসিরেল লৈপুনবী ইমোইন্নু অহোং অচাওবী পোংলম পোংখাংনবীনা গুরুগী হৈনা তুংইল থৌগল গুইহুনা মচাবু কৌথোক্নবা মরম্নু তেংবাগুংগে হায়হুনা মথা পাংনা লাক্লুনা থোকগুল্লক্লে। মফম অহুবু নিংথৌ পোকপীপুং হায়না লৈখি।

লৈসিরেন লৈপুনবীনা, লাকপা অসি অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা উরহুনা, লৈসিরেন্না উদনবগীদমক নোংথৌ পাংবদগী মালেম ফাওবা লৈচিন্না সাংথ লেংথনা সিন্না কুপহন্দুনা নাথৈহুনা লোত্তুনা চংখি। মফম অহুবু থায়াই হায়না কৌনখি। মফম থংনবা হায়হুনা পামেল অমা মফম অহুদা থারম্মী, মমিংবু থৈবোং হায়না কৌনখি।

লৈসিরেন লৈপুনবীনা কোইথি থিজিল্লক্লবা অহুদা থাংফম লোংফম খংগুক্লহুনা পামেল অমগী মথোংদা নোংকোরো অমা চুপ্পবা লোত্তুনা লৈরকই। পামেল অহুবু নোংনাং কোরি হায়না মিংহুল তমখি।

গুরুবু নোং কোরৌ অমা চুপনা থিবদা খংঙম উঙমলক্রবদা মাইকৈ ৪ সুংদাই ৪ চত্তুনা লৈনা কোয়না য়েংবদস্থু উঙমখিদ্রে। মতুদা লৈসিরেন লৈপুনবীনা "করিনো করিনো কদাই য়ৌঙমখিবনো হায়না তাংজলুকনা মালেম শাংনা য়েংবদা লাংওইনা লমতুম থগাইগী মমুংদা গুরুবু লৈঙমলকলে। মফম অতুবু উনপুং হায়না খংনথি। লাই অনিমকনা তিল্লুক মায়ওক্লনা উনবা মফমনি হায়দনা তুথোকপী হায়নস্থ কৌনৈ। মাতুদা গুরুনা সামু অঙৌবগী মসক ওন্দুনা লৈরম্মী, মতুবু ইবেম্মনা খংতুনা পাইমা থম্মোইনুংগী রাখল লৈসি লৈথোনবা রাইনা থৌরি কোঙ্গোই ওইতুনা য়াঙ্গোই সামু অঙৌবগী মখোং খুতুং তম্মা চংতুনা তিল্লুক রাইনা পুনখ্রে।

হায়রিবা অসিগী লিশোন পাওরৌদি গুরুনা মালেম লৈমাই থক্তা খুকউ খুদক কুন্দুনা লোত্তুনা লৈরম্বা অতুদা মখোং লকা সোক্লা চংতুনা হায়জৈ, তিল্লুক রানা নাওথেম্বী ইবেম্মা থেম্বা চম্লুনা অতুম তৌনা হায়জরবা মক্তদা গুরুগী খুমাং অনি হায়বদি খুৎ অনিনা ঈরাংমদা থম্মগা খুতুং অনিনা হায়বদি খোং অনিনা লাইজ তুংরাংমদা থমতুনা খুকউ লৈনা মনসানা লৈরম্বা অতুদা ইবেম্মনা গুরুবু সাওই খংদতুনা কেনা নৌনা গুরুগী তিল্লুক থৌগন্নবা থৌরাংঙি। ইবেম্মগী থৌরাং অতু উবদা সাওসি সাওভনদা "কদাইনো তৌঙমলিবা অসিবু" হায়না খল্লা খন্না অনিমক তিল্লুক মাইয়োকনখ্রে। গুরুগী খুৎ অনিনা কেনা নৌনা ওইনবা মওংগুম সৌতুনা নম্বা মফম্বু কেন্থ খুবম হায়না খংনথি। মফম অতুদা ইবেম্মনা মহাক্তগী জীবনা চাজহৌনবা খন্দুনা মথেন লুকোই সেম্লবা পুথোক্তুনা থাঙমখি। মসক অতুবু গুরুগা ইবেম্মগা কেনা নৌনাখিবা মফমদা থাখিবনি হায়তুনা কেন্থ ভমলেন হায়না মিংতুনখি। ※

গুরুগী খুৎনা সৌত্নুনা নম্বা মফম অত্নুদি মালেম অঙানবগী মঙান ফনা লৈবা মতমদা নোংথৌথক্তা য়েংবদা থরানমিচাক সিদবা হায়বা অত্নুগী মসক উজবা ফংঙে, লফোইগী মসক ওইনা। মফম অত্নুবু অচানচান্দবা অনিগী পুং হায়নস্রু থংনৈ।

মফম অসিদগী চৎথোক্তুনা মপারি অসিবগী মরমদা রাখল তৌনা তৌনা থোকঙল্লক্তুনা মচা কায়নবগী অরা মৈসানা থম্মোই লকান্নুংদা মুংসি মৈনা চাকসিল্লক্তুনা গুরুবু হাইনা ছুম্না থবাক মৈবাচিং খৌনাওমৈবু হৌনা স্বর নাহুই ইপোম চাওনা কায়না মৈচাকনা থম্মোইসিন্না চাকথেক্তুনা ঙাওনা ওনথোইনা খাংত্নুনা লৈরকলে। মফম অত্নুবু ঙাংলৌ হায়না থংনরি। মৈচাক থাংঙমলক্তুত্নুনা অতিংঙা গুরুসিদবনা পোম্বী চেকলাগী মসক ওইনা সাইওন্দুনা কোইনা নোংথৌ পাংনা পাইত্নুনা মচা অসিবু থিরকই। গুরুনা চৎখিবা উবদা লৈসিরেন লৈপুনবীনা চেক্লা খুন্নু থরংগী মসক ওইনা সাইওন্দুনা তান্নরকই।

লৈসিরেন্না তান্নরকপা অত্নু উবদা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মালেম তন্না হাইথরক্তুনা লোইবী চিংদোল অমদা লোত্তুনা লৈরক্লে। মরম অসি ইবেম্মস্নু থংত্নুনা চীং অত্নুদা হাইথত্নুনা মখোংনা হোত্তুনা মচিন্না তুত্নুনা গুরুবু খিঙম্মী। ইবেম্মগী মথৌনা তৌঙমদবা অত্নুদা লোৎপা খাংবা য়াদ্রত্নুনা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা থোকলক্তুনা ইবেম্মা থেম্বা চন্নু লৈসিরেন লৈপুনবীগা লাক্ফমিন্নরে। গুরুনা লৈরম্বা চীং অত্নুগী মথক্তা অঙৌবা লৈ অমা সাৎলি। লৈ অত্নু হেক্তুনা নাদা চিনবা য়ারোই, মালেম থক্তা মথন্তা তাঙমগনি। মফম অত্নুবু খিনা

তান্না খংনচীং কৌই। তেনা চান্নচীং হায়নসু কৌনৈ. মফম অসিদা নিংবা থুংনখি। মফম অসিদগী লাক্কুনা অনিমক্না তান্নতুনা হৌনতুনা তিল্লুক জগোই সাতুনা রাইনখি, নোইনখি হায়তুনা মহৌচীং হায়না কৌনখি। মফম অসি পোৎকৎ লৈকৎনরবদি নিংবা থুংনৈয়ে।

মফম অসিদা লৈতুনা নোংথৌপাংনা য়েংতুনা অসিবা মচাবু "ইপাগা তিল্লুরুখিসি" কৌঙম্লকই। অসিবা লাইনা গুরুবু মপাক্না তাথিবা মওংগুম্না কৌঙম্বতু তাঙম খুমঙমদ্রে। মপাক্না "গুরুনা মুংসিবা মচা পাখংবনা নোংদম ফালম সিন্দুনা পানঙমহৌরসন্নু" খনখ্রে।

মচানা থোকঙম খুম্মনখিদ্রবা অতুদা গুরুগী পুকিং অরাবা মসক ওইতুনা "ইচাবু করি হায়না হায়ঙম্লগা থোকঙম্লক্কবা" হায়না রাখল তৌনা তাংজ লুকনা খোংবী লৈদা তক্কুনা লৈঙমখি। গুরুগী মতৌ অসি উবদা পোংলম পোংখাংনবী থেম্বা চন্নু রাঙম্বী লৈসিরেন লৈপুনবীনা অসিবা মচানা লৈঙম্বা নোংথৌ পাংবদা য়েংতুনা মিংলেন অহুম্না লৈসি লৈথোন্দুনা "পারি চরৈহল অসিবা গুরুনা ইচাগা ফমলেন লুচিং ফম্বাল্লাংবু নোদমবিরগে লাকঙমলি। পারি নংবু অমুক্কদি থোকঙমতুনা গুরুগী নোংদম ফমলেন লুচিংববু লৌঙম্লবা তৌঙমসি, পারি লৌসিং থৌয়াংবা ইচাবু মপোক লিহুন নোংদমখিবা মুমিত্তগী কৌরৌ নোংমতবু ইমাগী ফৈরাথক্তা ফমতুনা সামু মাইওক্নতুনা তিল্লাং খোইজং খোইদানা ইমাগী অমৃততিল্লুক ইনখিদ্রিবা ইচানি

ঙসি কোরৌ মুমিত্তা ইমাগী কৈরাথক্তা ফমলগা তিল্লুক রাবু তানহুনা ইচাগী খৌবোম থন্নবু ইমানা অমুক্তা অমৃত খোম্নাং ইল্লমগে ; পারি চেংলৌ সকহেনবা নুমিৎনা খুদা ওইঙম্বা থাজনা থাকল ওইনবু নকম ফম্বাল লাংলিবা অমুক্তা কুম্মক্তুনা ইমাগী কৈরাথক্তা ফম্মখো। ইমানা সনাগী কৈরাক থাঙম্মী ; কৈরাক খোংফৈ খুদিংদা ইচাগী খোংগুন খোংনেৎ ওইহুনা পারি চরৈ অহলবা ইমাগী নাক্তা কুম্মকখো, তিল্লাংখোইজং খোইদানা ইচাগী চেংলৌ নিংথিবা লোইদাম থাজনা তমজববু ইনানা পেন্না য়েংজহৌম্বিগে।” হায়না মিৎসনা ইরা চেন্না মপারিবু কৌঙমখি।

মমাগী রা তাবদা থোকঙম খুমঙমদনা ডাইহুনা লৈখ্রবা মপারিনা খুম্নকই “পলেম ইমা ইবেম্মা ! অরাই কংদবী পোংলম পোংখাংনবা তাইবং মউলিংদ্রিঙৈদবু লৌনম নমথাক্লবা রারম্ম গুরুনা ডাংঙম হায়ঙম্বা হৌঙম্নবা অসিদা নচাবু থোকঙমহুনা গুরুগা উনবা মতম নত্রমালে ; গুরুগী পুক্লিং থুংনববু ইসানৌ কোনজল তুথোকপা কোংলৌতোন লৌথিবনা তাইবং ফালম সিন্দুনা তুরৈ ইরৈ থাংদনা পানঙমজবা ওইরসমু।”

## গুরু সিদবনা অসিবা মচাদা পাওখুম্বা

মচাগী মরা তাবদা অতিংঙা য়াইবিরেল গুরু সিদবনা—
“পারি চরৈ অহলবা সনাহল অসিবা ! লৌনম নমথাক রাবু ইপাদি হৌঙম ডাংঙম্বা তৌঙমখিদ্রি নচিন ননাও অনিগী

মফমদা হায়খিবা মরম কাইদনা ইপাদি চৎঙমলিবনি অহুবু ইচানা কায়ঙম্মী পাওতাকসে, ইপানা খনবদা খংঙম্বা ঙমস্ত্রে, মরম করি থৌরমদা কায়ঙম্বা থৌরম হৌখ্রবা ?"

অসিবা লাইনা—"য়াইবিরেল সিদবা নয়াথংবু পুহুনা লেঙিঙ পাল্লিবা অচৎ চত্তা পুম্ববু তাজ খংজনবা মরমগীনি হায়হুনা তাইবংপান অসিগী মফম পূম্নমক্তা নচাবু সিনথুংনা কোইচৎ চৎহল্লগা ঐনা লৈঙমদবা মতমদা ইসানৌ কোংলৌতোনবু কৌসিন্দুনা কংলৈ খুবম পিহুনা ইসানৌগী হৈনা মতুং গুরুনা কোইনা লাল্লু মুগা পালঙম্বা ঙম্নবা ফালম লম্বী সিনবিবা অসিবু নমথাক লৌনম হৌঙম্বীবা ওইঙমবিদ্রবরা ? তাকঙম্বীবদা নচানা য়া-ঙম্লোইদবা থৌরম করি লৈজবনো ; কংলৈ লৈপাক অসিগী নিংথৌ তাংবল ফম্বদি ননাওনা ফম্বা ওইঙমসন্নু হায়ঙম্বীরগা মরোইরে। ঐনা লৌয়েৎলগনি হায়ঙম্বা মতৌ-ঙম্না ঐবু কোইনা চৎখিনবা ফালম লম্বী তাকপিরগা ইসানৌদা খুবম পীঙমহুনা নচা ঐবু তাকঙম্বীদনা গুরুবু করম্না থুপঙম্বীবনো ?"

অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা—"মরম অহু চুম্বদি চুম্মী হায়ববু ইপানা ননাওগী মফমদা কংলৈ খুবম পিবদি জীব পানবা অচৎ চত্ত পুম্বগী হৌরকফম মরূমথোং পাওদম্মু ননাওনা ইপাদা পাওদম হানখিবা মরমনা ইপানা হায়খিবা থৌরমগী মতুংইন্না লেংদবা মসক ওইনা কংলৈ লৈপাক্টী নিংথৌ খুবম পীঙমখিবনি।"

অসিবনা—" থংঙমদনা লৈঙমহৌবা ইনাওনা করম্নবু থংঙম্বা হানগুম্নমহুনা পাওতাক পাওদম হানখ্রিবা মরম ফাজম অসিদি অঙকপনি "।

য়াংবিরেল সিদবনা—"মান্থুগী মরমদি, পারি চরৈ অহলবা ননাও কোন্দে তনৌবনা অহল মনাক ফমজবা পুকহং প্যাওহংজবা কনজবা মরমদগী নমা লৈসিরেন লৈপুনবীগী মফমদগী মরম পুম্বা থংজহুনা ইপাগী ইফমদা প্যাওতাক পাওদমলবনা ননাওবু ইপানা জীবপানবা অচৎচত্তা পুম্বগী মউ উরাং মপী মপা থংঙম্বী হায়হুনা পাথংবা মিংহুল অসিগা লোইনহুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক্কী নিংথৌ পোৎলোই সমপোৎকা লোইননা ইপানা ননাও কোন্দে তনৌবদা পিঙমখি"।

## অসিবা লাইনা সাওহুনা নোংথৌ-থক্তুগী।
## মালেম লৈতারকপা।

গুরুগী রাহৈ অসি তাবদা মমাবু মপুক্তা তাথিবগা লোইননা

"থৌরম পুম্বা কাইহল্লিবা ঐবু তৌঙমদবা ওইহলবা থোকহল্লিবা মরম অসি ইমানা সিনবা লম্বী ঙাক্তা ওইরবোইরে, ইমানা ঐবু করিগী অহুক তাথিবা মরম ওইবিবা মচা মচা ঙাক্তদা অচান মিরাই থাইনা নাওকোনবা হৌঙম্নবদি তুংদা করম্না অচুম্বা লম্বীদা থুন্দা লৈতাহৌগনি; মীচং মীখাই নাইবা

পুকচেল্লনা থৌরম থৌরাংনবা হোৎনব। মরাল লৈতবা মীবু মাংননবা সাওননবা ফালম লম্বী "সিনবা হৈবগী মঙেন। হৌজিক করি ওইওরগে ইনাগী মিংস্না থিংনা মুন্না য়েংনবা থৌরাং অহু তৌবীরমও!"

হায়না নোংথৌথক্তগী কুমদম নোংনা থাক লাওনা মরইকৈ মমনা হৌরকপগুম নোংথৌথক্তগী মালেম পাংনা চোংথরক্নে।

## অসিবা লাইগী নোংদম মিংহুল ছৈহোবা। মরম ফালম লম্বী নোংদম্বা।

মচাগী আসাওবা খোল্লাও তাবদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা "হিঃ করিনো! তৌঙমথ্রিবা অসিদি মাংবা তারে," হায়হুনা মাচানা মালেম লৈদা হেক তাবগা চোংসিন্দুনা মচাবু কোন্দুনা তিন্নুক ওইওল্লে। "পাখি সনাহল. ইচাদি নমাবু তাথি তাইওন্নবোইনা, হয়িচকনি কাওওল্লবোই ইচাদি!"

গুরুগী সনাহকচাংগা হেক থেংনবা অহুদা সাওঙমলম্বা অসিবা লাই, পুক্লিং অরা পোপ্পা হুন্দুনা মিংস্না ইরাচেন্না মালেমথক্তা ওনথোইনা থাংহুনা "করি মতৌ লাংওল্লো, এনা থনঙম তৌঙমথ্রিবা লম্বী অসিবু! এবু কনানা সন্না তিন্নবীগনি মফম কৈদা লৈগনি, এগী লৈফম চংজফম মরোল অহুম অসিদা লামবা থিবদা ফংওল্লরোই, ইমাগী মতিক মঙালবু মাংহলগে হায়না থৌরাংলুবা ঐ অসিবু তুকচবা হঙোইরোইদবা জীব কনা লৈগদগে, এগী মপোক নোংদম লাংওলসে ওল্লোক্লা নোংদম

রাখল ফত্তনা পোকইদা, মরম অসিদা ইমাদি অরান-কারন ফালম অমত্তসু সিল্লমদ্রে! মরাল লৈজদ্রবী ইমাদা ঐনা নত্তবা মরাল পিডল্ল্বনা অরাবগী ইপাকথক লানডমদ্রবা ঈথক ঈরেন্দা তাডম্লতুনা পুক্লিং রাখল ফত্তবগী ঈরৈনা লৈখা তানা লুপহন্দুনা মপোক অসিমগী পনদোম লোম্মা ইমাদা লংজরুবা ওইডম্ববু থোক্লরে! ওস্থোক্লা তোনখ্রবা অসিবা ঐগী মপোক্লীদা!" অরাবা রাখন্না মসা পুম্বা কুপ্তুনা মুংবংননা লৈখ্রে।

মতৌ অসি উবদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা গুরুনা মচাবু মালেম থক্তগী কোনথত্তুনা "পারি চরৈ অহলবা জীবগী মউ মসক থংডম্বা নংনা খল্লিবা রাখলদো অচুম্বা ডাক্তনি, অতুম্নদি ওইরগা পারি নংদি মরম অতুগী দমক্তি করি নরাল লৈডমদে, ইমা হায়বা অসিগী মতিক মডান্না লুম্বা চাওবদি অশুক জমথৈ লৈতনা চাওডম্মী হায়বা তাইবং ফালম সিনবদা মতুংদা থংজ-হৌনবা ইচানা অরাবা রাখন্দা খন্দুনা নমাগী মতিক মডাল ফোংদোকলি, রাখল চাওবা ইচানা; পারি চরৈহল ইচাদি চক ৪ অসিগী লাংওল ফালম সিল্লগদববু নহাক্লী। অতুবু ইচানা অরাবা লম্বীদা থল্লুরবনিনা মরম অসি কোকডল্লবা মতমদি লাংবচক্তা কোকডম্মু। তাইবং থুন্দা থুল্লিংলবা মতমদা তাইবং য়ুমথোং থুদিংদা ফমলেল লুচিং ফমতুনা ফম্বাল ফমলেল থুদিংগী কোল্লোই মিংহুন নাইনবু য়ুমথোং নিংথৌ ওইতুনা পোংলম পোংখাংনবী নমা লৈসিরেন লৈপুনবীনা ইচাগী হৈনা তুংইন্ননা থোকডমতুনা নমা-নচা সমু মাইয়োক্লতুনা নকা ফম্বাল অমমমদা ফমতুনা তাইবং

পোংখাংনবগী মুংঙাই য়াইফ পানঙম্বা ফালম্বু নমা-নচানা সিনঙম্মু ; নিংথৌ মাইবা চিরাই কাংবা লৈপাক মাইবা হৈসিংবা অহল মনাক থৌখনদবনা নকালাংদা হায়ক্ত-নোনজ পুরুম লৈপাইনবদা নমাবু কারল ব্রাহৈ নাওথেম নাওকোন লৈপাইরবা অমাইবনা, ইচানা থোরাঙঙ্বা নমাবু মাংহনগে লৈঙমহল্লরোই খল্লবা অতুগী নরাল অতু নহুৎ নরেং সিন্দুনা পুঙম ফংঙমখ্রসন্নু অতুগা ইচাবু থোক-ঙম্লবা মপা মমানা থেম নৌনা কৌখদা থোকঙমদে, ফালম কারন ব্রাহৈনা কৌবদা অসাওবগা লোইননা নোংশোংবঙম লাওদনা থেকঙমখি চক ৪ মক্তা খংজহৌনবা ইচাগী নিংহুনদি "লাইনিংথৌ খাবা" থোনঙমসি। ইচানা নোংথৌদগী চোংথারকপদা তাবা মফম অসিবু খাবা নিংথৌপুং হায়না খংনসন্নু। ইপা ইচা তিল্লুক গুইতুনা অচুম্বা রানা ফাৎলো লম্বী ওইখিবা ইচাগী অরাবা ব্রাখলগী লম্বীবু কোক্লরিবা মফম অসিনা অরা লৈথম কোক্লপুং ওইঙল্লসন্নু" হায়না মচাগী মফমদা তাকঙম্লগা মচাগী থুজেং পায়তুনা মফম অতুদগী লৈসিরেন লৈপুনবীগা লোইননা "পারি চরৈ অহনবা, ইচাগী ফমলেন লুচিং ফালম্বু ঙসি ইপানা তমমল্লগে। পামেল মখোং অসিদা ভাইহাক পুঙ্গোই ফম্বাল লাংঙমসি" হায়তুনা শোকঙল্লক্লে।

## ৩ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা ৩ অসিবা লাইগী মফমদা মতিক মগুণ হাপ্পা।

গুরুগী সনা পুক্লিংদা মচাগী মফমদা লৈবা খিবিক পূম্বা হৈতবা, খংদবা, উদবা লৈতনা তৌঙম হৈঙম্বা খিবিকপু পিঙম্নগে খন্দুনা পামেল উ অতুগী মখোংদা ফম্বাল লাংঙি খংনবা হায়হুনা পামেল অতুবু "হৈবোং" হায়না মিংহুনখি। মসক ৩ মক্সা স্না ফম্বাল লাংবদি গুরু নখোং চুক ৩ হায়না কৌনৈয়ে। ❀

তরাশুবা

## গুরু অতিংঙা সিদবা, লৈসিরেন লৈপুনবী, লাইসিদবা-অসিবা স্না ফম্বাল লাংবা।

চক ৪ মক্তা লাংওল ফালম সিন্নবা ভাংঙম্বা সক্তি পূম্বা হাগুনা পুখোকখিবা মচানি হায়না ব্রাখল তৌহুনা লৈঙমখিবা মফম ভাংপাৎ হায়বগী খা থংবদা হৌঙম্বা পামেল হৈবোং মখোংদা লৈসিরেন লৈপুনবী পোংলম পোংথাংনবী থেম্বা চম্নুনা ময়াইদা সকয়েল মিংসেল খানবগুম্না সক্তি অনিগী মরক্তা থাক্কন খানবগুম স্না ফম্বাল লাংনা মিৎস্না পুম্ববু মঙাল লৈনা তারদনা গুরুনা মচাগী মফমদা পিঙমগদবা তাকঙমগদবা থৌরাং লম্বী সিন্নরে।

"পারি সনাহল অসিবা নহাক্তি মঙাং লুৱাং খুমন গুরু অহুম্না তিল্লবা নোংদোল মরোল ৭ লৈখারোল ৬ অসি নফম-লাংদা সিন্নরবনি, ইপানা খাবা সাদোংঙম্বসে নহাক্না ঙসিদগী তোংজমহুনা রায়েল থৌদা নোংদম পূম্বা, থৌঙম ওইঙম্নবা সিন্নরবা অসিনি! লাইগী মীগী অচৎ চত্তা লেংজি পাল্লিবা পূম্নমক্কী মপু ওইবা নহাকনি। মপানা মমানা মচাগী মফমদা অরান কারন রাঙাংনা লংজবা মরম্ব ইচানা কোকঙম্বীয়ু। নহাক্কুগী রায়েন নোংলেন ৮ পুথোকউ। মাইকৈ ৮ গী মপুবু পারি নংনা পুথোকউ। য়োকপী ডাকপী সেম্বীগদবা নহাক্কী। ইপাগী নিংজবা খিবিক থুংহন্নবস্ত্র পারি নংনা ওইঙম্মু, অমাইবা কোকলেন লুচিংবা, জীবগী লম্বী তাকপিবা ওইঙম্মু। তাইবং পোংলম ফালম সিনম্বা নহাক্কী. ইপানা পাখংবা মিংহুন তম্বীবা ননাওদি তাইবং পোংখাংনবনি। তাংবনথক্তা রায়েল থৌদা নোংদম পূম্বা তাকঙম্বীবা ওইঙম্মু। তাইবং নিংথৌদি ননাওনা ওইসনু। থাজ কুমজা কুমজা খুদিংগী অনৌ অপেল, অথুম অহাও মাই-য়োকথেনবু নকালাংদা কত্তুনা লৈপাক্কী থৌদা রায়েন নোংদস্ত্র ননাওনা পুকহং পাওহংজরগা তাকওমখিবা নয়াথং, নোংদম ফালম ইন্নবু রায়েল থৌদা তমজবস্ত্র ওইসনু, মতিক মঙাল চাদনা পুকহং পাওহং লৈতনা, য়াম্বা থৌগল খুল্লিং নাইদনা মনিং মথা তমহুনা লৈবাকপু নমথেক নমজানবা রায়েন্না থৌদা নোংদম ওইঙম্ববু থোকঙম্নবদি পুন্সি মুংসাংদনা লৈবাক মরা তপ্তবা মউ খুবম চেত্তবা ওইঙম ফংঙম্বা ওইসনু। তাকঙম্বা নোংদম থৌরম

তুংইন্না চৎঙমজরা নিংথৌদি পুন্সি মুংসাংনা পাক্সঙম্বা, মউ খুবম চেৎনা লৈবাক মরা তপ্পবু পানঙমজবা মহে য়ানজবদো ফংসনু। নিংথৌ নিংথৌ খুদিংগী মাইয়োক লোইহা চাতুনা নোংদম রায়েল ফালম সিন্দুনা লৈঙম্বতু ওইঙম্মু। হয়িচক, হয়াচক্কী সাংঙন লাকপা মতমদা ওঁ চং ওঁ চং ওঁ চং ওঁ চং নেঁং নেঁং নেঁং নেঁং হায়না থোকঙম্মু। খুন্নংচক্কী লাংঙন্দা "মহি সনারেল হরে কৃষ্ণ রাম মনজুরী রাধে কৃষ্ণ রাম রাম রি রি রি রি ক্লীঁ হরে" হায়বা মসক ওইনা থোকঙম্মু। লাংবচক (কলিযুগ) মন্নুংদা তাইবং পোংখাং সাবনা নতিক নঙম থংজনবা মসক্তুগীদি অথোইবা তাইবং থরাই মাঙঙনবা মসক ওইঙম্বা পুক্লীং খোইদানতুনা তিল্লাং খোইজংনফম্নু ওইঙম্না মতম অতুদা থোকঙম লৈঙমগদবা সনা হায়বা অতুনা পান্দম মতিক মঙমদি থোকঙমদেদি হায়ববু মঙোন্দা ইচাবু পান্দম ওইনা থম্মগে, সনা হায়বা মসক লখা থোকঙম সাঙম্বা মগুন থরদং অতুগা ইচাগা পান্দম্মী হায়তুনা তাথিতাওইখিবা তৌগনু, পান্দম থমদবা মসক্তি অরেপ্পা মসক খঙঙমদে! ইচাগী মরম থরদং পোংলম পোথাংনবনা থংনবা রাহৌদোক ওইঙম্নবা পারি কোলোই মিংহুনববু "সনা মহিরেল মহি সনারেল রায়েল থৌদা নোংদম্বা, ওঁ মীয়াল্লেন মীয়াল্লতিং আফং অফা ওঁ কৃষ্ণনেং রামেতিং হরি হর বিম্বহর পাথংবা সনামহি লাই সিদবা" হায়না মিংহুন্দুনা মতম অতুগী পানঙম্নবা তাইবং পুম্বগী লানজ-নবা মিংলেন অসিনা লম তাকপিবা ওইঙম্মীয়ু। নফম নকালেন্দা পোংকং লৈকচ্ছবনা "হয়িরিহো হরি ম্রিং"

বীজ অসিনা কৎনসম্ব। পাফল থক্তা তোংতুনা চিঙুড লাইওইবা নহাল্লা তাইবংসিংবু সেম্বী সাবিতুনা ফম্বাল ১০৮ দা ফমতুনা লৈঙম্মু. নমা লৈসিরেন লৈপুনবীনা তাইবংলেন্দা লৈত্রেন সিদবী হায়না থোকঙমতুনা য়াইবিরেল মেরুববু " ওঁ পোকপী ওঁ পোকপী তু শ্রী আনঙ্গ তানঙ্গ তরঙ্গ তারঙ্গ শ্রীঁ দ্রীঁ ত্রীঁ ওঁ পোকপী তু পীঁ আনঙ্গঁ ওঁ শ্রীঁ বীজ হরে " হায়না ফম্বাল লাংদনা মপারি চেংলৌ য়েংঙবতুনা মপারি হৈনা তুংইল থোঙ্গল লিঙম্ববু ওইসম্ম।"

গুরুগী য়াথংপূম্বা তাঙম্বা পন্দোম লোম্লগা অসিবনা হায়ৈজ— "তাকপিবা নয়াখং ফিগাও সানা য়াজরি লব্রাইলেন্দ হাপ্তুনা মরমপূম্বা কাইদনা চৎচগনি থৌঙম্লবা হোৎনজতুনা; অতুম্মদি ওইরবদা ইমাগা সমু মাইয়োক ফম্বালবা অসিতদি ঙাকপিবা, নখোং খাদা নিজরি ইচিন ইপাও থোক্লবু নখোং খুয়ারেল পাইতুনা।"

"পারি লৌসিং চাওবা ক্ষুংঙাইদা, ইচাগী পাউরৌ য়াহে তাবদা তাইবং পোংথাংনববু! নহাক ঐহাক মসকপু মকাকোংনা খংহনবিগে থৌরাংবা পারি ননিং থুংজরো; ইচাগী ফম্বাল মাংলোক্তা ইপানা মাংওইনতুনা মতম পুম্বদা নমাগী মাইয়োক্লতুনা ফমথ্রগে; ঐহাকী নহাক ওইবা নহাকী ঐহাক ওইবা ঐহাক নহাকী মহাক ওইবা নমানা মরক থম্লা লৈঙবা মসক অতুদি অমুক ফম্বাল হোংবা য়াঙম্লরোই অতুম অতুম ওইনমকপ, তাইবং য়ুমখোং থুদিংমক্তী রায়েল নোংদম নিংথৌ ওইতুনা ফম্বাল লাংবা

মতমদদি ইপাগী ইরুম লাংদা ফমদুনা লৈঙম্মু; ইপানা নকা সংবা পাওদম পাওতাক্লবা ওইদুনা ইচাগী নাক্তা লৈরগে অদুগা ঐখোই অহুমকনা মফম অসিদা তিল্লুক রাবু ঙাংনবসি থংনবা পামেল হৈবোং অসিনা সাক্ষি ওইনা হৌসন্নু: ঐখোই অহুমগী মিংলেল মেরুবনা গ্রাঁ গ্রোঁ রাহৈনা সনা তাংগা, লুপা তাংগা থাদুনা চংথোকপা ( অওমপোৎ ওর্পোৎ )* কর্পোৎ লফোই, হৈনম্পা মোনথাং চাহাও য়াম-মকুপ্পা সাজা অনৈ য়ুমকৌদুনা খাগী ফরাংজি খাবা নমিং লৌবা ফিরোন, চরৈ নমথাং অঙৌবা লৈরাং লাংথ্রে মতোন ৭ থাঙমদুনা চুঙৌ মহি অনৌবা, সঙ্গোম অফম্বা খোইহিনা অনৈ য়ুমকৌজদুনা বীজ অসিনা ঐখোই অহুম্মু মফম অসিদা পুরু লৈকৎ ইরাৎ থৌনিজরবদি ঐখোই মসক অহুম্মা নুংঙাই তিল্লুক ওইবগুম নুংঙাইজবা নোংদম্মু পারি নংনা নোংদম্বীবা ওইবীয়ু, ফংঙম্বা থুদম থংজবনা অহনবা চরৈ মকোক্তা য়েৎঙমলিবদো ফিদা হৌগৎপা মতমদা চম্পা চিনি নমসম্নু: ওমপোৎ লফোই হৈনম্বা মনম নম্লবদি নিংজবা ফংঙমজরে থংনবা চাংদম ওইজরো।”

---

* রাহৈ খোনথোক অসি হন্না হংবদা অম্লুম ডাকপিথি।

তরামাথোইশুবা শরুক

## রাংবন (রাংব্রেন) লাইকোন্নুং সেম্বা

"পারি নংনা ইপানা কৌথোকপা মতমদা নোংথৌদগী লাওথোংনা চোংথোরক্কুনা তাঙমখিবা মফম অসিদা ইচাগী কংলৈ পুংমাইয়োল লাইকোন্নুং মিংথোন্দুনা সেম্মসি" হায়না গুরুনা নোংদমলে।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথংবু মকোক লেন্দা হাপ্তুনা অসিবা মচানা গুরুগী হকচাং কায়াৎ ৯ য়েংলগা থম্মোই লকান্নুংবু তম্না লাইখোং মরোংখোং থাখোং হায়না চুক সাহনা খোং অহুম্বু থোক্নুনা সেমলে। থৌরম পুগদবা লাইফম ৬ সেমহনা মউ ১০ থাঙম্লে, মসা ১০৮ লোংহন্দুনা তুরম থোংলম লাইরম তিল্লম ৭০৭ সেমহনা চিঙঙু সাইওল ওইরক্কদবা মতুংগী লম্বী সেমহনা মফম অহুদা থুবম সাবা মউ চারি লিংখৎপা হৌঙম্লে। সেম্বা পূম্বা লোইহনা অসিবা লাইনা গুরুগী মফমদা সেম্বা লোইরে পাওতাকলে। গুরুনা কোইনা চত্তুনা মিৎয়েং তারুরগা পক্লিংদা পেনবীরহনা হায়রকই—

"পারি নংনা সেম সাবসে নিংথিজনা চেকল্সিন্না সেম্মিদা, মফম পূম্বদা ইপাবু নংনা থাঙম্বা স্নুকলৈ লৈঙমদে, ইচানা থৌরাংবা লম্বী মতুংইন্না নমা লৈসিরেন লৈপুনবীগা লোইননা মফম অসিদা লাকুনা লৈঙমহনা থুপওম্লগে। গুরুখোং হায়বা

অসিনা লাইয়ামগা, থাবাথোং অসিনা নমা থেমপা চনু পো
পোংথাংনবীগী থুপ্পকম থুবম ওইঙমসনু। পামেল মসা লিলা
হায়বা অসিনা ইচাগী লাংওল হৌনকম, থুপ্পকম ওইঙমে
পামেল মসা তেরা তেনবংনবা হৌঙম্বা মকম অসিনা চিং
লাইয়ামগা ইচাগা তিন্নতুনা লাংওল ফালম ব্রা তাম্নকম ওইঙম্লে
থাবা থুবম নোংচুপ অব্রাং হারম পাংবা পুংলেন মকম অসি
ইচাগী সঙ্গায় সাঙম্ম্। সঙ্গায়গী অব্রাংথংবা পুংলেম্না—ইা
য়াথোক য়াকাকম ওইঙমজৌ। কংলৈ অসিগী নিংথৌদি প
নংনা ওইঙমজৌ, চিংঙু লাইয়াম পুম্বগী ব্রায়েল থৌদা নোংদম
চিংঙু লাইয়াম পুম্বনা ইচাগী লোইয়িন থৌগল লাল্লোই ওইসা
কংলৈ অসিগী মিংহুন্না ইচানা কোরৌ অব্রাংবদগী পাইমা নপা
থানা চোংথারকপদগী সেমখিব। কংলৈনি খংনবা ব্রাংবন লাইনিংগী
কোম্নুং হায়না কৌঙমসি। ব্রাংগোই লাইকোম্নুং মকম অসা
লৈবাক অসিগী মুংঙাই য়াইফনবা লম্বীদা অব্রা থৌরম লাকঙমগক্তি
মতমদা চাংদম য়েংনকম ওইসনু।" হান্নুনা মচাগী মকমদা সিন্নবেম্নু
চনু
গ্া
ম্বা
াগী
ংদা
াঙম
মক

## ৩ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা অসিবা মচাগা পাখংবা নিংথৌগা তিন্নুক ওইহনবা ।

"পারি সহাহল অসিবা ননাওবু মমাম্বা পুরুম লৈপাইজনি হায়দনা ইপাগী তুংইনজরকপদা ইচানা সাওমনখিবা অহুদা ননাওবু লম্মখাংদা ইপানা লৈহলহৌরে, ননাও অসিবু ইপানা কংলৈ নিংথৌদি হাপলুরে। ইচানা লৌখৎপিত্রবদা ননাওনা পানবা ওম্বদি মতিক মওম ওইঙমদে। মশিবু কমদৌনা হৈঙম সিংঙমবা নোংদম করি তম্বীগদৌরি ইচানা "

গুরুগী পুক্লিং অহু অসিবা মচানা থংঙা উরহুনা "ময়ম পুম্বা ইনাওগী য়াইক্ক মুংঙাইনবা নচানা সোইদনা ভৌজনি।" হায়রম্মগা মসানৌ কোন্দে তনৌবা চিরোং চিহাইবা পাখংববু সামুলৌদগী কৌহুনা রাংবন সনা কোয়্ংদা মাসানৌবু কম্রেল তমহুনা কৌসিন্দুনা তিন্নুক রাবু তাকওম্মী "ইসানৌ ইবুংঙো নিংথৌ ওইবা ননাক্তি কোয়না চংপা হৌনদে. ইনাও তৌওমগদবা থৌরম অরুবা লৈরবসু নচা ননাই ওইবনা নহুং নরেং সিন্দুনা নিংথৌ নংগী থৌওমু মখোইনা তৌওমগদবনি, য়াম্বগী খোংগুল লিওম্বদা অম্বাপোওা হুনঙমলরিগনি নসাই কোন্দা হঙ্গিল্লা, ইনাওনা নিংবা ময়ম প্ম্বা থুংলবা য়াম্বনা ওম্ব মখৈ তৌওমগনি।" রা অসি তাজবদা মাগী ওইজবদা প্নামজরা পাখংবনা হায়জরকই "য়াম্বনা নকাপাংদা পুসিন্নবিহুনা ননাওগী য়াইক হুংঙাই সেম্বীগনি নোংদম্বু পিঙম তাকওম্বীহুনা পুক্লিং অরাববু কোকহনবিরে। অহুম ওইনমব

রাখল থৈনবা ননাওনা নখোং থম্বাল সোক্তুনা অমুক্তা হন্না নিজরি সেম্বীবগী সেম্বীবা মনাওগী কংলৈদা, অমুক্তা হন্না খোংদাবীবা ওইবীহুনা সনা ফম্বাল লিংদনা লৈতম্বীবা ওইবিরগ। ননাও রাখল থৈনবনা নখোং সেম্বা তৌজবা মরম অসিতদি নিজরি। সেম্বীবগী সেম্বীবা কংলৈ পুংমইইয়োল কোন্নুংবু ননাওনা পামজবা ওঅজনবা কোয়না মিংথেংং তাবিহুনা অরাং অপা চিংথা। নাম্ব। মরম্বু হন্না অমুক্তা সেম্বীনবা নিজরি।” রারম অসি হায়হুনা পামেল অমগী মথোংদা মচিন মনাও তিলুক মাইওক্লহুনা ফম্নেন লুচিং তানথংনবা মরম্বু ময়াম্বগী মফমদা মনাওনা হন্না নিজরে। ময়াম্বনা মনাওবু পুসিন্দুনা ফম্মিন্নখিবা পামেল উনি থংনবা পুংতোল হায়না মিংহুল্লে। মফম অহুবু সনা কোনজম থাবা ফম্বাল তিল্লুক তুরুং তানফংনফম পুংলেন পুংতোন মখোং হায়না ফম্বাল তিল্লুক ওইনখি। মচিল মনাও অনিনা তিলাং খোইজং খোইদানা ডাংনবা রাবু তাবদা অতিংঙা য়াইবী-সিদবনা সনা পুক্লিং মুংঙাইহুনা “পারি অনিমক ইপাগী নক্তা চংলকউ লাও! ইপানা ভসি তারুঙম্বা লম্বীসি নচিন ননাও কাওনম্মু, চক ৪ মক্তা পারি কোন্দে তনৌবা তাইবং নিংথৌ নহাক্না থাজ কুমজা থুদিংদা য়াম্বা থৌগল্ল. নয়াম্বগী নোংদন থৌদা লৌহুনা তাইবং নিংথৌ নংনা রায়েল নোংদম তৌগদবনি, ননিং নথা তমহুনা য়াম্বা য়াথং নত্তনা নমথেক নমজানহুনা রায়েল নোংদম তমলবদি পুন্সি মুংসাংনা পানঙনদবা লৈপাক মরা তপ্তবা থুবম পান্দোল লৌমিনববু ওইভম্মু.” অদুগা পারি চরৈহল লাইগী নিংথৌ ওইবা লাইগী

ৱাংব্রেন কাইদনা তাইবং নিংথৌ ওইবনা নফমলাংদা চংদুনা নকাম্বুংদাগী পুক্নম ইরাং থৌনিদুনা পুকইং পাংহংজরবদি মুংঙাই য়াইফম্মা পাঙবা চিংগু নংনা নোংদমবা ওইবীমু। কুমগী লাকচরেল থৌরম থোদোকপুম্বমু তাকউম্মীবা ওইবমু। হায়জ লংজ মতুংইন্নাই লাইকোক তিনাকোক মরম্মু চিংগু নংনা ঙমদাইবীবা ওইবীমু। নচিল পমনাও অমিনা কংলৈ অসি ফনবা মরম পুম্বা তাম্নদুনা মাইক মুংঙাইনবা তৌউম্মু।"

মরম পুম্বা তাক্লগা ও অতিংঙা গুরুসিদবানা পোংলম পোংখাংনবী থেম্বা চম্নু লৈসিরেনগা লোইননা মচা অমিবু পুদুনা ৱাংব্রেন, মাইকোম্নুংঙগী কংলৈ পুংমাঈয়ান কোম্নুং তাম্না লাক্লুনা মচা পাখংবা নিংথৌগী পানজম্মবা কাসম লম্বী থৌরাংলকই। পাখংবনা ময়াম্বা অসিবগী মসক খংঙমদবা অসিবু খংহলগে, তাইবং নিংথৌ মহাক্কী শলাই থম্বীগে পুক্নিং ৱাথল তৌরদুনা "পারি কোন্দে ত্তনৌবা মালেম লৈমাই থক্তা তাদুনা লৈরিবা নয়াম্বগী শক্তি ৭ অসিবু ইপানা য়েংবদা য়েংঙমদ্রে, তায়বং হায়বা মসক অদু শাদুনা ইপাদা অমুক্তা উহল খংহল্লুবা।" অম্নুমনা য়াইবীরেম্মা হায়রক্লে।

পাখংবনা অতিংঙা সিদবগী নোংদম তাবদা মসক ৭ থক শাদুনা পুশিল্লকই। মাদুদা গুরুনা হায় "মসক অসিনা তাইবং মসক লেপতুনা পানঙমহৌবা য়াঙমলোই, অদুবু ইচানা সেম্মুরবা মসক্কী হয়াচক্তা তাইবং মসক তিম্নদুনা তাইবং মতেং পাংঙম্নবা

মসক ওইনবা উরক য়ারক্তা থাদোকুনা থম্মুরো।" মসক অসিদি য়োংগুম্বা মসক্কি হায়না হায় মাহুদা জীব মসক ৭ অহুবু য়োং মরম তরেৎ হায়না মিংহুল্লে। অমুক মশক তরেৎ অমা সেমহুনা পুরকই ;

গুরুনা হায় "তাইবং সেম্মু হায়রগা হওঙাইগুম্বা সেম্লক-পসিবু করিনো, মসিনা তাইবং মী ওইবা য়ারোই, তু-খোংদা থাদোকখো, মখোই অসিনা মরোল মরিল থোকপা মতমদা কুমজা থাজ অহুগী কুমদম নোংতাবা হৌঙ্গনি খংনবা খুদম ওইনহৌরসন্নু।" অম্মুম্না হওঙাই হায়না মিংহুন্দুনা তুখোংদা মরম ৭ অহু থাদোকখ্রে। মতুংদা মখল অয়াম্বা শা, উচেক, শামু, নোংশা, কৈ, ইরোই, শগোল, মণ, শন্দং, ওক, হামেং, হুই, খুমু, এল হৌদোং লৈকংদা লৈবা জীব মসক কয়ামুক, ঈশিংদা লৈব মশক কয়ামুক শাহুনা পুশিন্দুনা মিৎয়েং তাহলবদা

"পারি নংনা শাবা মসকপুম্বা অসি তাইবং মসক লেপ্পা য়াবা অমতা য়াওদে, মা মাগী মতিক মঙম লোইনা তম্মীবা অসিনি। লৈকংদা লৈবনা লৈকংদা থাদোকলু, পারি নং অসি খঙেঙ ইপানা, নতিকনঙম নতমদি য়াওজদবা মুংঙাইবা অতোংবতা নংগী ওইজনিংবা ইচানি। ইচাগী মশিল মঙম নত্তবদা থৌদা নোংদম্নু ইপানা তম্মুরমাল্লে, নতিক নঙম নত্রে, লাকও তাইবং মসক শেম্বা" হায়না কৌসিন্দুনা কংলৈ পুংদা লৈহল্লে।

ভরানিথোই শুবা

## ও অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী ময়াথংদগী ও অসিবা লাইনা তাইবং মসক সেম্বা

"পারি চরৈহল অসিবা ইপানা রাখল থেলবদগী থোকঙমখ্রবা মালেমথক্তা তারিবা অসিবু ইপানা করম্না য়েংহুনা লৈঙমসিবা; অসিবু তাইবং মসক ৭ তং সেমহুনা ইপাদা উহল খংহল্লু।"

মতুপ ৭ না তাহুনা লৈবা অহুবু গুরুনা য়েংবা মতমদা উঙম্মি হায়বগী "উন্দ্রা", মফম অসিদা তাহুনা লৈবা অসিবগী লাংওন শক্তি মতুপ ৭ পু লৌহুনা সাখি "শামাং" মফম অসিবু "উন্দ্রা শামাং" য়াইবীরেল মেরুবনা তাইবংনা হীঁ রীঁ শীঁ গুরু অহুম অমুম্না মিংহুনখি। অসিবা লাইনা গুরুগী নোংদম ফংবদা মতুপ ৭ অহুনা তাইবং মীগী মসক পুথোক্নুনা সাগদবগী "কনাবু তম্না তাইবং মীগী মসক সেমসিবা" হায়না খন্দুনা কোয়না য়েংবদা অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী সনা হুকচাং ঐহাক হায়বা অহুগী মসক ওইবা মহাক হায়বা মসক্তা মালেম থক্তা লৈঙম্বহু উরে; মসক অহু উবদা "উম নোংদম অসিগী মতুংইন্না মসক অসি তম্না সেমসাবা তারে" হায়না মপ্তক্তা লেপলে। গুরুগী সনা হুকচাং মঙাম্না তাবা মসকপু তম্না সাবা মপ্তক্তা লেপখি হায়হুনা মফম অহুবু "মীতমপুং" হায়না থোনখ্রে।

মতুপ ৭ অতুবু পুসন্দুনা তাইবং মসক সেম্লে। মফম অতুবু মাখোই মতুপ ৭ তগী তাইবং মসক সেম সাখিবা মফমনি হায়না "সেম্নপুং মসেমপুং হায়না" থোল্লে। মতুং অতুদা লাই অসিবনা তাইবং মীগী মসক সাবা লোইরতুনা মসক ৭ পু পুরকুনা অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী মফমদা "সনা গিংয়েং তাবিয়ু. নয়াথংবু ইন্না সেম সাবা লোইঙমজরে" হায়না পাওদম্মী।

## অঙ্গো অঙ্গা পান্নবা থোরাংবা

মসক ৭ পু উবদা গুরুনা হায় "পারি সনাহল অসিবা ইচানা সাঙম্রক্লিবা মসক অসি তাইবং মসক লেপ্পা য়াঙম্লনি; মসক ৭ অসিনা মথংলেম্না শমথনা পানঙমজবা ওম্লনি। অঙ্গো অঙ্গা পান্নবা তৌঙম্মু।"

তাইবং শাবা লোইরতুনা কংলৈ পুংদা পুসিন্দুনা গুরুনা মিংয়েং তাম্লুনা তাইবং মসক লেপ্পা য়ারনি হায়তুনা লেপখিবা মফমনি হায়বগী মীরেপপুং থোনগুম্লে। অতিংঙা গুরুসিদবগী ময়াথং তাবদা অসিবা লাইনা "অঙ্গো অঙ্গা পালবদি গুরুনা নোংদম ওইবীয়ু হায়জখি!

মচাগী মরা তাবদা ও অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা "পারি ইবুংঙো নুংঙাইদা, নংতনা ওম্বা নথৌ নঙম অতুদা ঐবু ইচানা থাঙমজোইদবগী ইপাগীসু ইথৌ ইঙম ইচানা তাকঙম্বা অসি, ইচাগী ননিং থুংনবা ইপানা নতেং পাংলগে। মসক ৭ অসি সম্হোং গুরুং মুংস্নিং লমদা থমঙম্মু" হায়না তাবপীরে।

তাকওম্বীবা ময়াথং মতুংইন্না সুংসিং পুবা গুরুংগী মনাক্তা মসক ৭ পু থামে; মাহুদা গুরুনা "পারি সনাহল ঈসিংপুবা গুরুং ঈরমদগী লৌহুনা ঈরম খোংলম সেমহুনা হাপওম্মু।"

অসিবনা হাপওয়ে, তাইবং মসকী য়েংলোম পাংনা থমওম্মে অমুক গুরুনা "পারি থৌরম থৌরাংবা মৈপুবা গুরুং মৈরমদগী মৈগী মসক ওইবা মওেন্দগী হেন্না সাবা মসকপু লৌহুনা হাপওম্মু।"

ময়াথং মতুংইন্না অসিবনা মৈগী মসক ওইবা মহাক্তগী হেন্না সাবা মসকপু লৌওয়্রুনা তাইবং মসকী খোইখা পাংনা থম্লরে। মতুং অহুদা ও অতিংওা য়াইবীরেল সিদবনা মচাগী তৌওমদবা থৌরম থৌরাংবা উবদা পেল্লহুনা মহাক্তগী মসক ৫ পু থোক্লগা। "পারি সনাহল অসিবা মসক অমা য়্রাংওম্লবা অসিদি নথৌদাং নওম্মী, নংসু লাকওম চংওম্লকউ।" হায়রম্লগা তাইবং মসক ৭ অহুগী মুয়াই কোকলেন্দা গুরুগী খুদোম্বীনা নমহুনা খুনাওবীগী খুজিন্না থায়হুনা সক্তি মসক ৫ লোইননা চংখ্রে। ক্লীং সক্তিনা খোইদৌগী মথক থজিল লাইপক মফম২ বু থুংনা লৈরে। অনঙ্গ তনঙ্গ অনিগী মসক্তা মিং ২ দা থুংনা লৈরে। অঙ্গ ২গী মসক্তা নাখাং, নাতোন চিন্নবান লৈয়েং থৌনাও মফম ৫ তুনা লৈরক্লে। স্ত্রীঁ হায়বা মসক্তা সাদোন অনি থোংজাবী তুনা থবাক্ত: লৈওম্লে। হ্রীঁ দ্রীঁ হুঁ ঐঁ মসক ৪ না সদোন, থম্মোই ইঙ্গলা পিঙ্গলা শুষুম্না সিংলি ওবু লোকনা পুহুনা লৈরক্লে। য়ঁ হ্রীঁ হ্রীঁ মসক্তা শুষুম্না লোক্তা কুণ্ডলিনিদা লৈখ্রে। শক্তি পূম্বা অসিনা মফম খুদিংদা ফম্বাল লাংহুনা লৈরবা মক্তদা অঙ্গো অঙ্গ! ৮' নবা য়াওমখ্রে।

## ৫ অসিবা লাইনা তাইবং মসক্কা চংবা অঙ্গা অঙ্গো পানবা

অসিবা লাইনা মহাক্কী মসক ৩ পু থোক্লে ( মাহুদি মঙাং খুরাং, খুমল ) হ্রিং রিং শ্রীং কৌবা মসক ৩ মরুপ, পুরুংজরিং সনা এনসিদুবা গুরু তরেংবা মোংবা বীজগী হৈরোং মখাদা মরম পূম্বা ডাংনসি, হ র স অহুম লেংফদে ঐ চংজরক্লে।” হায়ুরবা অসিবা লাইনা খোইজিং* খাদগী তরৈ হংসং লৈপুনবা নংসং হায়না খোইদৌ মখাদা লৈদুনা শৌজ্র থোংদগী শাঙ্গস্বগী মথাইদা হ র স অহুমস্বক্কী মরক থাইনা থুপ্তুনা লৈণ্ডম্বা মতমদা অঙ্গো অঙ্গা পান্দুনা ত্রিংশি য়াংশিরে হাকাম চল, হাকথি খন্দুনা লৈণ্ডম্রে।

তাইবং মীগী হকচাং মনুংদা লৈবা লাইগী নসক মঙ্কাক মহাক্কী য়াইবীরেল মেক্কবা ওমদাই মিংথে মসক অসিংথংনা ওমদাইরবদি পুন্সি সুংসাং য়ানি।

( তাইবং মসক ৭ অহুগী হকচাং মনুংদা লৈবা মসক ) তাইবং ৭ অসিবু অসিবা লাইনা সেম সাগদবগী য়াথল তৌবদা মালেম থক্তা গুরু অহুমগী মসক ওইবা লেনবা মতাং কৌবা শায়া ব্রহ্মনা তাহনা লৈববু তম্না তাইবং পোংথাংনবু মেম্বদগী মী মসক কৌরে। সেম্বা মতাং কৌবা শায়া ব্রহ্ম অসিগী মচাক মণ্ড ওইবা থকচিন্দা থম্মী। মণ্ড লেমফু ৬ লৈকা ১১ সেমজুনা

---

* খুজিন থাদগী অম্নম তাহোই। ইজবদদি মথক্কী অম্নুমাইজরে।

থোংলোন ৯ ফাত্তুনা শিংলিনা সো রাইথুগী মসক ওইদুনা শক্তি মসক পুম্নবু থোকখিদনবা কন্না লোন্দুনা থম্মী। খোইদাগী খুদোল ৫ কাখৎলগা অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবনা সনা ফম্বাল ওই; মহাক্তি বুদ্ধি কৌবা ঈশ্বরগী মসক্রী। খোইখা খুদোল মথাইগী ময়াদা লৈসিরেন্না সনা ফম্বাল ওই। য়াইবীরেল মেরুবনা ওঁ য়াইবী সিদবা তিল্লক্রবী হ্রুঁ ঈরৈমগী মসক্লি। পাখংবনা ওইগী খুিং মথাদগী চংলক্লুনা খোইগী মথক্তা খুদোল ২ কানা সানাফম ওইদুনা লৈ; মেরুবনা ক্লীঁ জ্ঞান কৌবা ঈশ্বরনি "মীহিং তরৈবা" কৌই। সনা খোংনাং লৈমনা থুংকি খুজেং খুবী মরু তমনা চংলক্লুনা খোইরি নাওদিং এবং ওইদা সানাফম ওইদুনা খোইদা য়েংলোম পাংনা জাক্লুনা কমখোংতম্না থুংদুনা লাংবুং হায়বা মফমদা সনা ফম্বাল ওই মেরুববু ওঁ দ্রীঁ রোঁ হোঁ ঈরৈমগী মসক্রী। ওঁ অসিবা লাই তাইবংমী সেম্বা মতাও শেম্বনা খুজিন খাদগী হৌনা চংলক্লুনা খোই মথা খুদোল ৩ কুম্বা মফম অসিদা সনা ফম্বাল লাংলগা হকচাংগী মফম থুদিংমক্লা সানাফম ওইদুনা মসক পান্নমকপু ওইনা লৈওম্মী। খোইদগী খুদোল মঙা কানা লৈরিবা ওঁ অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী মসকনা ওইবা বুদ্ধি কৌবা ঈশ্বরগী সনা ফম্বাল ফাংখোং কোইবা ওইদুনা মফম থুদিংমক শোকনা লৈ। মৈ ঈশিং মুংশিংকী মসকপু মানা ওই। মিৎ, নাকোং লাইপক, খুজেং, থকচিন, খোমথা, ওকসম লাকা, খোইদো মথা য়েংকি থুজিনখা অসিনচিংবা সিম্বুংনা লৈ। অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী ময়াথং পুদুনা লাই মখোই খিবিকনা মাগী

শিল্পা পুন্থনা লৈবগী মিংলেন মেরুবনা তরৈ হংশং কৌই। ও অতিংগু' য়াইবীরেল সিদবা লৈসিরেন লৈপ্নবী ওঁ অসিনা অহুম্না তিন্ননা লৈবা মেরুববু সনা লৈহিং শং শং লৈপ্নবা কৌই।

তরাহুমদোই শুবা

লাংওল তাইবং খুন্দা অহানবা ঔরাং কৌব্র অসুপ্পা চারি পান্দো লিংখিবা নোংদম মউ থাখিবগী অহানবা থোরমদগী খুবম থমখিবা।

তাইবং মসক ৭না মালেমথক্তা সনাগী থরো থম্বাল সাংপঙম্না লৈওম্বা অহুবু লৈবাক অসিগী লাই পুম্নমকনা কোইসিন্না ফমহ্লনা মানা মানা পাম্বা রাহৈনা মসক ৭ কী মতিক মওাল হায়নহ্লনা য়েংনরকই। লাইখিবিক্কী মরক্তগী তাইবং নিংথৌ ওইগদবা পাখংবা নিংথৌনা মরক অহুদগী চংখিহ্লনা মসক ৭ কী মকোক থংবা নারা অহুবু মালেম থক্তগী লৌখৎলগা ফৈবম্না পামহ্লনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দগী মপালথোংদা থোক্তুনা মালেম থক্তা ফম্নগা তিলুক মাইয়োক্নহ্লনা কংলৈগী লাংওল তেংবাংনবা হায়হ্লনা সিন্নহ্লনা লাংওল নারা অহ্লগা মুংঙাইমিন্নহ্লনা লৈমিন্নরে। মফম অহুবু লাংওল তাইবং অহালবা তিলুক ওক্নপুং মফম অসিদা য়ুম অমা সাহ্লনা থম্মী —য়ুম অহ্লগী মমিংবু ওক্নশং মেরুববু সং কৌ হায়না তমখি।

পাথংবনা তাইবংনিংথৌ ওইগদবগী মতৌ অতু উবদা লাইয়াম পূয়মক ঙক্লতুনা কোয়না য়েংনতুনা লৈঙম্মী। মতু উবদা অসিবা লাইনা য়েংবদা মনাওনা থৌরাংবা অতু উতুনা মনাওগী মনাক তম্মা থোরকই। ময়াম্বনা লাকপা অতু উবদা তাইবং নিংথৌ ওইগদবা পাথংবনা নাত্রা শৈদম শৈরেংদ্রিবা অতুবু পুতুনা মাইকৈ লাকপা ঙমদনা কোইনা চেনখ্রে।

অসিবা লাইনা "হি করিনো! পাথংবা নিংথৌনা লৈবা অতুবু মফম অসিরাইদনি, অতুগা করিনো মাদি লৈতেনা, ঐনা নিংবা লম্বী থৌরাং কাইরেদনা ; মাগা তিলুক ওইগে হায়রিবোরে" হায়না রাখল ঙাইহাক তৌঙম্লরগা হায় "মফম অসিদা ঐনা ইনাওবু উনতুনা তাইবং নারা অতুগী য়াইফ মুংঙাই নোংদম রা থরা ভাংনগে থোকঙম্লকপা অসিদি থুঙঙম্বা ওইদ্রেদনা, মফম অসিদি নিংবা থুংহন্দবা ঙম্বা মফম ওইরে, অসিদা চংবা শোকপা য়াদ্রে থংনবা লম্বী থনমত্রবদি তাইবং পালঙম্লকপা মতমদা চংঙু পায়রুতুনা মশাগী মতিক মঙান পূম্বা মাংনগ্রনি, মাসিদি ওইদবা চৈথেৎপুং হায়রবতুনি হায়তুনা মফম অতুবু অসিবা লাই মহাক্না মফম অতুদা থৌরাং নোংদম পিঙমগে লাকপগু নারা অঙ্গো অঙ্গা পানবদা ঙাইবনা লৈরমদতুনা নিংলকপা থৌরাং অতু থুংদনা কাইতুনা তোকখিবা — নিংবা থুংদাপুং নিংথৌ ওইদপুং হায়না থংনখি।

## পাখংবব্ কোইনা থিদুনা উনবা।

## কৌব্রুচীংদা অঙাংগী খুবম থঙ্কা–নুমিৎ ছুমনি শুবদা।

পাখংবা নিংথৌনা নারাবু প্তুনা মাইকৈ মফম খংদনা মাংথিবা অতুদা লাইয়াম পুম্বনা পাখংবগী হৈনা খেংগুন লীতুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈবাক্কী চিরা চিথেক ৪ শিঙ্গা চত্তুনা কোইনা থিওম্রে। লাইয়াম্না কোইনা থিরকলিবা অসি পাখংবনা খওড়া উরতুনা লৈবাক্কী চিরা ৪ দা কোইনা শাম্নরম্বদগী অঙাংগী লোংদম্বু লাইনা হালথগনি হায়তুনা অরাং কৌনাচীংথক্কা কাতুনা অঙাংবু থৌতুমথক্কা লোংনা হিপহন্দুনা লৈখ্রে। লাইশিংনা কোইনা থিরকপদা নুমিৎ ঙনি শুবা নুমিত্তা থেংগ্রুং চীংদোন্দা পাখংবা নিংথৌগা তিম্নুক কম্বাল লাংদনা লৈরম্বা অতুদা পাখংবগী পুক্নিং অতুবু উতুনা "নিংথৌ ওইবগা লাংওল নারা অসিগনা মসক অমত্তা ওইনা লেপ্পসি নারা হুমনিদা ঙাইরিবা অসিগীদমক য়ুম অমুক তোপ্পা লিংঙম্নুসি, মফম অসিদা নারা অসি লৈঙমজবা ঙমজনবা ঐথোই পুম্বনা নারা কোলোই লিরোল ভমতুনা পালঙম্নবা থৌরাংসি।" ঙাংনতুনা চীংগী চীংদোন্দা অঙাংগী শাম্নফম শেম্নসংলক্রে।

(অরাং কৌনচীংদা লাংওল তাইবং খুম্বোকহনবা)

লোইবী থেঙ্গ্রুম মতোন্দা অঙৌবা থাকল মথোল ৭ খন্দুনা মাইকৈ ৪ অকোইবদা অঙাংবা ফিরাল য়ুংতুনা নারা ছুমনি শুববু অঙৌবা থাকলগী মখাদা অঙাংবা ফিরাল মরকতা নারাবু লোংনা হিপহন্দুনা কোলোই মিংস্থল তম্নক্রে।

( কৌনা থেংগ্রু ং মথক্তা লাংওল খুবম থম্বা )

"অন্নাং কৌনা থেঙ্গ্রুং অম্বুপা লৈফুন্নেল খুন্দা অহানবা চারি মপাল থাখিবা নোংদম মউ লিংবিবা, নারা কোন্নৌ মুম্নিং হুম্নীদা ঙাইন্নিবনা ন্নায়েল নোংদমনবু পাল্লিবা; মপা কনাগী মচানো; মমা কনানা পোকপনো, হয়িহে রাহা, লাইনা থাবা চারিনি, নোংদমগী মউ লিংবনি। তাইবং লাংওল শেম্বনি, লৈতা খুন্দা হানবনি; হয়িহে রাহা।"

নন্না হুম্নীদা ঙাইবনা পানজহৌই খংনবা অঙাং কোলোই মম্নিংনা ওঁ চিংন্নিং মিংহুল্লে; হয়িহে রাহা, শেম্বা মতাও অম্নিবনা লাংওল শেমজবা নান্না অঙ্গো অঙ্গাদা পানবদা ঙাইব্বু লাই নিপা পুম্বনা খুজেং পালোইননা কোয়শিন্দুনা কোলোই মিংহুল শোন্দুনা লিরোল ইশৈ শক্লখি। লাইম্নান্না লিরোন ইশৈ শক্তুনা অঙাংবু লংনহুনা কোলোই মিংহুল তমলিঙৈদা অম্নিবা লাইনা নান্না অপিশক অত্নুগী শান্নকম ওইজনবা হায়হুনা খুক্তা পুখি অমা তৌহুনা লোইশিন্দুনা থম্মী। পুখি অমা তৌখিবা উরুদা লৈসিন্নেল লৈপুনবী থেম্বা চন্নুনা মহাক্তগী লাইজ ইশিংবু পুথোক্তুনা পুখি লৈমাইচোম্না তনিক তনিক তৌনা লৈহল্লি। লাইজ ইতুংবা উবদা সনা খোনাংলৈমনা ইশিং মন্নুংদা চোংথাখিহুনা ময়াইদা ফাওগৎলক্তুনা স্নাগী থম্বাল ওইনা শাৎহল্লি। লৈন্নাংনা লকা কন্না শাত্তুনা নান্না হুম্নী গুববু চিংনা চিংনা য়েংহুনা নান্না নাওকোনজগে হায়বগুম্না খুদক অত্নুদা লৈন্নক্লে। থম্বান্না লৈকা কন্না শাৎপদা নান্না হুমনিদা ঙাইন্নিবনা মিংথমক্তু ওইহুনা

পলেমগী কৈরাখিক্তা ফম্বাল লাংলগা নংথরকপা খোম্নাং অমৃত য়াবগুম য়াতুনা খেক্লা শেক্লা নোক্তুনা মথু মথক্তা য়েতুনা অরাম্বা খৌরাংবা খংদনা শাম্নতুনা লৈরকলে।

(লাওল তাইবং মসক ৬পু মিংছন্দুনা মশাগী মথৌ মওম হাপ্লা)

অঙাং অসিগী মতৌ উবদা লাই মাখোইখিবিক্লা পেল্লতুনা মানা মানা তৌবা ওম্বা শক্তি লাংওল অয়াম্বা অঙাংগী মফমদা পীওমতুনা অন্নাংথেংঙ্ঙু অম্নপপা লৈফুরেন থুন্দা অহালবা লাংওন লৈময়োল খুম্বোকপা হায়না মকম অতুদা থমতুনা লাইয়াম পুম্বা কংলৈ পুংমায়োন্দা হল্লক্লে।

হু অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা "পারি সনাহল অসিবা লাংওল ১দি ননাও পাথংবা নিংথৌগী ওইখে; লৈরিবা মসক ৬ অতু লৌশিল্লু, মসক মমিং নাইনা মিছন্দুনা মা মাগী মথৌ মওম পীওমগে।"

গুরুগী য়াথং মতুংইন্না অসিবা লাইনা মুংশিংলম গুরুং মপান্দগী অঙ্গা অঙ্গো লাংওন মশক ৬ পু লৌরুতুনা মীরেপপুংদা পুরক্লুনা থম্লগা গুরুবু মিথয়েং তাহনখি। ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা "মসক ৬ না পাথংবা নিংথৌগী প্রজা ওইতুনা নিংথৌগীদমক লেপ্তুনা লৈগম্মু; নিংথৌ ওইবা পাখংবা নংনা মখোই খিবিক্কী য়াইফ নোংদম পিওমতুনা মখোই মসক ৭ না কংলৈ লৈপাক অসিদা লৈওমগদবনি, অতুগা নখোই ৬ মক অম্নিদি শক্তি লাংওল মথং অনি শুবদা মীতম্বা নংদি নমিং ইঙৌরাবা মেরুবা মিংলেম্না কুপ কোপো কৌবা তাইবং সমথগদবা মসকপু ওইতুনা নোংপোক

লৈহৌচীংদা পানভস্মু মাইকৈ অসিগী মথৌ মভম নংনা থৌদা নোংদম ওইদনা। অতুগা অহুমগুবা লাংওল শক্তি মসক্না নমিং "আশনবা" মেরুবনা "তেদে" হায়না মখারমদা লৈভস্মু, মাইকৈ অতুগী থৌদা নোংদম ওইদনা। (৪) মথং নংনা 'ইমুরাবা' কৌহুনা মেরুবনা তাং" কৌবা মসক ওইহুনা থেংগ্রুম চীংদোল পাংবা মাইকৈগী থৌদা নোংদম্বা ওইহুনা লৈরুরো। (৫) মথং নংগী মিংলেন্না "খেমানবা কংদিরোং" হায়না নোংপোক খা মৈরম স্থপ্না লৈরুরো রায়েল থৌদা নোংদমহুনা। (৬) মথং লাংওল শক্তি নংনা "মুরাং" মেরুবনা "রোং" কৌবা মসকপ্ ওইহুনা থাংহি ভাংভোই চীংলম পাংবা মাইকৈদা রায়েল নোংদম থৌদা থৌপ্বা ওইনা পানভস্মু। মথংলোম্বা লাংওল মসকনা লেপখিবা নংদি কোলোই মিংহুন্না "চেংলৈভৌবা" য়াইবিরেল মিংহুন্না "হেঁা" মসকপ্ নংনা ওইহুনা চীংয়াং তময়াং কোইবা অসি নোংদম থৌদাবা ওইনা লৈভস্মু। অহুগা নসা পুন্বা পুমতিং তিংনা মালেম থক্তা কোংয়াং চৈনা তাবগুম্না পোক্লকপা নসক থংনবা মীতিংভু পাংথংবা মিংথোলশি। য়াইবিরেন মেরুবনা "দিতারং" মসক্লি।

# মীতিংঙু পাখংবা নিংথৌ ফম্বাল তোংবা।

মীতিংঙু পাখংবা নিংথৌগী প্রজা ওইবা নখোই ৬ কি মসক মিংচুল অমত্তদা মীতিং প্রজা ওইবা মিংলেন অসিনা মসক ৬ নখোইবু থংনহুনা লৈপাক অসিদা মসক ৭ তাসিনা লেপ্পুনা পানবা নখোই ৬ কি রায়েল শৌদাবা নিংথৌনা মীতিংঙু পাখংবা কংলৈ পানবনা ওইনা মথংলেংনা লৈনারো। মীতিং শাখা ৬না পাখংবা নিংথৌগী প্রজা অওম্বা ওইহুনা আশাই অশম্বা চোং শেকশিন খান্দুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক্তা মুমিংকি শাগৈ (সুর্য্যবংশ) নিংথৌ তাংওম্বা ওইনা লেপ্পুনা নিংথৌ ফম্বাল তোংলে। ইবেম্মা সনা খোংনাং লৈমানা নিংথৌগী ওইথংবা মাইকৈদা ফম্বাল লাংহুনা মহারানী হাপলে। নিংথৌ ফম্বাল মিংলেনবু "দিতরুং" মহারাণীগী ফম্বাল মিংলেনবু "তরৈহংসং দিতরং তরৈশং রাং" হায়না নিংথৌ মহারাণী অনিবু নাওস্থুম্লহুনা ফম্বাল ফমহুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক শাখা শলাই ৭ নিংথৌ পানবা তৌরে।।ঔ।।

লৈবাক নিংথৌপানবা মসক্তা লেপ্লবা অসিদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা গুরুনা অসিবা মচাগী মফমদা "পারি চরৈ অহনবা ননাও তাইবং নিংথৌ পাখংবা অসিবু কংলৈ পুংমাইয়োল অসিদা ইচানা শেমঙম থমঙমলিবা থুবম অসিবু মশক মমিং

খংনবা ইচানা মনাওদা তাকওম্বীয়ু। ইচানা খুবম শেম্বদা তুরম লাইরম, লাইরম তিন্নম, খোংলম তাইওন্নখিবা লৈরকনু তুথে তুকম্বীদ্রনা শেম্বীনবা তৌজম্বীরো। লৈপাক অসিদা পানজ্ঞা ঙিংথৌদি ইচানা শেম শাথিবা কংলৈ নত্তবা মকমদা নিংথৌ কোম্বুং শেমকরোই। নিংথৌ ওইবা মহাক্কা মকম অসিদা লৈবা খুবম্সু মশকখংনা চেকশিন্না থমজগদবনি। লৈপাক্কী থৌদোক লাংথোক অন্না অনা লাকওম্ববদা খুবম নশাক খংনা অমাইবা অমাইবীনা থৌরম মওং চুম্না লৈতাই ওমদাই লাংদাইনবা পুক্কম ইরাং থৌনিরগা অনা তিনকোকপা, অন্না লৈথম লাইকোক্কুনা লুংঙাই য়াইবী মরা তপ্পা পানজব্বা ওমগদবা মওম মশিন তম্না ইচানা নহাক্কুগী লৌথোক্কুনা শেম শাম্লনা কংলৈ পুংমাইয়োম্বা মউ উরাংথম্বা খুবম অসিবু খংদনা মনাওবু কমদৌনা পানবা ওমগদরিব। মরম পুম্না খংদবা য়াদবা ওাক্কনি।

ওঁ অসিবা লাইনা পাখংবা নিংথৌদা তাকপা॥
কংলৈ পুংমাইয়োল মন্নুংদা লৈবা খুবম মশক খংনবা
থৌরাংবদা অসিবা লাইগী ফম্লেল মিংহুল তম্বা।

ও অতিংঙা য়াইথিরেল সিদবগী ময়াথংবু তাবদা ও অসিবা লাইনা "তাকওম্বী নয়াথং অচুম্বনি। অতুদা খুবম অসিবু নচানা লৈশেম্বদা হয়িচক অসিগী ওাক্তা মিংহুন্নুনা শেম্বা ওাক্তা ওইওমথিত্রে॥ মতম মতম অতুগী থৌরম থৌদোক মতুং ইম্বা

মিংহুন্দুনা লৈতাই ঙমদাইফম্সু লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী অহৈ অসিং অহন মন্না তাবনা থিঙমজহুনা থুবম মিংহুন তম্নববু য়াইফ মুংঙাই পানঙম্নবা ঙমদাই লৈতাইনবা মশক ওইনা শেমগ্রে। চক অসিগীদি গুরু লৈরি খঞ্জবদগী — মসিবু মতম অসিদা করম্না হায়ঙম তাকঙমজো হায়বনো' নয়াথংবু অমুক্তা মরম পুম্বা কাইদনা তাকঙম্নীয়ু নয়াথং ॥

মচাগী মন্না তাবদা ওঁ অতিংঙ য়াইবিরেল সিদবনা তাংজ-লুক্না য়াংলেল মিকুপ মঙাবু য়াখল খল্লুরগা "পারি চরৈ অহলবা মরম পুম্বা থঙেও। অত্বু লম্বী পুম্বা অসিদি লৈবাক অসিদা পানবা নিংথৌনা খংনবা থিজনদবা য়াবা মরমম্সু নত্তে, নিংথৌ প্রজাগী নুংঙাই য়াইফনবা মন্না তপ্না পানঙমজনবা ঙমদাই লৈতাই থৌনি ইয়াং পুরুম লৈপাই লম্বী পুম্বা খংবা ঙম্বা মসক সংলেল ফম্বাল য়া য়ায়েল থৌদা নোংদম্বা মাই-পুরেল লুচিংবা হায়বা মশক অত্থ ঙসিদগী ইচানা ওইহুনা হয়িচক, হয়া চক, খুনচক অমম্সুং লাংবচক চক ৪ অসিদা নংনা থোকঙমহুনা নিংথৌ প্রজাগী য়াইফনবা শেমঙম্নীবা মশক অত্থ পারি নংনা ননাওগীদমক ওইঙম্নীরো। পারি নংনা য়ায়েলসংদা ফম্বাল লাংহুনা মিংলেম্না "খাংজেংনহা" য়াইবিরেম্না "ওঁ ওঁ হ্রীং ক্লীং শ্লীং শ্রীহরি মঞ্জুরি আনঙ্গ তনঙ্গ হরি বিন্দু নাম ক্লীং" হায়না লৈবীয়ু। কংলৈমেন্দা লৈঙম্নীয়ু মিংলেনবু "গুরু মিরেন চন্দ্র কংলা মেন শাংলেন পুবা" হায়না লৈঙম্সু। নংনা লৈবা য়াইবিরেম্না "ওঁ হ্রিঁ স্না ধাং মনিক অঁ ও য় র"। মফম মওং য়েংহুনা মেন ফম্বাল শংলেল শাঙমসনু। লৈপাক

অসিগী নিংথৌনা লৈনবা "মফমদা" পারি নংনা লৈবিয়ু। নংগী ফিত্থর্প মওং থিত্থুনা মসাইকোল ময়ুম লাংবু খেমজসঙু। পারি নংগী মংলেনবু গুরু মিরেলচন্দ্র সনা সঙ্গাই কম্বাঙবা য়াইবিরেন্না নোংপোক মথা মোইরাং কৌক্ত অঙাং হ র স হরি হরি শ্লী ত্লীঁ রাম রাম (চিংথৈ মৈরম) হ্লীঁ ক্লীং শঙ্গাই মঙুংদনা হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ ২ হরে হরে হরে রাম রাম রাম হরে হরে" হায়না শক্তি মশক অসি ওইনা লৈওম্বীয়ু। মুংকে অনিগী মরক্তা লৈত্থনা লৈপাক্কী থৌওং য়েংত্থনা লৈওম্বীয়ু মিংলেনবু "মুংকে হনবা" মেরুবা য়াইবিরেন্না "শ্লীঁ শ্লীঁ শ্লীঁ দ্রীঁ দ্রীঁ" হায়না শঙ্গাই শত্থোং মাংশোক লাংদা হায়জ-নিজ-চংজফুম ওইবিদনা মিংলেনবু নহাক মহাক মহিরেন্না ওঁ ক্লীঁ ওঁ গ্লীঁ গ্লীঁ ক্লীঁ গ্লীঁ গ্লীঁ শ্লীঁ শ্লীঁ গ্লীঁ য়াইবিরেন ওইত্থনা "মহি বৃন্দা মহিরেন মঞ্জুরি মহিরেন অথুপ্পা মহি সনারেল শ্বরমহি মহিতা মহিরেন হো মহি র মহি স মহি অজ অনজ মহিরেন অনঙ্গ মহিরেন" কৌত্থনা চক ৪ মক্তা সিন্নুনা শংলেন হনবা অমাইবা পুরেন (বৈদ্যনয়ান) ওইত্থনা মরম পুম্বা ত্থাকওম্বীত্থনা ত্থাইবী ওমদাইবীত্থনা লৈওম্বীরো।

— x —

## ওঁ অসিবা লাইনা পাখংবা নিংথৌগী মফমদা কংলৈ পুংমাইয়োল পাকল লোনজা অরিবনা তুবী লৈরোং শানা পনগুাকপা রায়েল হায়হৈদববু ময়াথংদগী তাকপা

গুরুগী য়াথং অসি তাবদা অসিবা লাইনা তাকঙম্বীবা ময়াথং ইম্না তৌঙমদ্রবা য়াদ্রেনা—গুরুনা ইশানৌ তাইবং নিংথৌ ওইরগদবা অসিগীদমক সনা পুক্লিংদা রাখ্রবোরে। ময়াথং মতুং ইম্না ঐ তাকঙম্বা তারে” খন্দূনা মরম পুম্বা তাকঙম্বা মনাওবু কৌথোকলে।

“ইশানৌ তাইবংনিংথৌ ওইঙম্লকদবা পাখংবা লৈনুংলোনজা অরিবা লৈবাক অসিদা লৈবা খুবম মসক মমিং শিজিন্নগদবা থৌরম অহু অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথং মতুংইম্না ইনাওগী নক্ষমদা য়াম্বনা অহুক খংঙম্বা শাহনা তাকঙমগে; মকম খুদিং ইচিল ইনাও অহুক কোইনা চত্তুনা য়েংঙম্লসি” হায়না পাখংবা নিংথৌগী খুজেংপালোইননা কোইনা পুহনা খুবম মসক থৌরম তাকপা হৌখি।

১। অকোইপুং — ইশানৌ ইবুঙেঙা তাইবং নিংথৌ শমথনা পানঙমগদব। অতিংঙা য়াইবি--সিদবনা ইমা লৈপুনবীগা অনিমক্না লাংওল থরা শান্নরুরগা, ইমা লৈশিরেন লৈপুনবীনা

নিংশ্রিংতুনা কংলৈ পুংমায়োল হায়বা লৈপাক অসিবু শেমগত্তুনা চিঙঙ্ লাইগী থুবম্বু থমদুনা তাইবংশমথনা পানবা য়ানবা মরম্বু শেম্নম্বা য়াগদরা হায়না মফম অসিদা লেপ্তুনা মাইকৈ মরি শুংদাই ৪ শিন্না কোইনা য়েংঙি। অকোইপুং—মফম অসিদা গুরু অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা লৈরনি! নংনা হংজনিংবা হংঙমজো। মহাক নহাক ঐহাক্কী লৈফমনি

২। খুম্হোকয়াই, খুম্হোকয়াই— অকোইপুংদগী থোরক্তুনা মফম অসিদা অনিমক্কা ফমদুনা লৈপাক অসিদা লৈবা তারে হায়না লেপ্লদুনা লেঙিঙ পাল্লিবা অচৎ চত্তা পুম্বনা খংহোনবা হায়দুনা মফম অসিদা থোক্তুনা মাইকৈ লাই-পাখংবা ৮ গা উনদুনা খুম্হোকপা হৌই। মফম অসিদা নিংথৌ নংনা তৌগদবা থবকপুম্বা লেপ্লগনি, থৌরম পুম্বা শিনগনি।

৩। শঙ্গাই ইম্ফম, শঙ্গাই য়ুম্ফম— লাই নিপা নিপী পুম্নমক্কা তান্নদুনা অনিমক্কী লৈনবা মফম শেম্মে। শঙ্গাই য়ুম্ফম হায়না মফম অসিদা নিংথৌ ওইবা নংনা লৈনবা মফম শেমগনি। কংলা শেম্বা লাইগী হকচাংনি।

৪। নোংলেনপুং, নোংলেনপুং—মফম অসিদা লাইমুপা মুপী তিন্দুনা নিংথৌ মহারাণী হাপ্লবা মরমদা নোংমা চুপ্লরা তান্নদুনা খন্নে। মতুংদা খন্নবা লোইদুনা ওঁ অতিংঙা য়াইবীরেল শিদবগা লৈশিরেন লৈপুনবীগা অনিবু নিংথৌ মহারাণী হাপ্তুনা—মাখোইনা প্রজা ওইনা লৈরম্বা অসিগী

মরমদা থন্নখিবা মফমনি। নোংলেনপুং—নিংথৌ ওইবা নংনা করিগুম্বদা থৌরম অকনবা অমা তৌবা তারবদি মফম অসিদা অহে অসিংগা লোইননা থন্নহুনা থৌরম অহু লেপজো। নপুক মপুক হোংবা হৌনরোই। লৈপাক মরা তপু পালঙমজনিংলবদি পুরুম চুকফা লৈফাজো। মফম অসিদা মা'দি নোংলেনচিংশু মহাক্নি।

৫। খোংশংগুরু, খোংশংগুরু—মফম অসি কংলা সেম্বা লাইগী মনাতোন্নি। মফম অসিদা মৈ, ঈশিং পুবা থুংশিং থোকই। অচিকপা, অয়িংবা, অশাব। মতমখাইনা শ্বরগী মতৌগুম্না হোন্দোক হোক্লিল শান্নহুনা লৈ। নিংথৌ মহারাণী অনিগী ফম্বাল তোংফমনি। মফম অসিদা ফমথ্রিবা নিংথৌদি লৈপাক ঙাকপা কৌই। পুন্সি নোংদম চাংদম্নফম ওইবা মেনশ্বর য়াংবী হায়নম্ভু কৌই। নিংথৌ মহারাণী অনিগী ফম্বাল মিংহুনবু মফম অসিদা থোনগনি।

৬। শিদবা উপাল, শিদবা উপাল—মফম অসিদা অতিংঙা গুরু য়াইবিরেল সিদবনা লেপ্নুনা লৈপাক অসিগী লাইগী খুবম শেম্নবা হায়বগী লাংওল শক্তি পুথোক্নদবগী পুক্লিং রাখল তৌহুনা লৈবা মফমনি।

৭। থাপুং, থাপুং—মফম অসিনা নয়াম্বা ঐন্নু গুরুনা পুথোকপা মতমদা লৈখিবনি।

৮। নুমিৎপ ুং, নুমিৎপুং— হায়বা মফম অসিদা ঈশানৌ নংবু গুরুনা প ুথোকপা মতমদা পাখংবা নংনা লৈখিবা মফমনি।

৯ কোকপ ুং, কোকপ ুং— অসি কুরুম চীংগী উরাংনি মেরুবনা থেংগ্র ুম উরাং হায়না কৌবনি। মেরুবনা উঁং চিং রিং কৌবনি। লাংবচক (কলিযুগ) ওইরকলবদা ভানুমতিনা নোংলুম্বু কোনবদা তাইবং মশক ওলবা ঙমদ্রবদা লৈকক লৈয়ারেনবীনা অমুক কোনহন্দুনা চাংদম য়েংলগদবা মফম্নি।

১০। লাংপ ুং, লাংপুং—মফম অসিনা ঈশানৌ নংনা লাংওল ফমলেন লুচিংতান্নবা শান্নবা মফম কুরুমচীং খুবমগী মউ উরাং তৌফম্নী; মেরুবনা উঁং রিং কৌবনি। লাংবচক্রা লাঙ্গোনচীং কৌনরনি।

১১। নুংশিৎপ ুং, নুংশিৎপ ুং— মফম অসি থাংছি ঙাংঙোই চীংগী মউ উরাংনি, মেরুবনা ওঁ হিংস সৎ হিং হায়না নাওথেম নাওশুন্নবনি।

১২। ঈশিংপ ুং, ঈশিংপুং—মফম অসি তুরৈ খোংলম (তৃথগী) মরু পুম্বগী, ঙাপ্রম চীংচেংগী মউ লেম্ফ ু উরাংনি, মেরুবনা ওঁ নোঁং হোঁৎ কৌবনি।

১৩। ফমতোংফম, ফমতোংফম— হায়বদি কুচু কৌই। মাসিদি কংলৈ প ুংমাইয়োল শেম্বা লাইগী মচি চিন্নকনি।

মফম অসিদা রায়েলশং শাগনি। লৈবাক্কী অশাই অসমনা রায়েল থৌওনলক্লবদা নিংথৌ নংনা শংলেন অতুগী ময়াইদা ফম্বাল লাংও, ওইদা অসাই অসম্না থৌগল ফম্বাল লাংনা নিংথৌ ওইবনা রায়েল নোংদনফম্মী।

১৪। ঈপুং, ঈপুং— মফম অসি ঈরম খোংলম পুম্বগী মউ উরাংনি। লাংবচক্কী চৈকোক হয়িচক্কী পান্দোমদা মীং হুল্লগদবা হিয়াংথাং চীংগী মউ লেম্ফু ওইবনি। মেরুবনা "ওঁ হুঁ রোঁং রীঁ স্বাহা" "ওঁ হ্রীঁ রোঁং হোং স্বাহা" হায়না নাওশুম নাওথেমগনি।

১৫। থাপুং, থাপুং— থাবাপুং কৌই। মফম অসিদা লাইকোম্নুং থাকপা থুবমগা মউ-উরাং অমত্তনি। লাংবচক্কা মিংহুলবা ক্কারোক থোংগস্থ মউ উরাং অমত্তা ওইগনি।

১৬। হয়েংপুং, হয়েংপুং— মফম অসিদা মতিক মঙম হৈঙম শিংঙম্নবা লৈপাই চাংয়েংফম্মী। লাংবচক্কম মিংহুল্লগদবা হৈপোপচীং লাংথবান ফমলেনগা অমত্তনি।

১৭। লাইগী নোংদম চাংয়েংপুং, লাইগী নোংদম চাংয়েংপুং— লাইগী নোংদম চাংয়েংফম কৌই। মফম অসিদা ইশানৌ নংনা চাক ওইনহুনা হংবা হায়বা অমত্তা তাবা খুম্বা ত্তৌদনা ওম্থোইনা লৈতুনা ফমলেল লুচিং তানকংনবা লম্বী তাকওম্বীনবা লৈখিবা মফম অহুনি। মফম

অসিদা ইমানা নংগী রাখলবু খংহুনা নিংজবা থুংনবা পাওতাকখিবা মফম অহুনি। মফম অসিগা তাংপা গুরু ৩ তিল্লক পুংগা অমতা ওইওমথ্রবনি। স্না তাংগা লুপা তাংগা থাহুনা মোনথাংচেংনা য়ুম কৌহুনা পুরুম থৌনিফমনি। ওমদাই মেরুববু ক্লী গ্রো ক্লৌবনি।

১৮। গুরুসিদবা পুং, গুরুসিদবা পুং— মফম অসিদা ইশানৌ নংগী নফমদা পাথংবা মিংহুন্দুনা নিংথৌ খুবম শিন্নঃম্লগা গুরুনা থুপখিবা মফম অহুনি।

১৯ লাংলেন লাওল ৭ কী শিন্নপুং লাংলেন লাংওল ৭ কী সিন্নপুং — মফম অসিদা লৈশিরেন লৈপুনবী ইমানা মহাক্কগী থৌঙম থৌরাংবী মপোক ৭ লক পোক্কুনা ময়ুম খুল্লিংলগদবা অমা পুখোক্কুনা নোংপোক অঙাইবদা থনম্লগা ইমানা গুরুগী তুংইল থুপ্লুবা মফম অহুনি।

। ওমদাইপুং, ওমদাইপুং— মফম অসিদা য়াম্বনা তাইবংপান পূম্বা ৭ লক কোইবগী অহৌবা অয়োইবা মফমনি। মসিদা লাকয়েন লাংদাই ওইনজৌ।

২১। ঙসিপুং, ঙসিপুং— মফম অসিদা ইয়াম্বনা লেপ্তুনা গুরুগী স্না ফম্বাল তম্না য়েংজবদা ইনাওগীনফমদা নিংথৌ পোৎলোই গুরুনা শিন্নরম্মী হায়বা খংদবদগী ইশানৌ নংনা তাংবল থক্কা ফম্বা অহু উবদা য়াম্বনা ইন্নাওবু তাথিবা ওইরুম্মী। অঙাং মতিক চাদনা গুরুগী তাংবন্দা ফম্বদি

মচোং মপাক নাইদবা লমচংপ্ হৌওয়ে ওসি কোরৌ অসি দা সনা কোনজন তুথোকপা অসি মাংহনখ্রগে হায়না য়াম্বগী প্ক্কা খন্দুনা ঐগী অশাউবা মিৎয়েং উবদা ইনাওনা তাংবম থক্তগী কুমহুনা চেনগে থৌরাংবদা লাইরেম্বী ৮ না কনগনি হায়হুনা সিরোন ইসৈ কেক্রেক কে শৈহৌনা শকপা তাবদগী ঐনা ননাক্তা চংলমদনা থাংহি পাংনা চোংখিবা মফম অহু অসিনি, ঐনা লাংওন শক্তি মাংননবা প্থোক্লবগী থৌরাংব্ মফম অসিদগী হৌখি ; মফম অসিগী মউ উরাংনা ওমদাই-প্ংদা লৈবনি। মেরুবা ওমদাইদি পপ্ পপ্, হু হুপ্, হায়না হৌদোক্ত্না রে রে হায়না তাইওমজৌ।

২২। কোন্না য়াই নাপ্ং, কোন্না য়াইনপ্ং—মফম অসিদা ইনাওনা ঐওোন্দা শাওবা ফনবনি হায়হুনা নখোং নামা থাঙ্গৎনা নমিৎ পাংমা উইশিন্না ঐবু নংনা নাওথেম্বদা ঐনা য়াখ্রিব্রবদা নংনা গুরুবু কৌবা মফম অহুনি। খুরাই কাংবা শোংবু চিরাই তাংবা হায়না মিংহুন্লবা মফম্নি।

২৩। থোক্লপ্ং, থোক্লপ্ং— মফম অসিদগী গুরুনা চোং-থোকলক্ত্না লৈপাকপ্ নিংথৌবু কন্নবা তৌওমখিবা মফম অহুনি। অনিমক্কী মেরু ওমদাইনা (সং) শ্রীঁ হ্রীঁ তোং লৈরা মীং হ্রীং তোংনানিক তে তে হায়না থেম্না ওমদাইখিএ।

২৪। উন্দ্র, উন্দ্রা— উন্দ্রা শামাং কৌই। গুরুনা অস্নুম য়েংখিবদা শক্তিশিংগী মতুপ ৭ না তাহুনা মফম অসিদা

অনৈ য়ুমকৌদনা অঙৌবা ফিরোন কমেংশাবা ফিরোন ফি-
রাংজি অঙাংবগী মুথক্তা থাদনা পুরুম থোকাইগনি।
( মশক ইশক তাকপা )

৩২। পামেল গুলামজাং মখোংদা মঙাং গুরুগী পুংনি।

৩৩। পামেল থমং মখোংদা লুরাং গুরুগী পুংনি।

৩৪। লৈরাং শংগুরৈ মখোংদা থুমন গুরুগী পুংনি।

ব্রা অসি তাবদা ওঁ অতিংঙা গুরুসিদবনা হায়রকই "পারি নংদি মঙাং লুরাং থুমন মশক মমিং অহুমমকপু তিন্না ইপানা নহাক অসিবু থোকঙম হনগ্রবনি অহু নোংগিবু ইপানা নংগী তমকপু থনমলিবনি। ঐনা খাবা তোংবদি নংগীনে। গুসিদগী ইচানা তোংবা ওইখরো, অহুগা গুরু অহুমগী মশক অহু ইপাদা অমুক্তা পুথোক্তুনা মফম নাইনা তাক্তুনা থম্মু"। অস্নমনা মোংবাচিংগী হৈবোং মথাদা চিকনা তাকপিরকই। মাহুদা অসিবা লাইনা গুরু মশোং অহুম কৌনা মশক অহুম পুথোক্তুনা থমলে।

৩৫। ওক্কপুং— মঙাং, লুরাং, থুমন ( ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর ) ( বিষ্ণু - মহেশ্বর - ব্রহ্মা )। ( হ র স ) ( হিং রিং শীং ) ( হহিং ররিং সশীং )। য়াইবিরেল মেরুবনা অসিনি। ইশানৌনা তাইবং মৈসেম থুন্দা অহানবু শমহুনা পুথ্রগা তিঙ্গুক ওইহন্না কম্মী থংনহৌসন্নু।

প‌ুরেম্বা"। বিজ লাইশোল অসিনা চাজা য়ুম কৌও। অহুগা মাইকৈ শুংদায় তুনা সনাভাংগা লুপা তাংগা কোনয়াই থাউও। খংগনি খুদক্কা হে পণ্ডিৎ।

৩১। খুপপুং শুরুং,— খুপপুং শুরুংদি শুমুম্না কৌবা শিংজিগী মশক্কি। মফম অসিদা লাইফম পুম্বী খুংনফমনি। মপা অসিদা নোংথৌ পাংবদা লৈচিন্না শাংথ। লেমথনা ভারবা তুবিয়াথোক তম্না থোক্লবা, কৌক্রদগী লৈচিন্না মপা অসিদা শামখিবদো নোংথৌ তুবি তিলুক্লবা কৌএ। অচৌবা শোকই; লৈপাক কাই, মঙান নাইবা অমং থরে কুমগনি। হে পণ্ডিৎ চেকশিল্লু।

লৈপাক ফাবা ব্রারনি, থৌলোক পাওতাক ভাক্লবনি, শুইথোক্লবা শোইফদবা খুদম্নু মফম অসিদা শাওজেন্নি। অচিক অশা খোংশং শুরুংগী মউ উয়াং লেমক্লনি। শুমদায় মেরুবা কুমজা থাজা কাংফদবনি।

"ঊঁ ওঁ টুঁও। শ্রীঁ হ্রীঁ তেংলৈরা মীং হী তোংনানিক টে টে। (শাও) মনি নোং রাইরোক। লে শা ও হিংনপফা। কং কোং হি সনা মনিক তপ শেংবা অচিবী অচিবা"। রাহৈ অসিনা সনা লুপা তাংগা ৮ থাহুনা সেনগী চুক ৮ থাহুনা মোংথাং চেং অকুপ্পা লকোই ওমপোং হৈ মনম নাইবা শঙ্গোম খোইছি চুঙৌ মছি অসিনা চাজা

পুম্বগী মকম থুদিং শিঙ্গুমো মনা কথ্বাল লাংতুনা তাইবং অঙ্গ অঙ্গা পানখিবা মকম অছুনি। মেরু তাইনবনা "পংবা শেনবা মতাও গৌরমঞ্জরি মনা অহিংবা" কৌবনি। ক্লীঁ শ্লীঁ হুরেনা পরুম লৈতাইনগনি। মকম অসিনা মুংশিৎ পোকফম হৌফম ওইতুনা লৈপাক অসিগী মেরু চুকলেন ৩ গী অমনি।

২৯। মুংশিৎ পুবা শুরুংখোং, মুংশিৎ পুবা শুরুংখোং— ঈঙ্গনাগী মরি কৌই। মকম অসিগী মৈবীনা মুংশিৎলমদগী মুংশিৎকা লোইননা খোকওয়রুবদি নিংথৌ প্রজা অশাই অশম পুম্বা মৈশা লাংঙনি। কংলে মৈবী পাইবা হায়না খংনরনি। মেরুবা তাইঙম্বনা "শং শ্লীঁ ক্লীঁ হরে তোংনানিক তে তে তোংলৈরা" অসিনা তাইওমজৌ।

৩০। অয়িংবা ঈশিং পুবা স্বরলম শুরুং, অয়িংবা ঈশিং পুবা স্বরলমশুরুং ( পিঙ্গনা শিংলিগী মসক ) কৌই। মকম অসিনা মৈগুম্না শাবা মুংশিং খোরুবদি অওম্বা প্রজা রাথল পুক্লিং চুনারোই। মাইকে মরি শুংদাই মরি তুনা মশামরেং খাইনা রাওম লম্বেল তানমগনি। ওমদাই মেরুবদি "মালেম লৈমা লৈপাক নংগী নমিংদি কং কৌএ। মোংথৌ নংগী নমিংদি কোং কৌএ। শুরুগী ফাংখোং মংগী নমিংদি হী মনা মনিক তপশেংবা পুরেম্বা কৌএ। লাইস্না নংগী নমিংদি অচিবী, অচিবা কৌএ। শাও থ্বাই পুরেম্বী

লৈরম্বা উবদা মতুংদা ৭ অহুবু ভাহুনা লৈবসি য়েংবা মুংডাইতে, লোম শাক্তুনা তাইবং মশক পুথোকউ তাকওমখিবা মফম্নি।

২৫। মীতমপুং, মীতমপুং— মফম অসিদা তাইবং মশক কুমদোনা শাগদগে হংবদা নয়াম্বা ঐগী ইমিনা তাবা মফম অহু গুরুনা য়েংলগা মালেমদা ভারিবা মশক অহু লৌহুনা তমহুনা থকচিল্লগী পুথোক্কুনা শাও তাকখিবা মফমনি।

২৬। মাসেমপুং, মাসেমপুং— মফম অসিদা শক্তি মশকপুম্ববু মফম অসিদা পুশিন্দুনা মীতমপুংদা উবা মশকপুশেমশাবা মফম্নী।

২৭। মীরেপপুং, মীরেপপুং— মফম অসিদা তাইবং মশক্কি হায়দনা শেম্বা মশক অহু লোইহুনা অতিংঙা য়াইবিরেল শিদবগী নাক্তা পুশিন্দুনা তাইবং মশক হায়বা অহু অসিনা ওইগদবা য়াম্বনা হংজবদা গুরুনা মশক অসিনি লেপ্পখিবা মফম অহুনি।

২৮। অঙ্গো অঙ্গা শুরুং নুংশিং পুং—অঙ্গো অঙ্গা শুরুং নুংশিং পোকফম কোই। তাইবং মশক ৭ না তিংলি য়াংলিয়ে হকাম চন্দে হাকথী খল্লে। অঙ্গ অঙ্গা পান্দনা লৈরবু মফম অসিদা পুশন্দুনা অতিংঙা গুরু শিদবনা শক্তি ৫ পুথোক্কুনা তাইবং মশক পুম্বী নুরাইদা খুদোনবাগী খুজিল্লা য়াংলগা খুওনিংথৌগী খুদোম্বা নমহুনা তাইবং মশক

৩৬। ওইদপুং— মফম অসিদা ইশানৌ নংনা তিল্লুক ওক্লা ফম্বাল লাংতুনা লৈবা অতুবু কৌশিলগে ঐনা লাকপদা ইশানৌ চৎঙমগ্রে। ইচিন ইনাউ উনবা ফংগ্রে মাতুদা মফম অসিদা লেপ্তুনা ঐনা য়েংবদা ইশানৌনা থৌরম অমা শিন্দুনা কোইনা পুবা মরম অতু য়াম্বনা উঙমলে। অতু নোংগিদমক ইনাওগী নিংবা থৌরাংবু থুংখ্রসন্নু ঐনা তৌ-ঙমগে নিংলম্বা থৌরাংনা থৌঙমদবা ওইজরসন্নু হায়দনা মফম অসিবু য়াম্বনা হায়রম্মী। মফম অসিদা চংউরবা শোকউরবা মশক অতুদি মা মানা থৌঙমগে নিংবা থবক অতুতদি পাংঙম্বা ওইদবা ওইশন্নু হায়না হায়রম্মী অতু নোংগীবু অওই ওইদবা পুং হায়না চক ৪ শীদমক মফম অসি থমখি। (য়া মরম লৈবনি।")

৩৭। গুরুগী ক্বাংখোং ৪ কৌএ মংলেনম্নু কৌএ। গুরুগী




ক্বাংখোং ৪ কৌবদি চিরা অমদা লাইনিংথৌ কোনশংলেম্না লাই কিংনাইবা কোনা ফম্মী। ঙাকপদি কোকতিংলেম্নে।

চিরা অমদা লাইয়িংথৌ অপুম্বা রাএল হায়কমদবনা "পোকপী শানোই শিংখাতং" কৌনা ফম্মী।

ঙাকপদি য়োইঙাইবনে। চিরা অমদা লাইয়িংথৌ খ্বরারেন সনাগী থম্বান্দা ফম্বা অশিবনা নোংফুরেল কিংনাইবা কৌনা ফমএ। চিরা অমদা কোংচিংলেম্না লৈকিংলাই কৌনা ফম্মী। ঙাকপনা কোংটিংথৌনানি। গুরুগা অপাম্বগা অনিনা কৌনবা উম্নুংময়াই লৈপাক নোংথৌ তুবগী মতোন্দা হায়বদি গুরুগা অসিবা লাইগা অনিনা ফম্বনা ফম্বাল লাংবগী মমাংথানা লৈপাক নোংথৌ তুবগী মতোন্দা লৈপাকপ্রজা অঙম্বা পুম্বগী মমুংদা মকোক থোংনা নোংনাংলেন অপোকপা কৌনা ফম্মী। মরম অসি মশক মমিংখংনা নিংথৌ ওইবা নংনা সনা ফম্বাল লাংবা মতমদা কাংথোং অসি শেমহুনা ফাখোংবু মশক খংনা ফম্বাল লাংগনি। ফম্বাল মফম থুদিংদা কাংথোংগী মশক পুম্বনা হৈনা থৌগাল ওইনা লৈজম-প্রবনি। মরম অসি খংনা সনা ফম্বাল লাংলবদি নিংথৌ ওইবা মুংশাঙেঙ, লৈপাকমু মরা লেম্ফু চেৎনা তানা পানঙমএ! লাংবচক্না নোংদা লাই পাখংবগী মচা মৈদিঙঙু খুয়োই তোম্পোক্না পোকপা মচানুপী অমা চুকশা মৈথাবা য়াদবদগী মফম অসিদা ফুম্মগনি। মতুংদা তিমমচা মচা য়াম্না পোক্কনি মমিং লৈমা মিংহুন্দুনা য়োকুনা কাব্রং লংবু কংনৈ অহু নোংগীবু লৈমা পোকলেনপুংবু কৌদরনি। মৈদিঙঙু অমগী (তোনাম্বা নিংথৌমু) চুকশা মৈ থাখিরগনি

মচু নোংগী নিংথৌ মংলেনপুং হায়নবু মফম অসি কৌরনি। য়েরুবনা হাংথিল্লা নিংথৌ মচাগী মকোক মিখুং চল্লুরবা সিংদি মফম অসিদা চুকপা মৈথাগনি। মতুং অমুক তেকসন হনজনবা ভৌদনবা মফমনে।

৩৮। তাওরোইনাইপুং, তাওরোইনাইপুং—মফম অসিদা স্না কোনয়াই থাদনা পুরুম লৈপাইজৌ। থোকওম্লকনি। মিংলেন অসি হায়না কৌ "সনাহিং মিকোনবা, সনাহিং মিকোনবা, সনাহিং মিকোনবা, সনাহিং মিকোনবা"। হায়নিংবা হায়গা " রে রে " হায়না তাইরম্মু।

৩৯। শজিকপুং, শজিকপুং— মফম অসিদা লা মতোন অহুম থারগা 'তাওরোইগী মমিং অনিনা শজিক থাবা ওইখিবনি নপাম চাক চারো চাজা অনৈ থকও' হায়দনা কৌথোকউ। লম ২ চথোক্লুনা য়েংউ উগনি। মৈগী মতৌগুম্মা। অহুগা।

৪০। চরাইপুং, চরাইপুং— মফম অসিদা কোনয়াই হল্লু। নতুং ওম্থোক্লুনা "হিং হিং" হায়না য়েংজৌ। চরাই গুরু উগনি। মতুং

৪১। নুমিৎপুং, নুমিৎপুং— মফম অসিদা চায়রেন পুখমদা হুপ থরা হাপ্লগা য়াম থরা চাইদন। থারগা "তন্ফা য়াই অহনবা" হায়না ৮ লক কৌরম্লগা লম ৮ চথোক্লুনা য়েংও লৈপাক সেম্বা গুরু থোকওম্লকনি নংনা পাম্বা হায়নিংবা

মিনিংবা নিজরো। অহানবদা হায়খিবা গুরুগী ফাংখোং মরি কৌবা মংলেন অহুদগী হৌনা অহানবদা পুরুম্বা হোৌগনি মফম অসিদগী পুরুম লোন্দি "সনা লৈম্বী থোরকলে। খুবাক লৈকা শাবিগে নাহুম কোন্দে শেমবিগে পপ, পপ, হু হুপ," হায়হুনা খুবাক ৩ লক খুরম্লগা মফম অসিদা কোন-য়াইলোল হায়ডমদনা কোনয়াই থারম্লগা মথংদা তাওরোইনাই পুংদা থাগনি।

৪২। গুরু নোংশাবা পুং, গুরু নোংশাবাপুং— মফম অসিদা গুরুগী শংলেন শানি। ইশানৌ নংবু পাখংবা মিংহুন্দুনা তাইবং নিংথৌ শিম্নরগা অতিংডা য়াইবিরেল সিদবা গুরুনা থুগুনা লৈথিবা, ইয়াম্বগী তৌডমদবা ডাকুবা ইশানৌনা গুরুবু কৌরকপদা গুরুনা চোংথোকচকপা মফম অদু অসিনি।

৪৩। য়ুমজাওপুং, য়ুমজাওপুং ( লাংওল লৈশিরেন পুং )— মফম অসিদা ইমা লৈশিরেন লৈপুনবীগী শংলেন য়ুমজাও শাগনি।

৪৪। নোংদোন লাই পাখংবাপুং, নোংদোন লাই পাখংবা পুং— মফম অসিদা নিংথৌ নংগী শংলেন কম্বাল শাকমনি।

৪৫। লিলাখোং, লিলাখোং— খোংলম অসিগী মতুং ইম্না য়াম্বনা লাংওল নোংগা খোংলম চৎলম ওইগদবা মফমনি।

৪৬। **পুরুমখোং** পুরুমখোং— মফম অসিদা গুরুবু পুরুম লৈপাইনহুনা পাখংবা নংগী চৎলম ওইগদবনি। নংনা গুরুগী খোইজি খাদগী খোংকওম্লকপদা মালেম লৈমাই থক্তা কোংয়াং চৈগুগুম নশা কোঞ্জল তুথোকনা পুরুম লৈপাইনা খোকওমখিবা মফম অহুনি।

৪৭। **গুরুখোংলম,** গুরু খোংলম— মফম অসিদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা নোংগা খোংলম ওইগদবা মফম্নী।

৪৮। **শামুখোকপুং,** শামুখোকপুং— মফম অসিদা করি করিগুম্বদা শামু অঙৌবগী মশক ওইনা কংলৈ শেম্বা লাইনা খোকওমহুনা কংলৈ মিৎয়েংত্তানি। মাহুদি কংলৈ নিংথৌ অওম্বা মহুৎ মরেং শিনগনি। নিংথৌ কাংলাবদা মানা নিংথৌ থিহুনা নংগী খুবম মাংদনবা মউ চারি থাহুনা তাইবং নিংথৌ মউচারি থাবিনি। লৈতাই ওমদাই হৈশিংঙ ফাংখোং ৪ পুরুমহুনা তাওরোইনাইপুং ইরাৎলগা শাজিক-পুংবু মাইয়োক থাগোন্নহুনা চরাইপুংদা কোনচন্দুনা মুমিং পুংদা য়ুম কৌদনা তাইওম হায়ওন্না পুরুন লৈপাইজহুনা থোকাইজৌ।

৪৯। রাংগোনপুখ্রি, রাংগোনপুখ্রি—মফম অসিদা রাংগোন পুখ্রি তৌগনি। মরমদি মফম অসিদা কংলৈ শেম্বা লাইগী মচি চিয়োং অরাংবা অমা থম্মী।

৫০। স্নাহিথাংপুং, স্নাহিথাংপুং— মফম অসিদা স্নাগী হি অমা লৈবনি। করিগুম্বা চুমথাং ওইনা লৈবাক্কী মশক মওং তাকনি মরম অসি থোক্কনি হায়বা।

৫১। নুংগোইবী পুং, নুংগোইবী পুং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মমিং ওই লৈবনি। মফম অসিদা লৈবাক্কী অরা অনা থৈনগনি।

৫২। লুচামচাং, লুচামচাং— মফম অসিবা কংলা সেম্বা লাইগী খয়াং লৈ। লাংবচক্তা গুরুনা মন য়োংমানবী ওইনা তাওথরকপদা মৈদিঙগু তাওথিংমাংনা লোকুনা গুরুগী হকচাং শরুপ্পুরবু মফম অসিদা চাম্মনি।

৫৩ পুং ও,— মোংবা চীংগী হৈবোংমখা— মঙাং পুং, লুরাংপুং, খুননপুং কৌএ। মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা লৈ। মচিনা অতু গুরু অহুমগী চুক মখোং অহুম ওইনা লৈ। গুরু অহুমনা চুক মখোং অহুমদা ফমতুনা গুরুগী রা তান্নফমনি; রাদি হ র স নি।

৫৪। থুপ্পাপুং— গুরু অহুম থুপ্পাপুং কৌএ। মেরুবা বীজনা "হিং বাং শাং কৌপা মপু তরংবা সনা য়েনশিদবা" গুরু অহুম্বু পুরুম লৈপাই থৌনি রানে।

৫৫। গুরু লাংওল পাং, গুরু লাংওল পাং— মফম অসিদা ওম অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগা লৈশ্নিরেল লৈপুনবীগা

লৈপাক অসিদা খোংদারকপা মতমদা মপু অনিমকনা লাংওল য়ুম পাল লোলবু শান্নহুনা অহানবদা লৈওনহুনা খুনথোক উকোন লমলেম্নী। নিংথৌ নংগী হন্নাও মথোই লমথোক লময়েংবদি মফম অসিদা য়েংগনি।

৫৬। **য়ুমকৌপুং—** অনৈচাজা য়ুমকৌপুং চাকশৌ ভাশৌ য়ুমকৌপুং কৌএ। অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগা লৈশিরেন লৈপুনবীগা অনিনা লাই পাখং ৮ গা লাই মুরা ৮ গা লোইনহুনা লৈবা মতমদা অচা আথক লৈবা খিবীকপু অরাংপা লৈতনা পুথোক্কনা পিজপিথকপা মফমনি। লৈপাক্কা তাংওন্নবদা মফম অসিদা ইমা লৈশিরেল লৈপুনবী আহোং অচাওবীবু পুরুম লৈপাইজহুনা চাহোং ভাহোংনবা তৌওমগনি। লাংবচক ওইরক্লবদা লাইম্না মহারানিনা লমতা থাংজা নোংমা পানবগী মুমিৎয়ুংবা মতমদা উমংলাই শগোল কাংজৈ শান্নবা পূম্নমকপু অনৈ চাজা য়ুম কৌরগদবা মফমনি। লাইগা মীগা চামিন থকমিন্নগদবা মফমনি।

৫৭। লাংলেন লোকমাই ৭ কী মফমনি। নিংথৌ নংগী লৈপাক স্না কৈথেল শেম্নবদি অহানবদা লাইরেম্বী ৭ অসিগী লোকমাই পোৎফম হান্না শেমজহুনা কাহনগনি। মফম অসিবু স্না কৈথেলগী পৌরোল কৌএ। কৈথেল ইরাং তৌরবদি মফম অসিদা পুরুম থৌনিগনি। অমনা কাং-পোকপীদা ঈনা লাংকনি। হৈ পানা থাগনি। লাইরেম্বী

৭ কী লোকমাই মফম ৭ তা স্না, লুপা, কোয়ী সেন, পিথ্রাই য়োৎ, কোকঙৌ অসিনা চুকক্না নাওশুমগনি। নত্রবদি লৈপাক কাইবা ইশৌ ইয়াং তোইবা ওই। মেরুবা মিংশৈ ৭ না "য়াঁং চাঁং খুঁং খ্বাঁং সেঁাং শুঃ নেঁং কৌএ।

৫৮। স্না কৈথেল শেমগদবা মফমগী লৈপাক্কা মফম অসিদগী লৈপাক্কা তিন্দুনা পোৎফম ৭ থোন্দুনা সেমগনি। সনা কৈথেল্দি ১০ নি। মউ লুচিংবা সনা কৈথেল্দি খ্বাঁং কৌএ। সনা কৈথেল অসিদি লাংলেন ৭ কী লুচিংবা ইমোইন্নু অহোং অচাওবী চাক-শৌবী, ঙাশৌবী অকোং তত্তা অয়াই কংদবী সনা লুপা খোংনেৎনবী লৈশিরেল লৈপুনবী মিংলেন ৮ মিংহুনবীনা সনা কৈথেল্দা ফমহুনা লুকমাই ৭ প্ লুচিংহুনা লোকমাই লাখানা থৌগল লাংদনা সনা কৈথেল কাববু নোংদম মপা মপুরেন অভিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা খাবা শাদোং ওইহুনা ইমাগী হৈনা তুংইন্না ইমা মহাক্কী মহাক ওইহুনা সনা ফম্বাললাং তিনমু লাইমু ফত্তবা চংদনবা ঙাকশেন্দুনা সনা কৈথেলবু মিৎয়েং ভাহুনা লৈঙম্বনি। লৈপাক নিংথৌ পানবদি কৈথেল ১০ থমগনি। মাইকৈ পুবা ৯ নি। মাইকৈ ৪ শুংদাই ৪ পুবনা অমনি। মরম অসি য়েংহুনা নিংথৌ নংনা লৈপাক ঙমদাই পুঙম্বা অথংবা অহৈবা মশকপু শংলেল চাংদম ৫ বু শিন্নহুনা থমজগনি। কৈথেল ১০ গী মমিংনা য়াঁং, চাঁং, খ্বাঁং, শুং, মেঁাং, কোঁং, নেঁাং, থেঁাং, লাঁং, খুঁং কৌএ। সনা কৈথেল পোৎফল ফম্বাল মফমু হায়গে খংও।

পাখংবদা কংনবা শংলেল অমা শারনি। মাহুগী য়ুমগী য়াং লৈরদা য়ুমকুপ্পা নিপা অহু ওহুনা শিরনি। মতুংদা লাইদা কংপা মাদহুনা পেরে সিংগা খোংহুনা মীকৌনবা মফম ওইরনি। মফম অহুগী নোংপোক পাংবদা লম থবা থৈদোকুনা শংলেল অমা শাহুনা তোপ গারোং হায়না মিংহন্দুনা মবুধৌ থাংজেংনহা পাখংবদা কংলনি।

৬১। শোরোকথোং— মফম অসে কংলা শেম্বা লাইগী ওইথংবা নাকোংনি। লাংবচক্কা নিংথৌ অমগী (চরাইরোংবা নিংথৌগী) পোকফম ফুজুশংগী ময়াদা লৈবা থোংনি হায়হুনা চিরাইথোং কৌরনি।

৬২। নুপীথোং— কংলা শেম্বা লাইগী য়েৎথংবা নাকোংনি।

৬৩। লানশং শংলেল— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী।

৬৪। কাংপোকপিথোং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মরৈ লৈতোল লৈ। স্না কৈথেন্না ইরাং তোইব্রবদি মফম অসিদা তাইগনি। লাংবচক্কা মিতিংঙুনা (কার্ত্তনা) মফম অসিদগী বীজবু লৌহুনা লাই অমগী (নিত্য আনন্দগী) খোইদৌদা চল্লনি। অসিবা লাই সনামহিগী বীজনি।

৬৫। লাইগী শিংজং লৌনপুং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী। চিরোংলেল ঙাংঙাং অতিংঙা গুরুসিদবনা মখুৎস্থ খুৎলাই ওইহুনা ইরাত্তুনা থমখি।

৬৬। চিংথৈরোনপুং— মফম অসিদা ইমা লৈশিরেল লৈপুনবীনা খোমলাং অমৃত শুমথহুনা থমখিবা মফম অসিদা পুখ্রি অমা শেমহুনা থমজৌ। মফম অসিদা খোকপা মাইজদি অনৌবা শঙ্গোম মাল্লনি। হুমিং অহু ইমাগী খোমলাং পিনবা হুমিংনি খংও।

লাইয়িংথৌ অসিবা লাইনা পাখংবা নিংথৌগী মফমদা মাংদা মিংহুনখ্রবা অমদি তুংদা মিংহুল তম্লগদবা খুবম পূম্বগী মউ লিংহুনা থমখিবা পূম্বা লোইনা তাকপিবা পনদোম লোমহুনা কংলৈ পুং মাইয়োল শংলেন্দা হজিল্লক্লুনা ময়াম্বনা তাকওম্বা ময়াংথং মতুংইন্না শেমহুনা পুনশি মরা তানা চেৎনা হায় হৈ লাওনা তানখোং ময়ুংশাংনা পাক্লা পাল্লে।

— x —

য়েংবিগদবা— ( ) কোইশিল্লিবা পাবদা হুংঙাইনবা অমদি খংবদা খুদোং চানবগীদমকনি।

## ভরাতরুকগুবা শরুক

মতম অসিদা সনা-খোংনাং লৈমা ইবেম্মা মহারানিনা রাথল তৌদুনা থম্মোইগী থোংলি রাথলগী মিৎয়ানা য়েংলকপদা নোংদম মপা ওইবা লাই অহুম্মা থুপকদবগী রা তান্নবা মরম অদুবু উদুনা মরাই তাংজ লুকনা মপুক্তা লাংলম্বদগী মপুক্তা তাথিবা লম্বী অমা থোক্কুনা মহাক্কী মহাক ওইবী নহাক্কী নহাক ওইবী লাইরেম্বী হৈশিং থোয়াংবী রায়েল করা রাফাওবী হুইয়েন লাংজেং শাফাবী মশক অমা পুথোক্কুনা কোলোই মিংহুনবু লৈফুরেলচন্নু লাইরেম্মা থিংবা ওম্বী হায়না মিংহুন্দুনা ঔরাং থেংগ্রুং পানফবগী মফমদা পুরক্কুনা শিন্নে।

"ঔরাং কৌরু অসুপ্পা তাইবং খুন্দা অহানবা নোংতম মউ থারম্বা চারি পান্দোং লিংখিবা নাওরা হুমনি চনবনা শোরারেল লৈপাক রায়েলবা নহাকনা লৈফুরেল থিংবা ওম্বী অসি নক্ষম লাংদা নাওকোন্দুনা থমউ। মতুংদা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা পান-ফরবা পিবা নিংথৌগী মফমদা পিউম্মু" হায়না তাকওম শিনওম্নরমলগা মফমলাং কংলৈদা হল্লক্কুনা লাই অহুম্মা রা তান্নবা য়াওরে।

পাখংবনা ময়াম্বগী নোংদম তুংইন্না চিংগৈ খোমইন পুথ্রি তৌরে। ইবেম্মা সনাখোংলৈমা থাজ কুমজা শুরকলদুনা রাঙ্গোল শং শারে। শং অসিদা কুমদুনা মচা নিপা অমা পোকলে। মতুদা

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মচা অনিবু লৈশেম্বা তোকহল্লে। নখোইগী নঙম শিনবিনবা লাকঙম থোকউল্লে, হৌজিক্তি মহাক্না থৌরাং পূম্বা তৌঙম্বা মতিক মঙম হাপ্তুনা তাম্থোং ময়ুংপাক্না শাংনবা থৌরাংবিঙমলো।" ময়াংথং মতুংইন্না লাই অহুনা তাম্নতুনা খংদবা উদবা লৈতবা, ঙমদবা লৈতবা মথৌনাবু পিঙমলে। অতু মেংগীদমকপ নাওরা অঙ্গ অঙ্গা পাল্লিববু পাথ্রংবা হুঁমচি উম হুক অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী গুনাথাং প্লিংতা থাং মিংহুন তমহুনা কুপশেং মীরাং থাং কৌববু পিনহুনা নিংথৌ পাংলোইগা লোইননা শিন্নরে। পাথ্রংবনা রায়েল থৌদা ঙমজররক্কবা মতমদা পোং থুনতি তাইবং পানবতগী নোংথৌশাংনা পোঙ্গা থিতনা য়োইময়াই মালেম অঙালবগা তিল্লুক কমবাল উইথরে। অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা পাথংবা লাই অপাম্বগা অনিনা নৌংতম মশা মপুরেনগী মহাকী মহাক ওইকা লাই সিদবনা লৈশেম্বা লোংথোং অহালবনা লৈবা মফম লাংদা লাক্লুনা লাংঙল ফালম অয়াম্বা মথংলেম্না তাকঙম হায়ঙমতুনা খংহল্লগা লোইতাম থাজগা। তিল্লুক ওইতুনা লোইতাম থাজনা লৈবা মফম লাংদা থপঙমতুনা ফালম লিলা লাংঙল শেমঙম শিনঙমতুনা তেংবাং মতম ঙাইতুননা লৈশ্রে। হেন্নিলে॥×॥

---

মসি হংজবদা পাথ্রংবা হায়না অস্তুম হায়বিরম্নে।

## ইরিচন্দ্রী অনিশুবা নুমিৎকি শাগে (সূর্য্যবংশ) গী নিংথৌ

পাখংবা নিংথৌনা পান্দুনা লৈপাক থৌদা লায়েঙবদা ওয়াং কোক্রু অমুম্পা লাই লাংওল তাইবংনা লাইরেম্মা খিংবা ওম্বীবু পুরক্কুনা লৈবাক্কী মমা ওইনবা মশক্তি অসিনি হায়না থিল্লক্কুনা নিংথৌগী তাল্লোই মহারানি হাপ্পুনা মুংঙাই য়াইফনা পাল্লক্লে। ইরেম্মা লাইরেম্মা থিংবা ওম্বী, পাখংবা নিংথৌগী নোংদমদগী কুমজা থাজা শুরহুনা থামফম হায়বদি রাঙ্গোল শংদা কুমহুনা মচা কংলৈথোম মুহি পাথংবা পোকলে। পাখংবা নিংথৌনা মচা সনা কংলৈথোম মুহি পাথংবনা পুকেক চাওরকলবদা মচাগী মথৌনা মরোশিং লমচৎ য়েংগে হায়হুনা কংলৈ লৈপাক অসিবু শিন্নৈ। "পারি নংনা লৈপাক ওাক্কুনা মতম থরা লৈরম্মু। ইপা চিংঙু লোংপোক নিংথৌগীদা চৎলুগে হায়হুনা লৈপাকলু শিমরম্লগা কৈলাস চীংদা চৎখে। পাখংবা নিংথৌ লাকপা উহুদা চীঙঙু নিংথৌনা (মহাদেবনা) মফম লাংদগী থোক ওমহুনা পাখংবা লাইবু ওকওমলৈ॥ "নোংদম মপা লাকওম্বীবা অসিবু করি তাকওম হায়ওম লৈওম্বা? চিংঙু নফমলাংদা এগী লাংওল মরম খরা তাকওম খংহল্লমগে লাকওমলিবনি।" হায়না তাকওমহুনা লাই অমিনা তিল্লুক ফম্বাল লাংলিন্নৈ। মতম অসিদা ঙা নিংথৌ মহেশ্বরস্থ মফম অহুদা লাক্কুনা—হায়রকই "লাংওন পাখংবা লাইপা চিংঙু মহাদেবগা অমিনা কৈলাসগী চীংদোল অসিদা তিল্লুক

ওইঙমলিবা অসিবু করি মরম ওইঙবা, ঐবু চংঙম লাকওম্বা য়াগত্রা ?”

পাখ্ংবনা— “মহেন্দ্রি চংলকউ নংস্নু লাকওম্বা মতাংচারে। ঐগী লাংওন ফালমগী ব্রা তাম্নরিবনি।”

মহেন্দ্রি— অহুদি লাংওন অসি ঐস্নু মতম থৱদদি তেংবাং য়াও-ঙমজবা তম্বীয়ু।

মহাদেব— মহেন্দ্রি নখোই খ্বাইনা তাম্নহুনা চিংঙ্ মহাদেব ঐগী লাংওল ফালম অসি মুংঙাইনবা শিনওম তৌঙমগদবনি। অহু নোংগীদমকপ্ পাখ্ংবস্নু মকম অসিদা লাকওমলিবনি।

লাংওল তেংবাংলম্বী পুম্বা চিংঙ্ মহাদেবনা নিয়ম হায়-ঙমহুনা মরম পুম্বা ঙাংনবা লোইহুনা নোংদম মপা মপ্রেল লাইয়িংথৌ অসিবা লাইনা লাইগী খুবমবু থাহুনা শেমলম্বা কংলৈ লৈপাকপ্ য়েংউশি হায়হুনা লাই অহুমমক কংলৈ পুংমাইয়োল্দা লাকলে। মফম খুদিং কোইনা চত্তুনা য়েংলক-পদা চিঙঙ্ মহাদেবনা হায় “নোংদম মপা মপ্না মরম অমত্তা রাত্তনা সেমহুনা থনমল্লেদনা নখোই ঐখোইনা সেমগদবা মরম অরাংপা লৈত্রে। থোকওম থোকঙমদনা লাংওল শান্নাহুনা খুবম লেপকদবদা মঙাইরে। কংলৈদা মউ১০৮ থারে। লৈপাকী অকোইবদা ৭০০ কা ৭ থারে মসিদা খুবম ১০ দংদি মিংহুল তমত্রি অহুস্নু নং ঐগী খুবম নত্তে। লাংবচক্তি তাইবং লাইসিংগিনি। কংলৈ প্ংমাইয়োল্দা লৈবা মউ ১০৮ অসিনা লৈবাক লৈবাক খিবিক্কী চীংউ খুবম মউশুক্কনা

শুপনা শেমলবনি নোংতম মপা মপু অথংবনা মরম পূম্বা অসি কাইদনবা মথং লেংনা নখোই ঐখোই শান্নাদবা য়াদ্রে" হায়না তাকওম হায়ওমতুনা পাখ্রংবা নিংথৌদা থংহনখি।

হুঁ (ওঁ) কংলা পাফল অরিবা তুবি মথেক্লা লৈরোং শানা লৈপাক ঙাক্কুনা চীঙঙু খুবম থমলিবা. ব্রাথল হায়হৈতবা ব্রাবু হায়জগে। নখোং খুয়ালেল লৈঙাং লৈকানা তমজববু পুরুম লৈপায়নজনা ইজরি। ব্রায়েল হায়হৈতবু লুব্রায় কোইরেন্দা হাপচববু ফিগাও শানা নিজরি।

## কংলা চৎলম

হে নিংথৌ মপা মপুরেল তেংবানবগী মপু কংলা চৎলমদি কংলৈ পুমাইয়োল কংলা শেম্বা লাইগী থবাকনি। খোংথাফম্না থবাক্কী লু হুমদাং য়ানফম য়াংনি। তুবনা নোংচুপ নোংপোকনি। খোংথাফম্না কংলৈ মায়াইনে। অব্রাং পাংবদা।

১। আকোইপুং ॥
২। নোংলেনপুং ॥
২। ঈপুং ॥
৩। হুংশিৎপুং ॥
৫। ঈশিংপুং ॥
৬। মীতমপুং ॥
৭। মথারোমদা গুরুশিদপুং ॥

৮। শজিকপুং— লাংবচক্তা মবুধৌ পাখংবনা স্না মচুমাম্না শজি ওইনা থোকখিবা মফম।

৯। থাবাপুং— লাইয়িংথৌ অসিবা লাইনা নোংগাখ্রবদা নোংতম মপানা কৌওম্লকপদা নোংথৌদগী মালেম থক্তা থোংদাবা মফমনি। রা য়াম্না লৈখি।

১০। তাওরোইনাইপুং— হয়াচক লাংবচক অনিগী লোন্নবা মতমদা লাহাংওম্বনা অসিবা লাইপু পুরুম থৌনিজবদা পাখংবা লাইনা তাওরোইনাই ৭ ময়াম্বগী শদোংবু থারক্লনা মেন্দে চীংদা তাহুনা মেন্দে চীং থুগাইহনা লাইনিংবা থুগাই-রম্লগা লাক্লনা মফম অসিদা লাইনিংথৌনা খাবা তুবি শাদোং থমখিবা মফমনি। রা লৈবনি থিজিল্ল।

১১। সনাপুং— হায়াচক্কী কুমিৎকি সাগৈ ( সুর্য্যবংশ ) নিংথৌ ৫ শুবা নিংথৌ অপাম্বগী মহারানী সনালেম্বীনা তাওজিং ওইনা লাংগল লুবাদগী তাইবং ওইনা লৈবা মফমনি। লাংবচক্তা লাই পোইনৌতাবু নোংদা লাই পাখংবনা সনা মহি হায়না মিংহুল তম্বা মফম পুংনি।

১২। মরেপপুং॥

১৩। লুপুং— নিংথৌগী তালোইবু মহারানী হাম্না লোইবদা মফম অসিদা কমহুনা ভাইহাক পোৎথাইনগনি। কংলা শেম্বা লাইগী শেম্মী।

১৪। লাংপুং ॥

১৫। কোকপুং— মফম অসিদা নোংলুমগী মশক ওইনা পীরম্বা নোংদা লাই চন্দ্রবংশগী মৌ ভানুমতিনা পুরক্কুনা লৈশিরেন লৈপুনবীবু কোনহন্দুনা নোংদা লাই পাথংববু (ডিতরংবু) মপোক মিহুল মফম অসিদা তমএ।

১৬। শৌপুং— হয়িচক্কা লৈশিরেন লৈপুনবীনা লাইনিপা মনী ১৬ না লুচিংবা পূম্ববু অচা অথক অন্নাৎ অপা লৈতনা পুথোক্কুনা পিজবা মফমনি। হয়াচক্কা মবুধিবনা পানবা মতমদা মচানুপী শৌবোন লাইরেম্বীনা নোংপোকনিংথৌগী (মহাদেবগী) মোরশা থাও তুম্বা অনিদা ব্রাত্তা পাদনা পুথোক্কুনা চাকএনশাং ইশিংবু মপাকথন্না হাপ্পুনা থনহল-খিবা পুংনি।

১৭। মসেমপুং ॥

১৮। হয়েংপুং— মফম অসিদা মহাদেবনা থুপচান্নহনা লাংগুল লৈরম্বা পূম্বা ইবেম্মা শৌবোল লাইরেম্বীনা য়েংঙম্বদা খংঙম্বা পুংনি। খাই ম্নুংজেং পীবানা মথুৎচুম্মী চুমদে চাং য়েংনবা পুংনি।

১৯। ঙাসিপুং ॥

২০। নুমিৎপুং— হয়াচক্কা শ্নাখোংনাং লৈমনা মালেম অঙানবগা খারৈ লৌয়ানবদা পাওরৌ তান্নবদগী কোরৌ হলবগী মিংলেন ৭ থোনখিন্না মফম পুংনি।

২১। মহাদেবপুং— হয়াচক্তা মহাদেবনা লাইথুং থুংবা অনাবা অশোনবা শাহুনা মফম অসিদা লৈহুনা সৌবোল লাইয়েম্বীগী মীয়োক মীচান, অশোল অনা, লৈতা লাইরা পুম্বা তুক্কা হঙ্গোইচাবা লৈতনা মীগী মুংঙাই য়াইফনবা থৌরাংবা লম্বী য়েংহুনা লৈখিবা মফমনি।

২২। অঙ্গ অঙ্গাপুং— পোথম পোলিপুং কৌএ। মুংশিংপং কৌএ। তাইবং ৭ কী তিংলি হাকাম হাকথিপুং কৌএ। মরম রারি চাওখ্রে।

২৩। খোংশং শুরুং— উশোই শুরুং কৌএ। কংলা চংলমগী নোংচুপ পাংবদা লৈএ খংও। মেন ফম্বালথোং কৌএ। কংলা শেম্বা লাইগী মনাতোন্নি। মৈ, ইশিং মুংশিং পোকএ।

২৪। ইশিং পুবা অয়িংবা শুরুং— খোংশংদগী অরাং পাংনা লৈবনি। পিঙ্গলা শিংলিগী মশক্পী মসিগী মরক্তা মফম অমা লৈবনি। মফম অসি পুন্সি শুকনৌনিংবা ওম্বা রানে।

২৫। খুপ্পুং শুরুং— শুষুম্না শিংলিগী মশক্পী। কংলৈ লৈবাক্পী খুবম পুম্বগী হৌফম মরুনি। মৈপুবা শুরুং কৌএ। মফম অসিদা লাই শারারেল অহুম্না নোংদা লাইবু উনহুনা পুরুম লৈপাইনহুনা ভাম্বু মতিদা পিনবা মফম্নী।

২৬। নুংশিৎ পোকপা গুরুং— হুইদম্না শিংলিনী মশক্নী। ইরমপুরা গুরুংগু কৌএ। চৎলমগী লাইহূজি পাংনা লৈবনি।

২৭। গুরু কাংখোং চুক ও উমুং মায়াই— লৈপাকথোং লোপুরম উশোই ইরাংকম চিঙ্গা ও পুম্বা কৌএ। লাংবচক্তা মংলেন কৌএ।

২৮। চাংয়েং নোংদমপুং কৌএ।

২৯। চরাইপুং কৌএ। চরাইরোংবা হুংফান কৌই।

৩০। খুমনপুং কৌএ।

৩১। লুরাং পুং কৌএ।

৩২। মঙাং পুং— পুং অসি লোংপোক থংবনি। চরাই-রোংবী হুকাংলাকী অয়াংপাংবা চিংজেংনারন শাঙলবগী খোংনেং হুংগী ময়াদা শারেং কাইদনা লৈরমি।

৩৩। শিদবা উপাল— মকম অসিদা গুরু সিদবনা লৈপাক অসিবু শেমবা হায়দুনা নিংথৌ পানবরা হায়বগী মাংওল শক্তি পুথোকখি অদু নোংগীদমক লেংদবা মপাল শিদবা হায়না কৌএ। অসিবা লাইগা তিল্লুক ওইনা ফম্বা মফমনি।

৩৪। শাপুং কৌএ— শিদবা উপালগী ওইথংবদা লৈএ।

৩৫। নুমিৎ পুং— শিদবা উপালগী রেংথংবদা লৈএ।

৩৬। মাইপুং— নুমিৎপুংগী লোংচুপতা লৈরমি। লাংরচক্তা নোংদা লাই প্রাথংবগী হাজরকা লাই শিদবা সনা

মহিরেন্না স্বরনা কাম্বদা মফম অসিদগী হিয়াইগী মসক ওইবা সুমিৎকুম্না মণ্ডাল চাওবা মতুম অমা মফম অসিদগী পাই-থোকরক্তুনা লৈকাই ৪ গী মিংছলখি অহু নোংগীদমক্তা য়াইপ ুং কৌএ। লৈকাই ৪ দি খ্বাই, খুরাই, য়াঙ্খে, য়াইস্ক ুল অসিবু কৌএ।

৩৭। শোরোকথোং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী ওইথংবা নাকোং লৈ। মতুংদা চিরাইথোং কৌখি।

৩৮। ফুজরু শংলেল— মফম অসিদা চরাইফক থাহনা নিংথৌ চরাইরোংবা পোকখিবা মফমনি। শঙ্গাইগী শম্থোং পাংনা লৈবনি। খুৎলাই লোৎফম থমফমনি। কংলা সেম্বা লাইগী মচি অমস্তু চিরোংলেল ভাঙাং অতিয়া সিদবনা মখুৎস্তু খুৎলাই ওইনা লোক্তুনা থম্মি।

৩৯। লাংলেল লাংওল ৭ কী প ুং— কংলা চৎলম থোংগী খোং ময়া ওইনা লৈবনি অরাং পাংবদা।

৪০। গুরু অহুম থ ুপ্পপ ুং কৌএ।

৪১। নুপীথোং— মফম অসিদা কংলাশেম্বা লাইগী নাকোং য়েৎথংবা লৈ।

৪২। য়ুরেনপ ুং—লাংবচক্তা নোংদা লাইপাখংবনা উমং লাই-শিংগা অহিং অহিং খুন্দিম্নবা মফমনি।

৪৩। লিলাথোং— মফম অসিদা লাই অসিবগী লাংগুল শান্নবা খুদিংগী থুপ্লফমনি।

৪৪। হীরুশং— নিংথৌনা শিবা মতমদা মফম অসিদা থাংলেন্নফম ওইগনি।

৪৫। খুমনথোং— পুরুমথোংস্থ কৌএ।

৪৬। লুরাংনোংফংশং— লৌউশংস্থ কৌএ। মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী ময়া থম্মী।

৪৭। শামু অঙৌবা পুং কৌএ।

৪৮। গুরুথোং— গুরুনা নোঙ্গাবা মতমদা মফম অসিদা থোংদনলে। নোংপোক থোংগী মথা থংনা লৈবা খুবম ঙাকলি। থোংগী অরাং থংবদা।

খাগী মীরেপপুং — মিতিংগু খাগেম্বনা মংগোন শাবু পুশিন্দুনা মাগী মরমদা ব্রা ঙাংনতুনা মফম অসিদা চাকথাক নোংদম লেপ্লখিবা মফমনি। হিচম য়াইচমপুংস্থ কৌএ।

৫০। কুয়াপুং— পুরৈরোম্বস্থ কৌএ।। নোংলুমগী মশক ওইনা নোংদা লাইপাখংবস্থ পুরক্তুনা লাকপদা মালেমদা ঙাবা মফমনি।

৫১। ব্রাঙ্গোল শংলেল কৌএ।

৫২। চিথৈ পুখ্রি কৌএ।

৫৩। মহাদেবপুং— নোংপোক নিংথৌপুং ইণ্ডো মহাদেবনা ঈশিং চিথোকপা লোইরগা হরাওবা শাবরা হৌবা মফমনি।

৫৪। লাইরেম্মা শ্রুংলেন— হায়াচকা থুনচক্কা চক ২ গী লাকয়েন্দা ইণ্ডো মহাদেবনা নোংপোক লোইরাং শ্যানফবী উমা লাইরেম্বী মশক অসিনা ইশিং চিথোকপা মতুংদা মফম অসিদা লৈঙম্লগা হরাওবা লাংওল লাইম্নিপা অমা লাইরেম্বী অমা শুপাং ওইহনা শাম্নবা হৌখিবা মফমনি। লাংবচক্কা মিতিংগু খুয়োই ভোম্বপোরা মফম অসিদা শিবা দুর্গা ২ গী পুজা হৌখি। হস্তিচক্কী মতাম শামলক্লবা মতমদা শিবা দুর্গা অনিনা অমাইবা অম্যাইবী হায়না মফম অসিদা লৈহনা অনাবা লাইথুং ১০৮ য়েনবা হৌই। সিবা হায়বা লম্বী অসি নোংদম্মী। চুকশা মৈথ্যবা উক্রোং হোংবা থৌরম অসিবু তাইবংশিংদা তাকওম্লগা তাইবংশিংনা পাম্না য়াহনা লৌহোনবা লমবেলবু মথংলেংনা শিন্নখি। মফম অসিদা লৈহনা। হায়চক্কা মিংথৌ মনা খিংখিং ওাংবদী মচা মনা মনিক কৌববু মফমদিদা লৈহনা মহাদেবনা মৈকৈ মায়কপু লাইরিক ওইনা থমখি।

৫৫। গুরু অহুম মা তান্নবা খুন্দিলপুং— গুরুগী মথোং অহুমপুং কৌএ। থুমনপুং, মণ্ডাংপুং, লুরাংপুং কৌএ। মফম অসিদা কংলা পোম্বা লাইরী মচি মমনা গুরুগী চুক ফম্বাল মথোং অহুম ওইনা লৈখি। মচুং ফম্লেন

গুরু অহুমগী ফমফম অসিবু লৌতুনা ফুংগা। য়োংশাবী হায়না শাঙ্গনা খুদম ওইনা থমখি।

৫৬। রাঙ্গোল পুখ্রি— তুর্গা পুংগী মথাপাংবারোমদা লৈ। মফম অসিদা কংলা সেম্বা লাইগী মচি অমা লৈ।

৫৭। সনা মহীথোকপুং।

৫৮। খুম্বোক রাইপুং।

৫৯। গুরু নোংকাপুং— অতিংঙা গুরু সিদবগী শংলে পুংনি।

৬০। লৈশিরেনপুং — য়ুমজাও লাইরেম্বীগী শংলেনপুং হায়নস্রু কৌই।

৬১। নোদোল লাইপুং।

৬২। শঙ্গাই য়ুম্ফম— থাপুংগী অরাং পাংনা লৈঙম্বী।

৬৩। লাইরেম্বীগী কৈথেল লুকমাই ৭ থাফম— শঙ্গাই য়ুম্ফমগী অরাং পাংলপ্পা নোংপোক নোংচুপ পুরেং পুরেং নাইনা লৈগনি। মফম ৭ অসিগী লৈপাক্লা সনা কৈথেল মফম ৭ তা চুকফা নাওশুমগনি। কংলা পনবাল অকোইবগী শোরোক থোংগী নোংচুপ মোইরাং হারম পাংবদা।

৬৪। কুচুশংলেল— কংলা শেম্বা সাইম্নী চিরকনি। শং অসিগী ময়াইদা নিংথৌম্নী ফম্বাল থাগনি।

৬৫। নোংমৈ কাপ্পা শংলেল— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী। চহী কুমজা খুদিংগী আখাক অরাও তাগদবা খুদম য়েংনৈ। মশিং অসুপ তানি লেপনৈ। খুবম অসিদি লাইকোম্নংদা লৈবা খাবা খুবম অতুগী মশানি। লাংবচক্কা মিতিঙঙু খাগেম্বনা মাবুধৌ খাবদা শংলেল অমা শাতুনা কৎকে হায়বগী শং অসি শাই। শংলেল অসিগী য়াং লৈবদা য়ুম কুপ্পা নিপা অতু তাতুনা শিরে। মতুদা শং অসি মবুধৌদা কৎপা য়াদ্রে হায়তুনা বাজায়শং হায়না থমখি।

৬৬। লুচামপাং— নোংমৈ কাপ্পা পুংগী খাদা লৈ। কংলা শেম্বা লাইগী মখায়াৎনি। লাংবচক্কা মিতিংঙু খুয়োই তোম্পোক্কী হাক্তক্তা তাংজা লিলা পাখংবনা লিল ওইনা শাইওল তৌতুনা থেলোংদা লৈবা ফৌগী মথক্তা তোংতুনা লৈরম্মী। লিন অতুবু হাত্তুনা ফুমজিমখ্রে। মতুংদা কুরুমপা পণ্ডিৎনা লাইসিদবা থোকওম্লকুনা থৌরম্মাল্লে হায়না তাকপিতুনা ফুমখ্রবা লিল অতুবু অমুক লৌথোক্কুনা মরু ময়াংনচিংবা মফম অসিদা ইরুজথোকই, ফক্তহাওদি পকপা অতু চামথোকই। মতুংদা পণ্ডিৎ অসিনা পুরুম থৌনিতুনা কংলা য়াইবিরেম্নচিংবা শেমখি। মিতিংঙু তাওথিংমাংগী হাক্তক্তা গুরুসিদবনা শল য়োংমালবী ওইনা ঈশিংদা তাওথরকই। শন অতুবু ঈশিংদগী ন্নিংথৌনা লৌখৎতুনা গুরুনা মংলানচান্দা তাকপিবা মরম মতুং ইন্না য়ুম শলাই ৭ মক্তা ন্নেন্দুনা চুকশা

মৈ থাহুনা গুরুগী উক্রোং হোংডি মরু ময়াং ফংত হাওদিবু মফম অসিদা চাপ্পী। গুরুগী হকচাং শরা খরা চুকশা মৈ থা-নবা য়েল্যববু থংদহুনা চা-নবা য়েল্লিমাল্লে খন্দুনা চেংলৈ য়ুম্না মৈদা থারগা চাগদবগী থোরাং তৌহুনা চাবা হৌরে। নিংথৌনা গুরুগী হকচাংবু য়ুম খুদিং কৌহুনা চুকশা মৈ থানবা লাকপদা মচেৎ ৭ শুদ্রবা অহুদা খি-নবদা চেংলৈ য়ুম্না ছাই "ঐখোইগী শরুক চাও হায়হুনা য়ুম খুদিংদা পীরিমাল্লে খন্দুনা ইচিনচাকশু নত্তবা মশকপ নিংথৌ য়াথং থৌওইদবা তাওমখ্রনি খন্দুনা মৈদা থারগা চারমলিবনি মসিবু কমদৌ-গবনো" হায়না খুম্মী। মাহুদা নিংথৌনা লৈরম্বা খরা অহু পুখৎলগা মাখোইগী মফমদা "নখোই চেংলৈ য়ুমদি চুকশা মৈ থাবসি য়াওরনু, মশক অসি নখোই য়ুম মথৈনা চারম্লবনিনা তুংদম্লু থংনবা খুদম শুইনহৌসনু। নখোইগী নচিঙ্কাক ওইনা অহুমমক মচাজরুরো হায়না পিথোকখিহুনা চৎহনখ্রে। মতুংদা য়ুম ৬ না গুরুগী হকচাংবু চুকশা মৈ থাহুনা উক্রোং হোংহুনা থৌনিখ্রে।

৬৭। ঈকোক মরু অহুম— লুচামপাংকি নোংচুপ পাংবা মফম অসিদা ঈকোক ঈরেল খুদিংগী মউ য়াংলমনি। মফম অসিদা ঈরেল খুদিংগী পুরুম থৌনিগনি।

৬৮। কংলা রাপোক পুং— নোংমৈ কাপ্পা শংগী নোং-চুপতা লৈ।

৬৯। লুফো নুঙ্কোইরী— মফম অসিদা খাগী মঙ্গোলশাগী মরু ময়াং থম্মী। পুং অসিগী ঔরাং কংলা মঙ্লুংগী নোংচুপ্তা।

৭০। কৈথেল পুংলমপুবা— মফম অসিদা লমপুবা কৈথেল ১০ গী মউনি। মীংলেল ১০ লৈওম্মী।

৭১। উত্রা শামাং।

৭২। কোনয়াইপুং।

৭৩। থোকপুং।

৭৪। ওকনাশং।

৭৫। ওইদাপুং— নিংবা থুংদবা পুংস্নু কোই।

৭৬। উনাপুং— উনপুং। মফম অসিদা উ অমা হৌরম্মী। লাংবচক্তা নোংলুম ওইনা লৈরম্বদগী তাইবং মশক ওইনা থোকওমদুনা মফম অসিদা যবিষ্ঠ পাখংবনা লৈ। মাইকৈ ভাকপা লাইনা কোইনা য়েংলকপদা উ অদুগী মখোংদা থোক্পা অদুবু উরদুনা পাখংবগা মরম খিবিক ভাংনরগা নোংথো পাখংবা যবিষ্ঠ পাখংববু খুপপুং শ্বর হায়বা মফম অসিদা খুৎশিন্নদুনা ভানুমতি মহারানীদা লম্বী পূম্বা তাক্তুনা শিন্নখি। উগী মমিংনা উরৈরোম – মফমগী মমিং উনাপুং— উনা ওকনা থোক্লপুং অম্মুন্না মিংলেন ৩ তুনাম্নু কোই।

৭৭। খোমইনপুং — হয়াচক্তা তাংজা লিলা পাখংবনা অঙম্বা ময়াম অনৈ চাজা য়ুম কোদুনা পিজৈ। মাহুদা মচা ইবুঙেঙা শেন্দ্রেং নিংথৌ অপামবদি তুমখিদুনা চাবা

অহু য়াওহৌদ্রে। লাই খ্বাইনা চানা থকুবা লোইরবা মতুংদা হৌদোক্কনা পিজবদা চাও থকউ হায়রবা য়াদনা কপ্পুনা লৈরে। মাহুদা মিতিংঙু নিংথৌ তাংজ লিলা পাখংবনা মচা শেন্দ্রেং অপাম্ববু পমহুনা কংলৈ কোইনা চত্তুনা থেম নৌবদা কপ্পা মতোকখিদ্রে। মফম অসিদা মচা পম্না পম্না লেপ্পুনা "ইপাগী চরৈ অতোনবা কোন্দে নৌনা লমহৌবা ইপানা লিরোল ইশৈ তম্বীগে, অমৃত মতুম নিবিগে খোৌবোম থন্না চাজহৌ" হায়না মচাগী মথুন্দা পোপ পোপ য়ৈহুনা "লোইদাম থাজ পাখংবা লকান্নুংদা লৈঙম্বা মহৈনা অমৃত ওইরিবা পামেল শিদনাদবা পামেলগী উহৈ অমত্তা পীঙম্বীয়ু ইচাদা, হয়িহে রাহা, থা থা থাবুংটোল নচা মোরাম্বী পোবীগে পোম্বী সনম নম্বীগে, হয়িহে রাহা তাওথবিও, কৌশু অনৈ চাজা পিজগে, চাজা অনৈ থৌরাংগে, থানা নিল্লিঙৈ নিনহৌরো মুমিংনা কারিঙৈ কাহৌরো তিং তিং চাওরো, সে সে লৌজরো খৌবোং থন্না চাজরো" হায়না মাচাবু লংনহুনা অনৈ চাজ ইন্দুনা পিজা পিথকই। লাংবচক্কা মিতিংঙু প্রাইখোম্বগী মনায়ও ইবেম্মা, মনাও ইবুংঙো তোনাসেমঙম্বগী মুপীনি; ঙাংবম চমু ঙাইখোংম্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো চরাইলোংববু ইবেম্মা মহারানী হাওবম চমু পোংলেন খোম্বীনা লোন্না পুখ্রগা মফম অসিদা অঙাংগা লোইননা ফমহুনা লোইতাম থাজাদা অমৃত খোমলাংবু নিঙমহুনা অঙাংগী খৌবোং থন্না য়াত্তনা ইনখি। অকুপ্পদি পুয়া অচৌবদা য়েঙউ।

৭৮। য়াবীরোক— খোমইনপুংগী মৈরম ওইদপুংগী নোংপোক, কংলাগীনা অৱাংপাংনা লৈঙমলে। লাংবচক্তা নোংথোদগী নোংলুম পুতুনা লাইয়িংথৌ অসিবগী শাদোং খাব। তাওরোইনাই পুরিৎলেল হায়না শাইওন্দুনা ভাস্নুমতিগী মফমদা নোংলুম অতুগী মরম পুৱা তাক্লগা পীবদা ফিগাও শানা য়াতুনা তাকপিবা মরম্নু তৌঙমগনি য়াতুনা নোংলুম অতুবু মফম অসিদা লৌহৌই। মিতিংঙু তাওথিংমাং য়োইমোংপা মচিন মনাওনা গুরুগী লাংওল শনগী খোইরিলপু গুরুনা তাকপা মতুংইন্না মফম অসিদা থমখি। মরম অকুপপদি পুয়া অচৌবদা লৈবনি।

৭৯=৫১। পুঙ্গোইবীপুং— মফম অসিদা লৈপাক্কী থৈনা ফম্মী। কংলা শেগ্বা লাইগী মিং থম্ফম্মী। মফম অসিদা প্যাং ওইনা অমা লৈঙমগনি।

৮০। গুরু মোংশোং সংলেল— নুংগোইবী পাৎকি চিংথৈ, নোংপোক খোংতিংলেনগী অৱাং, মুপী থোংগী কৌব্রু লাইজি উতোংলৈ মখোং ওইনা লৈঙম্মী। উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মফম অসিদা ফম্বাল লাংতুনা লৈশিরেল লৈপুনবীগা চীঙঙু লাইয়াম পূম্বদা অচা অথক অথুম অহাও পুথোক্তুনা পিজ পীথকপা মরম্নু লোম্না য়েংতুনা থোকঙমখি।

৮১। কৌপুং— মহাদেবপুংগী অৱাং — মপান্দা অনৈ চাজাবু লৈশিরেল লৈপুনবীনা হুয়িচক্তা লাইপাখং ৮

লাইরেম্বী ৮ বু মুমিং খুদিংগী পীজফম ওই। লাংবচক্তা মহারানী লাইম্নানা পোইরৈতোন চহাওগী চেং অকুপ্পগা লফোই ওমপোৎকা সঙ্গোমগা চুহিংগা থিত্তুনা নোংথৌ খানবা মতমদা কাংচৈরোই উমংলাই পুম্বগা কাংজৈ কুম্মৈ য়েংবা পুম্বগা লোইননা লাইনে তাইবংনে চামিন থকমিন্নখি। অসুম্না লমতা থাংজা অহানবা অরোইবা অনি অসিদা উমং লাইশিংবু শাগোল কাংজৈ শান্নহল্লগা নোংথৌ খনবা মতমদা পিজফম ওই।

৮২। উমংলাই চাকতাপুং— অনৈ চাঞ্জা য়ুমকোকমগী নোংচুপ কৌক্রুপাংনা লৈঙমগনি।

৮৩। গুরু মংলেনপুং— গুরু মংলেন মাথোং অহুম হায়নসু কৌই। লাংবচক্তা গুরুনা ওলবা যনয়োংমালবীগী মশক ওইনা তাওথরকপা মশা অত্থু মফম অসিদা চুকশা মৈ থাত্থুনা লোইশিনখি য়ুম শালাই ৬না সেবা তৌত্থুনা।

৮৪। গুরু সিদবা পোৎথাপুং— যণগী মশক ওইনা তাও থরকপা যণবু ঈশিংদগী চিংখ্রৎলগা মফম অসিদা থমত্থুনা অহৈ অসিং তিন্দুনা গুরুগী মশকপু য়েংনাখি। পাওনম ইরেনগী মখাপাংনা লৈঙমগনি।

৮৫। লেমথোক্লাপুং— উনপুংগী নোংচুপ পাংনা লৈঙমগনি। লাইখোংগা মরোং খোংগা লোম্নবা মরক্তা য়ুমজাও লাইরেম্বীগী নোংপোক চিংথৈ পাংনা হয়িচক্তা পাপ্পংবা নিংথৌগী হাক্তক্তা

ঙা নিংথৌ মহেন্দ্রিনা মহাদেবগা লোইনদুনা লাকই। মাদুদা মফম অসিদা মাগী কম্বাল ওইদুনা লৈখি। লাংবচক্রা পঞ্চযুক্ত মৈদিংঙু কাবোম্বা হাক্তক্তা কাবোরু শাবা হৌদুনা কৎলৈ। লু অসি মফম অসিদা থমদুনা নিংথৌ অমস্নং অঙম্বা ময়াম তিন্দুনা য়েংনৈ। থুদক অদুদা মফম ইখং খংহৌদনা লৈকং অদুদগী ঙা চোংথোক্কনা লুগী মন্নুংদা মপ ক থন্না চংখি।

৮৬। গুরুগী মখোং ৩— মরোংখোংগী অরাংদা লৈগনি অরাং হারম প্যাংবদা।

৮৭। নোংমাইপুং— লাংবচক্রা মৈদিঙঙু নাওথিংখোংনা ইবেম্মা খমগুরোল চিংয়াইগু কৌবীবু মহারানী হাপ্পুনা কম্বাল তোংদুনা লম থোকলিঙৈতা নিংগৌগী থরাইবু কল্লকপী নোংমাই পেতঙঙানা মাবু মহারানী হাপপিগনি হায়খি হায়দনা কম্বাল লম থোকঙৈদা চংলক্কনা মফম অসিদা লেপ্পুনা নিংথৌবু য়েংদুনা লৈরম্মী। নাওথিংখোংনা "নিংগৌ ঐবু থরাই কনখিবী লাও! ঐগী য়েংখংবা থুগী নাক্তা ইদাইরেম ওইবী নংগী কম্বাল ওইঙম্রো" হায়না কৌরম্মী। ইবেম্মা নোংমাই পেতঙঙানা "করিরানো তাকঙম্বীরা নয়াথং অদুদি হায়বীখিবা নয়াথংগীদমক মফম নত্তে, অদুদি নিংথৌ পোকপীতনা ফমগদবনি। ননাওদি রাসক্তা থংজগে লাকচবনি।" মাদুদা নিংথৌনা "ইবেম্মা নংনা ঐবু অমুক

পোকপিখ্রবনি। ইমাশকপী ইদাইয়েম ওইবী নহাকনি।” হায়না খুম্বদগী ইবেম্মা অসি অশাওবা মুংঙাইতবনা লুবু কুপখিত্থনা মফম অসিদা নোঙ্গাগ্রে। যুমজাও লাইরেম্বা খুবম হায়নস্থ কৌই। মতম অসিদা নিংথৌগী মহারানী খমণ্ডয়োন চীংয়াইশুনা ( চীংয়াইশুনা ) “চেকলা পাইখ্রবদা পোম্বী কোইজাইনরকপা চেকলাগী লৈকম থংলবদা পোম্বী কোইজাইনহনখিবা হা কল্লকই, কল্লকই দে” হায়না তেংথা লিরোল ওইনা কপ্তুনা ইবেম্মা নোংমাই পেতওভাগী অরাবা পোপ্তা ওইখি।

৮৮। রাকাই পুং— লাংবচক্তা যবিষ্ঠ নিংথৌ পাথংবনা লাইগা মীগা তিন্নবা য়ারক্রবা রায়েল বিচার তৌঙম্লক্রবদা পুক্রীং অরাবা ওইত্থনা মফম অসিদা লৈংম্মী। মাত্থদা উঁ অসিবা লাইনা লাইশিদবা পোইনাওতা হায়না মিংহুন্দুনা থোকওমলক্তুনা নিংথৌগী অরাবা রাখল অত্থবু মরম খংনা লম্বী খাইনা তাকপিখি। নিংথৌগী পুক্রীংদা খল্লম্বা রাখলবু থাদোকহন্দুনা তৌগদবা থবক্কী লম্বী খংহনখি হায়বগী মিংহুন অসি হুনখি। মফম অসিদা থৌনি পুরুমলবদি রাঙম্মী; রা কাইয়ে হায়না হনবস্থ ঙমজেএ। মাথা পাংবা মৈরমদা গুরুগী মাখোং অত্থম অমস্থ লৈগুম্বনি।

৮৯। রায়েল কাতি — রাকাইপুংগী নোংচুপতা যবিষ্ঠ নিংথৌনা লাইসিদবা পোইনাও তাগা লাংওল মশক অমমম

মুংওইনা প্থোক্লুনা থম্মী। রায়েল বিচার অরুবা তৌওমদবা লাকপদা রায়েলনবদা আগাল মীরাই তাওম্বা বুদ্ধি লম্বী থোকওমদবা মরম পুম্বা কোরুবা হায়রবগীদমক রাথোক লানথোকপা মথোইবু খুবম অনি অসিগী মরক্তা চংহল্লগা মানা মানা ঙাংনিংবা রারম ঙাংহন্দুনা পাও তারগা অরালবা মশক অত্থুবুদি মুং অনিসিনা চপ্তুনা থম্মী। অম্মুন্না লাইগী সাক্ষি রায়েল নোংদম য়েংই। মতুংদা মিতিংঙু নিংথৌ লোইম্বুম্বা মা হাক্তা লাইগা মীগা থৎনহনা মফম অসিদা বিচার তৌই। লাই থাজিন্দনা "রায়েল কাতি! লাই ঐগী সনা তাংগা অসি তাইবং অসিনা লৌখিবা অশেংবা মক্লী" হায়রম্লগা থোরকলে। মতুংদা মীবু থাজিল্লি। তাইবং অসিনা চংলমদাইদা রাগী চৈশু অমগী মনিংদা লাইগী লোরুবা সনা অত্থু হাপ্তিল্লগা "ঐগী চৈশু অসি ঙাইহাক্তা পাইরম্মু" হাইহনা লাই অত্থুগী মখুত্তা পিরম্লগা চংখিহনা "লাইগী নোংদম রায়েল কাতি লাই মঙ্গাক্লী সনা অত্থু মখুত্তা পীহনা শিংলবনি, রায়েল নোংদম্বা নংনা উরি খত্তিওবা অসিনি। মাসি ঐনা লৌখিবা অশেংবনি পিদ্রি শিংদ্রি হায়রম্বা অসিবু নংগী নোংদম তম্বীদ্রবরা" হায়না চংওম্লগা থোরক্লুনা লাইদা পীরম্বা চৈশু অত্থু মানা প্থুনা ময়ুমদা হনখ্রে। লাই মী পুম্বনা হাই "রায়েল কাতি অসি বিচার তৌবা ঙমদ্রে লাইগী নোংদম পীবা তোকখে।" হায়না ঙাংনরে।

মাতুদগী তাইবং মরৌশিং চাওমনখ্রে, মাসিদা রায়েল ওম্বা হৌনত্রে হায়না য়ৈশিন্দূনা লৈখে। অওম্বা নিংথৌনসু মফম অতুদা লাইগী নোংদম য়েংবা তোকখে। লাল্লুপ কারম্বা লাইশিংগু মাখোইগা তাইবংগা তিন্না তোৎনতুনা লৈওম্বা মতম নত্রে হায়না মাইকৈ শিন্না নোংমা নোংমগী খরা খরা চেনখিতুনা লোইশং কাবা পুম্বা তোকখি। তাইবংনা লাইগী মহুৎশিন্দুনা লাইফম পানা হায়না লাল্লুপ খোঙ্গাখি।

৯০। **নুংকেশেকনিং**— লৈমুং লোঙ্গা অরিবা সনা কোনজন তুথোকপগী য়াথোকফমনি।

৯১। **মিৎয়েং পুখ্রি**— (বিন্দুসরবর) — নুংজেং পুখ্রি — লৈপুং কোইরেম্বা পাখংবনা য়াথোকফমনি। লাংবচক্তা মৈতিংগু চরাইরোংবগী হাক্তক্তা ইবেম্মা মহারানী শাপম চন্থু নুংথিল চাইবীনা পোকপা মচা ইবুঙেঙা পামহৈবা গরীবনীরাজ হেক পোকপগা ঈপুম নাইপুম চামদনা থাংগাল হাও খুল্লাকপিদা পিতুনা পুহনখ্রগা মাইবী মাইবনা নুংগী অঙাং অমা পুথোক্লুনা ইপুম নাইপুম তৈশিন্দুনা ইবেম্মা মহারানীনা নুংগী অঙাং অমা পোকলে হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎ হল্লি। মাতুদা নিংথৌনা শাওতুনা পুখ্রি অসিগী মনুংদা থাদখি নুংগী মুর্ত্তি অঙাং অতুবু। হায়াচক্তা লাংওল তেংবাংনবা নিংথৌ খিংখিং ঙাংবগী মহারানী

অতোনবী পেন্নুরৈমানা মচা ইবুঙেঙা অমা পোকচৈ সনা মনিক কৌই। অঙাং অসি নিংথৌ মহারানী অহন অনিবু তাহন্দনা ইবেম্মাশিং ৫ গা অমাইবা অমাইবীশিংগা তান্নহুনা প্পোকপগা লোন্না পুখিহুনা হুন্দোক হনথ্রগা মুংনা শাবা অঙাং মতুম অমা ইহং নাইহং তৈশিন্দুনা নিংথৌ অমম্মুং মহারানী অহনগী মঙ্কমদা ইবেম্মশিং ৫ না পাওদমহুনা য়েংহল্লি। মাহুদা নিংথৌনা স্না পুক্লিং ইকাই মুংশি অৱাপোপ্পা হুনবগা লোইননা পুখি্র অসিগী ময়াদা লৈবা মরোংথোংলেল শ্বরপুবা কুহাগী মনুংদা থাদখি। মরম অসিদগী পুখি্র অসিবু বিন্দু শ্বরবর হায়না থংনরম্মী।

৯২। নুংজেং কুহা— মরোখোং শ্বরপুবা কোম হায়না কৌই। মুংজেং পুখি্রগী মপাল মথা মৈরম পাংবদা লৈঙম্মী। মরমদি মথক্তা হায়খে্র লম্বী অমত্তনি। ঙাশৌ ঙাথোকপুংগী কৌক্র পাংবনি। মুংজেং পুখি্রগী অৱাংদা

৯৩(৫৫) লৈতা লাংওল হৌনাপুং — ওঁ অতিংঙা গুরুসিদবা ওঁ পোকপী ওঁ পিতু লৈশিরেল লৈপুলবীগনা লৈপাক অসিদা লৈহুনা খুনসেম লৈশেমগদবগী লাকপদা মফম অসিদা লাংওল য়ুম্বাললোল শান্নহুনা অহালবদা মফম অসিদা লৈবা হৌখি। অকাওনিংশিং পুং হায়নসু কৌই। অৱাংয়াংবী ওমখৈদা।

৯৪। **লাইশুংদাই পুং—** মফম অসিদা মাইকৈ ভাকপা লাই অহুম্না লুচিংহুনা মাইকৈ ৪ শুংদাই ৪ মক্তা লাই পুম্বা রাতাম্নবা খুনদিনফম ওইহুনা লৈ। লাই খুনদিনপুং হায়নসু কোই (১) কোবু (২) হাওগা সরারেল (৩) থাংজিং অসিনা খুবম লুচিং ওই। লাই কোল অসিগী মোইরাং সম্বোং পাংনা।

৯৫। লাইখোংমরু পুখ্রি ময়াদা লৈভম্মী। মরোংখোংগী মখা, খাগী থোংগী মনাক্তা।

৯৬। **লানশং—** কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী। গারোং হায়নসু কোই। মারোংখোংগী অমদি খাগী থোংগী ময়া অরাং পাংবদা নিংথৌ কাংবা শাংলেল লৈ। মাসি শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর খাগেম্বা মা হাক্তক্তা মফম অসিদা হোংলক্তুনা। তোপ গারোং হায়না থমখি। হোগাইবী থোংজাওগী রাংমা থাংজাপাংকি নোংচুপ কৈথেল অচৌবগী নোংপোক।

৯৭। **নুংমুংবী —** মফম অসি লংদাই খুবম য়েংফমনি। অহিপ্পা মুংনা য়ুংবগুম মফম অসিদা য়ুংঙনি। অরুপ্পা য়োংনুংবু লাইজ মুংদা তাওবগুম তাওরৈয়ে। ইরমলেম্মা মুংয়োংকুম লুপঙম্মী, তাওঙম্মী মতু সনা য়োংপী চাগু-পমানবী কোএ। তাইওম হৈভয়মদি ইরম লেনবু তাওঙম হৈথোই পানবা ঙমজে। হোগাইবী থোংজাওগী মখা নিত্যাই পাংকী নোংপোক অরাংদা

৯৮। থিঙ্জিনপুং — থিঙিংপুং হায়না খংনৈ। পুবদি পাখংবনা পুঙম্মী। স্নানা চেংহৈজো। থিঙম থোকঙমগদবস্নু মহাক্নী।

৯৯। খারাং থাংপুং পাখংবা খেরাং থাংস্না চেংহৈচৌ নিংথৌদা খেবা ৫ কোন কৌই। হাপ্তা মন্নুং হায়না খংনৈ। মশাই কোন্দা চারাইপুংস্নু লৈবনি। তাইফম্মী।

১০০—(২০) লৈহৌ লংদাইপুং ঙমদাইপুং— ফৈদাপুংস্নু কৌয়ে। মফম অসি ওঁ লাইসিদবগী মফম অসিদা তাইগনি; কাইগনি লৈপাক্নী থোং হাংকম খোংথিফমগী কেক্রেক ক্রেক সনা য়োৎপী চাগুপ মানবী হৌরনি। থোংঙিং ঙমদাই হৈত্রবদি মতোল চুপ্না থৌবু ব্রাঙম্বা থোকনৈএ। চাগুপ মানবী চাগুপ চাগাইশু মানা ওই। অসিদি য়োৎকি পোংলোই লাইগী সমজেৎস্নু ওইরিয়ে। মপুদি কংলা য়াইবী লৈন্নুং কোনচিরেম্বা সনা লিক্লাই তগুপ তরংবনি।

১০১। ঙমদাইস্বোর শুরুংখোং—মারোংখোংলম্বীগী অরাং, কাংপোকপীগী মোইরাং সম্বোং লাংদাইপুংগী কৌবু হারমদা লৈঙমগনি।

১০২ (৬৪)। কাংপোকপী— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মরৈ লৈতোল লৈঙম্মী। মাপান লাইখোং সোরোক্নী ময়া নোংচুপ পাংনা লৈঙম্বনি। লাংবচক্তা মফম অসিগী

পুখ্রি মপান্দা লতাকোতি পাম্বী অমা হৌরম্মী। লাতাকোতি অসিগী মনাদা লাইনিংথৌ অসিবগী বিজ পক্ত্না লৈরম্মী। মৈদিংঙু কার্ত্তানা ফংজখি।

১০৩। হৈক্রুমখোং লাইনিংপুং— নাগী তুরেলগী ময়া মথাপাংবদা লৈঙম্মী। লাই সন্নারেল অহুমগী থাওঙাপাংনি। অন্নাং গুরু খোংনাং থাবগী লাই নিংফম ওইনৈএ। মফম অসিদা গুরু অসিগী মতম্বাক্তা লৈথক লৈথারোল পুয়াবু নোং লৈনা পুরক্তুনা লৈঙমখি।

১০৪। তোকপুং— হয়িংকতা নাগা তুরেল হৈক্রু মখোংগী ওই অন্নাংদা লৈগনি। গুরুগী মাখোং ও কাইদোং গুরু ও কৌনৈ। নোংচুপ্পা

১০৫। চাথবা স্নাথোকপুং— পুং অসিগী কৌক্রু হারমদা

১০৬। চৈথেং পুং— লাইচৈথেংপী সনা খোংনাং লৈমা লৈঙম্মী।

১০৭। কাইবীখোং— কেক্রু পাংকি অন্নাং নাগা তুরেলগী মখা লাইখোং শোরেক্কী নোংপোক্তা লৈঙম্মী। তাইনা থানফম অমনি। চিংখৈ পাংনা খোংগী অন্নাং পাংবদি

১০৮। খুদোনপাং— কংলা শেম্বা লাইগী খুদোল থমখিয়ে। মফম অসিদা কংলে পুংমাইয়োলগী লাইফম ১০৮ লোমখি। খুবম ১০ লৈঙম্মী মসিদি চুকশেল কৌই। খংঙম্মু হায়মলগে।

১০৯ (১)। মিনুলৈমাখোং।

১১০ (২)। কাওরেল লাংওল ইরেল— নোংচুপ পাংনা চেম্বা ঈহৌফম ইরেন্নী। মফম অসিদা উযুংপাম্বী অমা লৈবনি। মফম অসিদগী গুকনা ষণ য়োংমানবী ওইনা তাওথখি।

১১১ (৩)। লোইমোমপা পাসেল— কেক্রুপাৎ হায়না কৌই। মফম অসিদা য়োইমোমপানা শোই নাপ্তুনা ভং ফাই। গুকনা তাওথরকপদা কাওরেল অসিবনিখন্দুনা ঈশি ফাত্তোক্তুনা তাওথহনখি। মরম অদুনা মফম অসিগ ঈনিন্না শ্বর ঈফুৎ লৈঙমখি। ঈথেল শাংথ লেমৎপা হায়নস্সু কৌই। মফম অসিদগী মীন্নুলমা ঈরেল ফাওবা খেরা থাং পাখংবা স্না চিবেন নিংথোদা চেংহৈচৌনা ঈরেল লাইপাখংবা ওইনা কোইনা চত্তুনা লৈঙম্মী।

১১২ (৪)। তুবীয়াথোক— ঈরেল নোংপোক পাংনা কোনবা ঈরেন্দি তুবী হিদেল ৭ য়াহিপ্ চাক্তাবগী য়াথোকফমনি।

১১৩ (৫)। গুরুলোকপা পুং — মসিগী চিংখৈ পাংনা চেলবা তুথুপ ঈবেন্না নোংপোক খা মৈবমপাংনা চৎখিএ। মাগা লোন্নবা মপুক ঈন্নাংমদা চারোং ৪ লোংবা অমুবা শাগোইদাক অমা হৌঙমগনি। মাহুদা হল্লক্লে খংঙম্মু। মফম অসিদা মৈদিংঙু তাও থিংমাংগী শোই নাপ্তুনা ভা ফাফম ওই। গুকনা ষণ অসিবা ওইনা তাওথরকপবু ইনচিংবগী পৌরানা কোৎশিন্দূনা গুরুবু পৌরানা নমতুনা লৌখৎলি হায়বগী পৌওনম প্যাওনম ঈরেল হায়নস্সু কৌই।

১১৪ (৬)। লাংলেল ৭ কী য়াথোকপুং— অয়াংপাংনা কোনবা ইরেন্দি মাখোই ৭ কি ইয়াই ইফু শান্নফমনি। তুথুপ মখা ইরোং য়াংমদা তেয়া অঙৌবা লৈঙমগনি। অয়াং চিংথে পাংবদা থুমফংলেনপুং উরৈরোম লাবা হৌঙমগনি। চেংলৈ ইপান লাম্বুবা নিংথৌনা ফম্বাল লমথোকপদা ইবেম্মা মহারানী লম্বালশুগা য়াইনা য়াঙমখি। মফম্না সেংলাবদি থুংনৈয়ে।

১১৫ ( ৭ )। থুৎফংলেন থুৎলাইপুং— মফম অসিদা লেপতুনা মাইকৈ ৪দা চিং খিবিকপু য়েংবদা নশাগা য়াংবা চাংদম মান্নবা উঙমগনি। তাইনফম অমনি।

১১৬ (৮)। য়াংনা থৈনাপুং— লৈকাই অমগী তাইনফমনি।

১১৭ (৯)। য়াইথুনপুং — মসি লৈকাই অমগী তাইনপুং অমনি। থংদবা য়াদবনি।

১১৮ (১০)। থ্বাই পানশাপুং— মফম অসি ও অতিয়া য়াইবীরেল সিদবনা সনা ফম্বাল ওইখি। গুরুগী শাদোং খাবা তাওরোইনাইবু তোংহনা গুরুগী মাংদা ইমোইম্নু অহোং অচাওবী অকোং তত্তা অরাই কংদবী চাকশৌবী ঙাশৌবী সনা খোংনেৎনবী লুপা খোংনেৎনবী লৈশিরেন লৈপনবীনা ফম্বানহনা তাইঙম সাংমানবগী ফাঙম্মী; লৈকাই ৪ শুংদাই ৮ ফাফম্মী। মথুম মরাং হৌফদে লৈপাক ঈথক

